# শ্রীহরিভক্তিবিলাসঃ

—:( ):—

ইজবা—

অরিবম পরীক্ষিৎ শর্ম্মা দার্শনিক
ব্যবস্থাকারী ( মণিপুর গোবিন্দজী ব্রহ্মসভা )
ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল,মণিপুর।

 [ মমল লুপা ৪.০০ ]

# বিষয় বস্তু

লাইরিক অসি শ্রীশ্রী গোপাল ভট্টনা ইথিবা বৈষ্ণব স্মৃতি হরিভক্তি বিলাসকী ১২ শুবা বিলাসনি। মসিদা বৈষ্ণব সম্প্রদায়না তৌদবা য়াদ্রবা একাদশী অমসুং মহাদ্বাদশী ব্রতগী অচুম্বা অরেপ্পা নিয়মগী মরমদা য়াম্না নিংথিনা বিচার তৌরি। মাদুদি বৈষ্ণবশিংনা থাদোক্কদবা বিদ্ধাএকাদশীগী মশক মওং অমসুং তৌদবা য়াদ্রবা মহাদ্বাদশী মথক ৮গী তোঙান তোঙানবা মশিং অমসুং মওং মতৌ য়াম্না শুগাইনা উত্তুনা তাকলি। লাইরিক অসিবু মণিপুরগী লোন্দা হন্দোক্তুনা ইথোক্লবদি বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌরিবা মণিপুরগী মীপুম খুদিংমকনা মশা মশাগী তৌকম থোকপা ব্রত উপবাসগী মরম পুমনমক য়াম্না লাইনা তরু তরুনা খংবা ঙম্লগনি হায়না খল্লদুনা ইথোকচবনি। মসি ফোঙদোকচবদা মতেঙ থরদং পীনাবিয়ু হায়না মণিপুর সরকারদা নিংজবদা পুকচেল চাওরবা মণিপুর সরকারনা লুপা ৩৭৫.০০ (চহুম হুম্ফু তারা মঙা) মতেং পীনবিবদগী ফোঙদোকচবনি। মসিগীদমক সরকারবু ধন্যবাদ তৌরি ইতি।

শ্রীঅরিবম পরাক্ষিৎ শর্ম্মা  
ব্যবস্থাকারী।  
ব্রহ্মপুর নহাবম।  
ইম্ফাল।

# সূচী পত্র

অথ পক্ষকৃত্যানি ( পক্ষ অনিদা তৌগদবা থবক ) — ১

অথ শ্রীমদেকাদশী ব্রতস্য নিত্যত্বং ( একাদশী ব্রতশী নিত্য ওইবা মওং ) — ২

একাদশী মাহাত্ম্যারম্ভঃ ( একাদশীগী মাহাত্ম্য হৌবা ) — ৩

অথ ভোজননিষেধঃ ( চাবা থিংবা ) — ৪

অথাকরণে প্রত্যবায়ঃ ( একাদশী ব্রত তৌদ্রগ পাপ কৈবা ) — ৭

অথ পক্ষদ্বয়েঽপি নিত্যত্বং ( পক্ষ অনিমক্তা বৈষ্ণবশিংনা একাদশী ব্রত থাদোকপ য়াদবা ) — ১১

সংক্রান্ত্যাদাবপি নিত্যত্ব ( সংক্রান্তিনচিংবদসু একাদশী ব্রতশী নিত্যতা ) — ১৭

সূতকাদাবপি নিত্যত্বং ( যুম মাংলিঙৈদসু একাদশী ব্রত থাদোকপা য়াদবা — ২০

উপবাসদিনে শ্রাদ্ধনিষেধ :— ( উপবাস নুমিত্তা শ্রাদ্ধ তৌব য়াদবা ) — ২১

অথাধিকারিণ. ( একাদশী ব্রত তৌগদবা মীশকশিং ) — ২৩

অথ একাদশী মাহাত্ম্যং ( একাদশীগী মতিক মগুণ ) — ৩৪

অথ উপবাসদিননির্ণয়: ( একাদশী উপবাস অচুম্বা তৌগদোবা নুমিৎ লেপ্পা ) — ৬০

অথ সামান্যতো বিদ্ধোপবাসদোষঃ ( বিদ্ধা একাদশীদা উপবাস তৌবগী অমাংবা ) — ৬২

অথ সম্পূর্ণা লক্ষণেন বিদ্ধালক্ষণম্
( সম্পূর্ণাগী লক্ষণতাক্লগা মতু নত্তবতু বিদ্ধানিতাকপা — ৯৪
অথ অরুণোদয় বিদ্ধা পরিত্যাগঃ ( অরুণোদয় বিদ্ধা
ওইরবদা উপবাস য়াদবা — ৯৬
অথ বৈষ্ণব লক্ষণম্ ( বৈষ্ণবকী মওং তাকপা ) — ১০৩
অথারুণোদয় লক্ষণম্ ( অরুণোদয় মতম তাকপা ) — ১০৪
অথারুণোদয় বিদ্ধোপবাস দোষাঃ ( অরুণোদয় বিদ্ধা
উপবাস তৌবগী অমাংবা ) — ১০৫
উন্মীলনী ভেদমাহ ( উন্মীমনী মহাদ্বাদশীগী তোঙাম্নবা
মওং তাকপা — ১১১
অথ ত্রিস্পৃশা প্রকরণম্ ( ত্রিস্পৃশা একাদশীগী মতাঙ্ ) — ১১৬
অথ পক্ষবর্দ্ধিনী — ১২০
অথ পূর্ব্বোপবাসাদি সমাধানম্— — ১২২
অথসন্দেহনিরসন বিধিঃ ( চিংনবা কোক্লবগী রা ) — ১২৯
অথ তত্র বর্জ্জ্যং বিষ্ণুরহস্যে ( মরা লৌনিঙাই ওইদবা
মীশকশিং ) — ১৩০



# শ্রীহরিভক্তিবিলাসঃ

## দ্বাদশ বিলাসঃ

### দ্বিতীয় বিভাগঃ

নত্বারাধাবিনোদেহং মণিপুরীয়ভাষয়া।
দ্বাদশকবিলাসস্য অনুবাদং করোম্যহং ॥

অনুবাদ :—ইষ্টদেবতা রাধাবিনোদনা খুরুমজরগা শ্রীহরি ভক্তি-বিলাসকী তরানিথোইশুবা বিলাসকী অনুবাদনা পাবদ থুংহনবগীদমক্তা মণিপুরী লোন্দা তৌজরি।

নমো ভগবতে তস্মৈ যস্য প্রিয়তমা তিথিঃ।
একাদশী দ্বাদশী চ সর্ব্বাভীষ্টপ্রদা নৃণাম্ ॥ ১ ॥

অনুবাদ :—মীওইবগী অপাম্বা পিনরিবা তরামাথোই অমসুং তরানিথোইনশুবা তিথি (একাদশী, দ্বাদশী) না মাগী খ্বাইদগী হেন্না অচানবা তিথি ওইবা অদুগুম্বা ভগবানবু খুরুমজে ।১।

অথ পক্ষকৃত্যানি ॥

ইত্থঞ্চ নিত্যং কুর্ব্বাণঃ কৃষ্ণপূজামহোৎসবং
হরের্দিনে বিশেষেণ কুর্য্যাত্তং পক্ষয়োর্দ্বয়োঃ ॥ ২ ।

অনুবাদ :—মতুং অসিদা পানথংলকপা অমসুং শিথরকপগী তৌগদবা হরি। মথক্কী বিলাসদা ইথিবা মতুং ইন্না নুমিৎ খুদিংগী

কৃষ্ণ পূজা অমদি সংকীর্ত্তননচিংব তৌগদবনি অদুবু শুক্লপক্ষ, কৃষ্ণপক্ষগী একাদশী অমসুং দ্বাদশীদন অমুক হেন্না তৌগনি।

তত্র ব্রতস্য নিত্যত্বাদবশ্যং তৎ সমাচরেৎ।
সর্ব্বপাপাপহং সর্ব্বার্থদং শ্রীকৃষ্ণতোষণম্। ৩।

অনুবাদ :— হরিগী নুমিৎ ওইবা একাদশী দ্বাদশী অদুদা ব্রত অসি অরেপ্পা ওইনা শোয়দনমক তৌগনি অদ খুইরবদি পাপ পুম্নমক মাংই, কান্নবা পুম্নমক পীনৈ. শ্রীকৃষ্ণনসু পেনবি।

অথ শ্রীমদেকাদশী ব্রতস্য নিত্যত্বং।
তচ্চ কৃষ্ণপ্রীণনত্বাদ্বিধি প্রাপ্তত্বতস্তথা।
ভোজনস্য নিষেধাচ্চাকরণে প্রত্যবায়তঃ॥ ৪॥

অনুবাদ :— মতুং অসিদ একাদশী ব্রত অসি অরেপ্পনি হায়বা অদু ইরি,—ব্রত অদু তৌরগা কৃষ্ণন পেংবিবদগী, অদুগা তৌগনি হায়বা শাস্ত্রনা থংহনবদগী বৈষ্ণবশিংগী মহাপ্রসাদ ফংবা ফাওবসু ককপদগী, তৌদ্রগা পাপ ফংবদগী, মরম মরি অসিনা একাদশী ব্রত হায়বা অসি অরেপ্পা থাদোকপা য়াদবনি।

তত্র শ্রীভগবৎপ্রীতিহেতুত্বং॥
মৎস্য ভবিষ্যপুরাণয়োঃ
একাদশ্যাং নিরাহরো যো ভুঙ্‌ক্তে দ্বাদশীদিনে।
শুক্লে বা যদি বা কৃষ্ণে তদ্ব্রতং বৈষ্ণবং মহৎ॥

অনুবাদ :— একাদশী ব্রতনা শ্রীভগবংকী পেংবিনবগী মরম ওই হায়বদু মৎস্য অমসুং ভবিষ্য পুরাণদা ইরি। শুক্লপক্ষ কৃষ্ণপক্ষগী

একাদশী তিথিদা ব্রত তৌরগা দ্বাদশীদা মহাপ্রসাদ কংগনি ( চাগনি ) মহাক্কী ব্রত অদু শ্রীকৃষ্ণনা থোইদোকনা পেনবিবা ব্রতনি।

আগ্নেয়ে ॥
একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত ব্রতমেতদ্ধি বৈষ্ণবং ॥ ৫ ॥

অনুবাদ :— অগ্নি পুরাণদা হিরি,—একাদশীদা চাক চারোই ; ব্রত অসিমক্তুনা শ্রীবিষ্ণুনা থোইদোকনা চানবি ॥

বৃহন্নারদীয়ে ॥
একাদশী মাহাত্ম্যারম্ভে ॥
ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়বিশাং শূদ্রাণাঞ্চৈব যোষিতাং।
মোক্ষদং কুর্ব্বতাং ভক্ত্যা বিষ্ণোঃপ্রিয়তরং দ্বিজাঃ ॥ ৬ ॥

অনুবাদ :— বৃহৎনারদীয় পুরাণদা একাদশীগী মাহাত্ম্য হৌরকপদা মথাগী অসুম্না হরি,—হে ব্রাহ্মণশিং! ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র অমসুং নুপীশিংনা শ্রীবিষ্ণুগী থোইনা অপাম্বা ওইবা একাদশী ব্রত তৌরবদি ব্রত অদুনা মাখোইবু অরানবা থুবম পি।

একাদশীব্রতং নাম সর্ব্বকামফলপ্রদং।
কর্ত্তব্যং সর্ব্বদা বিপ্রৈঃ বিষ্ণুপ্রীণনকারণং ॥ ৭ ॥

অনুবাদ :— একাদশী ব্রতনা অপাম্বা মথল পুম্নমক পিবি ; মরম অসিনা ব্রাহ্মণশিংনা শ্রীবিষ্ণুগী পেম্নবা ওইবা ব্রত অসি তৌগদবনি।

অথ বিধিপ্রাপ্তত্বং ॥

তত্র কণ্বঃ ॥

একাদশ্যামুপবসেন্ন কদাচিদতিক্রমেৎ ॥

অনুবাদ ঃ— মতুং অসিদা বিধিনা ফংবা অতুগী মরমদা কণ্ব মুনিনা হায়খি—একাদশীদা চরা হেনগনি, মাসি করিগুম্বদা থাদোক-ফদে (মাসি বিধিনি) মরমদি — "উপবসেৎ" অমসুং "অতিক্রমেৎ" হায়বা ক্রিয়া অসি বিধিপ্রত্যয়ান্তনি।

আগ্নেয়ে ॥

উপোষ্যৈকাদশীং রাজন্ যাবদায়ুঃপ্রবৃত্তিভিঃ ॥ ৮ ।

অনুবাদ :— অগ্নি পুরাণদা হৈরি,— হে নিংথৌ ! হিংলিবমখৈ একাদশীদা চরা হেনগদবনি।

অতএব বিষ্ণুরহস্যে ॥

* দ্বাদশী ন প্রমোক্তব্যা যাবদায়ুঃ প্রবৃত্তিভিঃ। ৯ ॥

অনুবাদ :— মরম অসিদগী বিষ্ণুরহস্যদা হৈরি,— হিংলিবমখৈ দ্বাদশী ব্রত থাদোক্লোইদবনি। (মসিনা করিগুম্বদা একাদশীনা দোষ লৈরবদা দ্বাদশীদা ব্রত তৌগনি হায়বা থংহল্লি)।

অথ ভোজননিষেধঃ ॥

শ্রীনারদীয়ে পাদ্মোত্তর খণ্ডে ॥

রটন্তীহ পুরাণানি ভূয়ো ভূয়োবরাননে।

ন ভোক্তব্যং ন ভোক্তব্যং সংপ্রাপ্তে হরিবাসরে ॥

অনুবাদ :— মতুংদা নারদ পুরাণদা অমদি পদ্ম পুরাণগী উত্তর খণ্ডদা চাবা ককথৎপগী ব্রা হৈরি,— হে বরাননে ! পুরাণশিংনা হন্না হন্না

---

* মফম অসিদা দ্বাদশী পদনা একাদশীবু থংনগনি।

হায়রি, একাদশীদা চারোইদবনি। (হরিবাসরে হায়বা অসিনা একাদশী অমসুং ব্রত লৈবা দ্বাদশীবু খংহল্লি; "নভোক্তব্যং ন ভোক্তব্যং" হায়বসিনা "লেংদবনি থাদোকপা য়াদে" হায়বদুসু খংহল্লি। শ্লোক অসি নারদ পুরাণদা শ্রীরুক্মাঙ্গদনা মোহিনীদা অদুগা পদ্ম পুরাণগী উত্তর খণ্ডদা শ্রীশিবনা দুর্গাগী মফমদা হায়খিবনি)।

কিঞ্চ॥

আগমাঃ শতশোরাজন্নিতিহাসা রটন্তি হি।

ন ভোক্তব্যমিত্যাদি॥

অনুবাদ :— অমসুং হে রাজন! চামা চামা ওইবা তন্ত্র অমসুং ইতিহাস অয়াম্বনা হায়রি,—একাদশীদা চারোইদবনি হায়বা রা অসি।

ঋষয়ঃ সপ্তশঃ সর্ব্বে নারদাদ্যাশ্চ চুক্রুশুঃ।

নেত্যাদি।

অনুবাদ :— নারদন চিংবা ঋষিশিংনা "চারোইদবনি, চারোই-দবনি" হায়খি॥

বিষ্ণু স্মৃতৌ॥

একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত কদাচিদপি মানবঃ।

শৃঙ্গিঋষিপ্রোক্তে চ॥

একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত নারী দৃষ্টে রজস্যপি॥ ১০॥

অনুবাদ :— বিষ্ণুস্মৃতিদা হায়রি,—মীওইবনা করিগুম্বদসু একাদশীদা চারোইদবনি।

শৃঙ্গিঋষিগী রাস্ত্র লৈ, নুপীনা রজস্বলা ওইরিঙৈমক্তদসু একাদশীদা চারোইদবনি।

বৃহন্নারদীয়ে তত্রৈব ॥
উপবাস ফলং প্রেপ্সুর্জহ্যাদ্ভুক্তচতুষ্টয়ং।
পূর্ব্বাপরদিনে রাত্রৌ নাহর্নক্তঞ্চ মধ্যমে ॥

অনুবাদ :— বৃহৎ নারদ পুরাণগী মফম অদুমক্তদা হিরি,— একাদশী ব্রতগী মহৈ ফংনিংলিবা মক্তাক অদুনা দশমীগী নুমিদাং, পারণ নুমিংকী নুমিদাং মরক্তা লৈবা একাদশীগী (উপবাস নুমিংকী) অয়ুক নুমিদাংগী চর অনি, অসিগুম্বা চরা মরি অসি থাদোক্কদবনি।

অন্যত্র চ ॥
* সায়ম্প্রাতস্তয়োরহ্নোঃ সায়ং প্রাতশ্চ মধ্যমে।
উপবাস ফলং প্রেপ্সুর্জহ্যাদ্ভুক্ত চতুষ্টয়ং। ১১ ॥

অনুবাদ :— ( মথক্কা অর্থ মান্নরে— অদুবু মসিনা কনশিনবা লেখছনহনবনি।

---

* ( "মহৈ পাম্বা"—হায়রিবা মসিনা "লেংনবনি" নিত্তানি হায়বদু খোক্তরে মহৈ খংহন্দবদু নিত্যানি হায়বদগী নিত্তা অদু ওই, মরমদি অমাং ওইবা একাদশী ব্রতদা "দর্শ পৌর্ণমাস যজ্ঞ" গী মতৌগুম্না সকাম অমসুং নিষ্কাম অনিমক থংহল্লে। হায়বদি সকাম ভক্তশিংদা মহৈ অদুম পি অদুগা নিষ্কাম ভক্তশিংদসু লেংদবা হায়বা অদু অদুম ওই, ভক্তিগী মরমদা অকাইবা লৈতে। অধিকারীশিংগী থেন্নবা লৈবদা মহৈ পাম্বা অমসুং পাদবা অনি খোকই )।

অথাকরণে প্রত্যবায়াঃ শ্রীনারদীয়ে ॥
যানি কানি চ পাপানি ব্রহ্মহত্যাসমানি চ।
অন্নমাশ্রিত্য তিষ্ঠন্তি সংপ্রাপ্তে হরিবাসরে।
তানি পাপান্যবাপ্নোতি ভুঞ্জানো হরিবাসরে ॥

অনুবাদ :— মতুং অসিদা একাদশী ব্রত তৌদ্রগা পাপ ময়াম ফংই হায়না নারদ পুরাণদা ইরি,— ব্রহ্ম হত্যানচিংবা পাপ পুম্নমকনা হরিগী নুমিৎতা চাক্তা চংদুনা লৈ, মরম অসিনা হরিগী নুমিত্তা চাক চারবা মহাক অদুনা পাপ পুম্নমক অদু ফংই।

কিঞ্চ ॥
সোহশ্নাতি পার্থিবং পাপং যোহশ্নাতি মধুভিদ্দিনে ॥

অনুবাদ :— অমস্তুং হরিগী দিবস (একাদশী অমস্তুং দ্বাদশী নুমিৎতা) চাক চারিবা মী অদুনা পৃথিবীদা লৈরিবা পাপ পুম্নমক ফংই।

স্কান্দে ॥
মাতৃহা পিতৃহা চৈব ভ্রাতৃহা গুরুহা তথা।
একাদশ্যান্তু যোভুঙ্‌ক্তে বিষ্ণুলোকাচ্চ্যুতোভবেৎ ॥১৩॥

অনুবাদ :— মী অদুনা একাদশীদা চাক চারবদি মমা, মপা মচীনমনাও অমস্তুং গুরু হাৎপগী পাপ ফংদুনা বিষ্ণুলোক কংবা ঙমদে।

কিঞ্চ ॥
তত্রৈবোমামহেশ্বর সম্বাদে ॥

অগ্নিবর্ণায়সং তীক্ষ্ণং ক্ষিপন্তি যমকিঙ্করাঃ।
মুখে তেষাং মহাদেবি যে ভুঞ্জন্তি হরির্দিনে ।।

অনুবাদ ঃ— অমস্থং স্কন্দপুরাণদা শিব দুর্গা ডাংনবদা ইরি, হে মহাদেবি ! হরিগী নুমিত্তা চাক চারিবা মথোয় অদুগী ময়াদা যমগী মনাইশিংনা মৈগী মচু য়ৌনা ইক্লবা অথোবা য়োৎকী খুৎলাইবু থিংজিল্লি।

ব্রহ্মবৈবর্ত্তে ।।
স কেবলমঘং ভুঙ্‌ক্তে যো ভুঙ্‌ক্তে হরের্বাসরে।
দিনে হত্র সর্ব্বপাপানি ভবন্ত্যন্নস্থিতানি তু।
তানি মোহেন যোহশ্নাতি ন স পাপৈর্ব্বিমুচ্যতে।

অনুবাদ :— মী অদুনা হরিগী নুমিত্তা চাক চারবদি চাক্তা চঙদুনা লৈবা পাপ পুন্নমক চাই। অসিগুম্বা হরিগী নুমিত্তা পাপ পুন্নমক চাক্তা চংদুনা লৈ, মরম অসিদগী মী অদুনা ভক্তুনা পাপনা ভিল্লবা চাক অদু চারুরবদি পাপ পুন্নমক অত্থু কোক্তরে।

কিঞ্চ ।।
পিতরং কো ন বন্দেত মাতরং কো ন পুজয়েৎ।
কোহি দূষয়তে বেদং কোভুঙ্‌ক্তে হরিবাসরে।। ১৪ ।।

অনুবাদ :— জ্ঞান লৈবা কনাগুম্বনা মপা মমাবু খুরুমদবগে ? বেদবু থাজদবগে ? অমস্থং হরিগী নুমিত্তা চাক চাবগে ? হায়ব্রিবসি কনামত্থু তৌনদে। ইতি।

বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরে ॥
ব্রহ্মচারী গৃহস্থোবা বানপ্রস্থোঽথবা যতিঃ।
একাদশ্যাং হি ভুঞ্জানো ভুঙ্‌ক্তে গোমাংসমেব হি।
ব্রহ্মঘ্নস্য সুরাপস্য স্তেয়িনোগুরুতল্পিনঃ।
নিষ্কৃতি ধর্ম্মশাস্ত্রোক্তা নৈকাদশ্যন্নভোজিনঃ। ১৫ ॥
একএব নরঃ পাপী নরকে নৃপগচ্ছতি।
একাদশ্যন্নভোজী যঃ পিতৃভিঃ সহ মজ্জতি। ১৬ ॥

অনুবাদ :— বিষ্ণুধর্ম্মগী উত্তর খণ্ডদা ইরি,—ব্রহ্মচারী ওইবা, য়ুমপাল্লিবা, বানপ্রস্থ ওইবা অমসুং সন্ন্যাসী, মাখোয়শিং অসিনা একাদশীদা চাক চারবদি যন্ চাবগা মান্নরে।

ব্রাহ্মণ হাৎপা, য়ু থকপা সনা হুরানবা অমসুং গুরুপত্নীদা লমচৎ কাইবা, অসিগুম্বা পাপ পুম্নমক কোকনবা ( প্রায়শ্চিত্ত ) ধর্ম্মশাস্ত্রদা ইরম্মা, তোইগুম্বসুং একাদশীদা চাক চাবগী পাপ কোক্লবদি ইরমদরে॥

হে রাজন্! অতৈ অতৈ পাপ তৌরিবা মহাক অদুদনা নরকতা তাই, অদুগা একাদশীদা চাক চারবা মহাক অদুদি পিতৃশিংগা লোইননা নরকদ তাই।

পাদ্মোত্তর খণ্ডে।
ভুঙ্ক্ষ্ব ভুঙ্ক্ষ্বেতি যোব্রূয়াৎ সংপ্রাপ্তে হরিবাসরে।
গোব্রাহ্মণং স্ত্রিয়ন্বাপি জহীহি বদতি ক্বচিৎ ॥
মদ্যং প্রবেতি যোব্রূয়াৎ তেষামেব অধোগতিঃ।

পুরোডাশোঽপি বামোরু সংপ্রাপ্তে হরিবাসরে।
অভক্ষ্যঃ সর্ব্বদা প্রোক্তঃ কিং পুনশ্চান্নসংক্রিয়া ।১৭॥

অনুবাদ :— পদ্ম পুরাণগী উত্তর খণ্ডদা ইরি,— একাদশীদা চাও চাও হায়না হন্না হন্না হায়রুবা, যন ব্রাহ্মণ অমসুং মুপীবু হাৎলু হায়রুবা অমসুং যু থকউ হায়রুবা অদুগুম্বা মখোয় পুম্নমক অদু নরকদা তাই। হে সুন্দরি! একাদশীদা যজ্ঞগী অরেম্বা যীদা হৌবা তল কাওবা চাহৈদে হায়রবদা, চাক্কা রাদি করি হায়গদগে? একাদশীদা চাক চাবদা কনাগুম্বগী মত অমতা লৈতে।

সনৎকুমারসংহিতায়াং ।
একাদশ্যাং মুনিশ্রেষ্ঠ শ্রাদ্ধে ভুঙ্‌ক্তে নরোযদি ।
প্রতিগ্রাসং স ভুঙ্‌ক্তে তু কিল্বিষং মূত্রবিন্ময়ং।

অনুবাদ :— সনৎকুমারসংহিতাদা ইরি,—সনৎকুমারনা নারদদা হায়খি,—হে মুনি অথোইবা! মীওইবনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদগী তোঙানবা অতৈ ধর্ম্মগী ওইবা কৃষ্ণা একাদশীদা শোনবা শ্রাদ্ধদা চারুরবদি চারুরিবা মী অদুনা বিষ্ঠা অমসুং মূত্র চাবগী পাপক মান্নবা পাপ কংই।

গৌতমীয়তন্ত্রে ॥
বৈষ্ণবো যদি ভুঞ্জীত একাদশ্যাং প্রমাদতঃ।
বিষ্ণ্বর্চ্চনং বৃথা তস্য নরকং ঘোরমাপ্নুয়াৎ।

অনুবাদ :— গৌতম তন্ত্রদা ইরি,—বৈষ্ণবশিংনা চেকশিন্দদুনা একাদশীদা চারুরবদি বিষ্ণুপূজা তৌবগী কান্নবা কংদরে; অমসুং মহাক অদু অকিবগী মশক ওইরবা নরকতা তাই।

বিষ্ণুরহস্যে ॥
সমাদায় বিধানেন দ্বাদশীব্রতমুত্তমং
তস্য ভঙ্গং নরঃ কৃত্বা রৌরবং নরকং ব্রজেৎ ॥
তত্রৈব বিধবাবিষয়কোদোষবিশেষঃ ॥

অনুবাদ :— বিষ্ণুরহস্যদা ইরি,—মহাদ্বাদশীনচিংবদা ব্রত তৌরিবা মী অদুনা ব্রত অদু থুগাইরবদি রৌরব নরকতা তাই।

মতাং অসিদা লুখ্রাবীগী অতোপ্পা দোষ অমম্ব হায়রি।

কাত্যায়নস্মৃতৌ ॥
বিধবা যা ভবেন্নারী ভুঞ্জীতৈকাদশীদিনে।
তস্যাস্তু সুকৃতং নশ্যেদ্ ভ্রূণহত্যা দিনে দিনে ॥

অনুবাদ :— কাত্যায়ন স্মৃতিদা ইরি,—লুখ্রাবীনা একাদশীদা চাক চারবদি মহাক্কী পুণ্য পুম্নমক মাংই অমম্বং মুমিৎ খুদিংগী গর্ভ মাঙহনবগী পাপ ফংই।

নারদীয়ে ॥
একাদশীং বিনা রণ্ডা যতিশ্চ সুমহাতপাঃ।
পচ্যতে অন্ধতামিস্রে যাবদাহূতসংপ্লবং।

অনুবাদ :— নারদ পুরাণদা ইরি,—একাদশী ব্রত তৌদ্রবদি লুখ্রাবী, তপ তৌরবা মীশিং, সন্ন্যাসী মথোয়সিনা মহাপ্রলয় তৌদ্রিবা ফাওবা অমম্বনা তিল্লবা নরকতা তাই।

## অথ পক্ষদ্বয়েঽপি নিত্যত্বং ॥

মতুং অসিদা পক্ষ অনীমক্কী একাদশীদা লেংদনা ব্রত তৌগদবনি হায়বম্ভু হায়রি।

তত্র দেবলঃ ॥
ন শঙ্খেন পিবেত্তোয়ং ন খাদেৎ কূর্ম্মশূকরৌ।
একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত পক্ষয়োরুভয়োরপি।
বিষ্ণুরহস্য স্কান্দ কৌর্ম্ম নারদীয়েষু।
যথা শুক্লা তথা কৃষ্ণা বিশেষোনাস্তি কশ্চন ॥

অনুবাদঃ— হিরম অসিদা দেবল মুনিনা হায়খি,—শঙ্খনা ঈশিং থককদে, পেঙ্গু অমসুং ওক চাকদে অমসুং শুক্লা কৃষ্ণা একাদশীদা চাক চাকদে।

বিষ্ণুরহস্য, স্কন্দপুরাণ, কূর্ম্মপুরাণ অমসুং নারদপুরাণদা হায়রি,—শুক্লা কৃষ্ণা থেন্নবা করিমত্তা লৈতে; অনিমক চপ মান্নে।

বিষ্ণুরহস্যে ব্রহ্মোক্তৌ ॥
শুক্লাবা যদিবা কৃষ্ণা বিষ্ণুপূজনতৎপরঃ।
একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত পক্ষয়োরুভয়োরপি।
সর্ব্বপাপ প্রণাশায় বিষ্ণুসন্তোষণায় চ।
উপোষ্যা দ্বাদশী পুণ্যা সর্ব্বৈরুভয় পক্ষয়োঃ।

অনুবাদঃ— বিষ্ণু রহস্যদা ব্রহ্মানা হায়খি :— বৈষ্ণবনা শুক্লা অমসুং কৃষ্ণা একাদশী অনীমক্তা চারোইদবনি। পাপ কোকনবগী-দমক অমদি বিষ্ণুনা পেনবিনবগীদমক পক্ষ অনিমক্কী ব্রত কংবা দ্বাদশীদা চরা হেনগদবনি ॥

বরাহে।
একাদশ্যামুপবসেৎ পক্ষয়োরুভয়োরপি।
দ্বাদশ্যাং যোঽর্চ্চয়েদ্বিষ্ণুং স মুক্তিফলভাগ্
ভবেৎ ।। ১৮ ॥

অনুবাদ ঃ— বরাহ পুরাণদা ইরি,—পক্ষ অনীগী একাদশীদা ব্রত তৌরগা দ্বাদশীদা বিষ্ণু পুজা তৌরবদি অরানবা ফংই ।। ১৮ ।।

বিষ্ণুরহস্যসৌরপুরাণয়োঃ ।
যথা সুপূজিতো গৌরঃ কৃষ্ণোবা বেদবিদ্দ্বিজঃ।
সন্তারয়তি দাতারং দ্বাদশ্যৌ চ তথা স্মৃতে।

অনুবাদ ঃ—বিষ্ণুরহস্য অমসুং সৌরপুরাণদা ইরি,— অঙৌশবু ওইরবস্ম অমুববু. ওইরবস্ম বেদখংলবা ব্রাহ্মণনা, মখোয়বু পূজা তৌজরিবা মীশংবু লানবিবগুম্না পক্ষ অনিগী দ্বাদশীনা ব্রতীশংবু লানবি।

বিষ্ণুরহস্যে স্কান্দে চ ।
তৈলং শুক্লেতরাণাঁস্ব তিলানাং সদৃশং তথা।
কৃষ্ণায়াশ্চ সিতায়াশ্চ গোঃ ক্ষীরং সদৃশং যথা।
দ্বাদশ্যোঃ সদৃশং তদ্বৎ পুণ্যং স্যাৎ কৃষ্ণশুক্লয়োঃ।

অনুবাদ ঃ— বিষ্ণুরহস্য অমসুং স্কান্দপুরাণদা ইরি,—অঙৌবা অমসুং অমুবা থোইদিংগী থাও অমসুং অমুবী অমসুং অঙৌবী যণগী মথোম চপ মান্নে ; অদুগুম্না পক্ষ অনীগী দ্বাদশীগী মগুণস্ম চপ মান্নে।

কিঞ্চ ॥
চন্দ্রসূর্য্যগ্রহৌ পুণ্যৌ যথৈব মুনিভিঃ স্মৃতৌ ।
তথা সিতাসিতে পুণ্যে দ্বাদশ্যৌ বিষ্ণুতুষ্টিদে ।
যথা গোতিলবিপ্রাণাং কৃষ্ণত্বং নৈব দূষণং ।
একাদশী তথা রাজন্ পোষ্যা পক্ষয়োর্দ্বয়োঃ ।
যথা বিষ্ণুঃ শিবশ্চৈব সংপূজ্যৌ মুনিভিঃ স্মৃতৌ ।
যথ পূজ্যতমে প্রোক্তে দ্বাদশ্যৌ কৃষ্ণশুক্লকে ।

অনুবাদ :— অমুকস্নু চন্দ্রগ্রহণ অমসুং সূর্য্যগ্রহণবু মাঙৈ হায়না ঋষিশিংনা হায়, অদুগুমনা বিষ্ণুগী পেন্নবা ওইবা পক্ষ অনীগী দ্বাদশীবু পুণ্যগী মশক ওইনা খংগনি !

অমনা, হে নিংগৌ ! মণ, থোইদিং অমসুং ব্রাহ্মণ মাখোইশিং অসি মুরবস্নু কষ্টবা ওইদে, অদুগুম্ব পক্ষ অনীগী একাদশীদা ব্রত তৌবগী মহে মাঙৈ ; মুনিশিংনা চেকশিন্না বিষ্ণু অমসুং শিববু পূজা তৌগদবনি হায়নৈ ; অস্নুম্না পক্ষ অনীগী একাদশীবুস্নু খেন্নদনা ব্রত তৌগনি ।

নারদস্মৃতৌ ॥
নিত্যং শক্তিসমাযুক্তৈ র্নরৈর্ব্বিষ্ণুপরায়ণৈঃ ।
পক্ষে পক্ষে তু কর্ত্তব্যমেকাদশ্যামুপোষণং ।

অনুবাদ :— নারদস্মৃতিদা ইরি,—বিষ্ণুবু নিংবা শক্তি চেনবা মীশিংনা তত্তনা পক্ষ অনিমক্তা একাদশীদা ব্রত তৌগদবা ওই ।

বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরে চ ॥
সপুত্রশ্চ সভার্য্যশ্চ স্বজনৈর্ভক্তিসংযুতঃ ।
একাদশ্যামুপবসেৎ পক্ষয়োরুভয়োরপি ॥ ১৯ ॥

অনুবাদ :— বিষ্ণুধর্ম্মগী উত্তর খণ্ডদা ইরি,—মচা, ভর্য্যা অমসুং অতৈ পরিবারগা লোয়ননা ভাক্তিগা লোয়নন। পক্ষ খুদিংদা একাদশীদা ব্রত তৌগনি ॥ ১৯ ॥

কূর্ম্মপুরাণে বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরেচ ॥
স ব্রহ্মহা সুরাপশ্চ কৃতঘ্নোগুরুতল্পগঃ ।
বিবেচয়তি যো মোহাদেকাদশ্যৌ সিতাসিতে ।

অনুবাদ :— কূর্ম্মপুরাণ অমসুং বিষ্ণুধর্ম্মগী উত্তর খণ্ডদা ইরি,— তৌহৈদে হায়বদু কাওদুনা শুক্ল অমসুং কৃষ্ণ পক্ষগী একাদশীবু খেন্নন। খল্লুরিবা মী অদুনা বামণ হাৎপা, যু, থকপা অমসুং গুরু পত্নীদা লবচৎ কাইরুবগী পাপ ফংই ॥

কালিকাপুরাণে ॥
সর্ব্বেষামিহ পাপানামাশ্রয়ঃ সতু কীর্ত্তিতঃ ।
বিবেচয়তি যো মোহাদেকাদশ্যৌ সিতাসিতে ।

অনুবাদ :— কালিকাপুরাণদা ইরি,—তৌহৈদে হায়বদু কাওদুনা শুক্লা অমসুং কৃষ্ণা একাদশীবু খেন্নন। খল্লুরিবা মী অদুগী মকমদা অয়াম্বা পাপশিংনা তুংদুনা লৈ, হায়নৈ ।

ভবিষ্যে ।।

এবংজ্ঞাত্বা সদোপোষ্যে দ্বাদশ্যৌ কৃষ্ণশুক্লকে ।
তয়োর্ভেদং ন কুর্ব্বীত ভেদেন নরকং ব্রজেৎ ।

অনুবাদঃ— ভবিষ্যপুরাণদা ইরি,—মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণা অমসুং শুক্লাগী ব্রত লৈব দ্বাদশীদা ব্রত তৌগদবনি হায়বদু থংলগা শুক্লা অমসুং কৃষ্ণা দ্বাদশীবু খেন্নবা লৌরবদি নরকদ চাই ।

গারুড়ে ।।

শুক্লা বা যদি বা কৃষ্ণা বিশেষোনাস্তিকশ্চন ।
বিশেষং কুরুতে যস্তু পিতৃহ স প্রকীর্ত্তিতঃ ।

অনুবাদঃ— গরুড়পুরাণদা ইরি,—শুক্ল অমসুং কৃষ্ণপক্ষ খেন্নবা লৈতে । খেন্নবা লৌরবদি মপা হাৎপা কৌই ।

সনৎকুমারপ্রোক্তে ।।

একাদশ্যোর্দ্বয়োর্যস্তু বিশেষং কুরুতে নরঃ ।।
তস্যোদ্ধারং ন পশ্যামি যাবদাহূতসংপ্লবং । ২০ ।।

অনুবাদঃ— সনৎকুমারনা হায়খি,—মী অদুনা শুক্লা অমসুং কৃষ্ণা একাদশীবু তোঙান্না লৌরবদি মহাপ্রলয় ফাওবা নরকদগী কন্নবা লম্বী উদয়ে । ২০ ।।

বিষ্ণুরহস্যে ।

য ইচ্ছেদ্বিষ্ণুনা বাসং পুত্রসম্পাদমাত্মনঃ ।
একাদশীমুপবসেৎ পক্ষয়োরুভয়োরপি ।। ২১ ।।

অনুবাদ ঃ— বিষ্ণুরহস্যদা হিরি ঃ— মী অদুনা বিষ্ণুলোকতা বিষ্ণুগা লোইননা লৈবা অমসুং ইহলোকতা মচা-মশু, লন-থুম পামলবদি শুক্লপক্ষ অমসুং কৃষ্ণপক্ষগী একাদশীদা ব্রত তৌগদবনি ২১।

তত্ত্বসাগরে ॥
যথা শুক্লা তথা কৃষ্ণা যথা কৃষ্ণা তথেতরা।
তুল্যে তে মনুতে যস্তু সবৈ বৈষ্ণব উচ্যতে ॥ ২২ ॥

অনুবাদ :— তত্ত্বসাগরদা হিরি :— শুক্লাবু কৃষ্ণাগুম কৃষ্ণাবু শুক্লাগুম একাদশী অনিবু মান্ননা খংলিবা মী অদু বৈষ্ণব কৌই ২২।

অথসংক্রান্ত্যাদাবপি নিত্যত্বং।
কাত্যায়ন স্মৃতৌ ॥
সংক্রান্তৌ রবিবারে বা যদা চৈকাদশী ভবেৎ।
উপোষ্যা সা মহাপুণ্যা সর্ব্বপাপহরা তিথিঃ ॥ ২৩ ॥

অনুবাদ :— সংক্রান্তি, অমসুং নোংমাইজিং নুমিত্তা একাদশী থোক্লরবদ একাদশীগী ব্রত লেংদবনি কাত্যায়ন স্মৃতিদা হিরি:— সংক্রান্তি অমদি রবিবারদা একাদশী থোক্লরবদি, মতুদা একাদশী ব্রত তৌগদবা ওই; মদু পুণ্যগী মশকনি অমসুং মাদুনা পাপপুম্নমক মাংহল্লি ॥ ২৩ ॥

কিঞ্চ ॥
ব্যতিপাতোবৈধৃতির্ব্বা একাদশ্যাং যদা ভবেৎ।
উপোষ্যা সাতু বিজ্ঞেয়া পুত্রসম্পদ্বিবর্দ্ধিনী ॥

অনুবাদ ঃ— একাদশীদা ব্যতিপাত অমদি বৈধৃতি যোগ

তারবস্থু একাদশী ব্রত অদু তৌগদবা ওই ; মদুনা মচা অমদি লন-থুম চাওখৎলি ।

সনৎকুমার তন্ত্রে ॥
ভানুবারেণ সংযুক্তা তথা সংক্রান্তিসংযুক্তা ।
একাদশী সদোপোষ্যা সর্ব্ব সম্পৎকরী তিথিঃ ।

অনুবাদ :— সনৎকুমারতন্ত্রদা ইরি :— নোংমাইজিং অমসুং সংক্রান্তিদা থোকপা একাদশীদা চরা হেনগনি, অসিগুম্বা একাদশীনা মচা অমদি লন-থুম চাওখৎহল্লি ।

নারদশ্চ ॥
ভানুবারসমোপেতা তথা সংক্রান্তিসংযুতা ।
একাদশী সদোপোষ্যা পুত্রপৌত্রবিবৰ্দ্ধিনী ॥ ২৪ ॥

অনুবাদ :— নারদনস্থ হায়খি :— নোংমাইজিং অমসুং সংক্রান্তিদা থোকপা একাদশী পুম্নমক্তা চরা হেনগনি ( নোংমাই-জিংগী নত্রগা সংক্রান্তিগী ওইনা হেল্লোই ) অসিগুম্বা একাদশীনা মচা মশু চাওখৎহল্লি ।

অতএবোক্তং জৈমিনিনা ॥
আদিত্যেঽহনি সংক্রান্তৌ গ্রহণে চন্দ্রসূর্য্যয়োঃ ॥
পারণঞ্চোপবাসঞ্চ ন কুর্য্যাৎ পুত্রবান্ গৃহী ॥
তন্নিমিত্তোপবাসস্ত নিষেধোয়মুদাহৃতঃ ।
নানুষঙ্গগতোগ্রাহ্যো যতোনিত্যমুপোষণং ॥ ৩৫ ॥

অনুবাদ :— মরম অসিদগী জৈমিনিনা হায়খি ঃ— নোংমাইজিংদা, সংক্রান্তিদা অমসুং চন্দ্র সূর্য্যগ্রহণ নুমিত্তা মচা নিপা লৈবনা মমাংদা ব্রত নুমিৎ থোকখিবনা পারণ নুমিৎ তারবসু চারোই অমসুং অতোপ্পা ব্রত নুমিৎ তারবসু ব্রত তৌরোই। মুনিশিংগী ব্রা অসিদা নোংমাইজিংনচিংব নুমিত্তা ব্রত তোরোই হায়রবনি ; তৌই-গুম্বসুং একাদশীদা নুমিৎশিং অসিনা তাররবদা ব্রত তৌরোই হায়রবা নত্তে ; মরম অসিনা একাদশীগী ব্রতদি লেঙ্দবনি।

অতএব সম্বর্ত্তেনাপ্যুক্তং ॥

অমাবস্যা দ্বাদশী চ সংক্রান্তিশ্চ বিশেষতঃ।
এতাঃ প্রশস্তাস্তিথয়ো ভানুবারস্তথৈব চ।
অত্র স্নানং জপোহোমোদেবতানাঞ্চ পূজনং।
উপবাসস্তথা দানমেকৈকং পাবনং মহৎ।

অনুবাদ ঃ— মরম অসিদগী সম্বর্ত্ত ঋষিন হায়খি:—থোইদোক্লা অমাবস্য, দ্বাদশী, সংক্রান্তি অমদি নোংমাইজিং মথোয়শিং অসি অখোইবা নুমিৎনি। হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদ স্নান, হোম, জপ, পূজা, ব্রত অমসুং দান পুম্নমক অসি অমমমতা তৌবদসু অথোইবনি।

অতএব দেবলঃ ॥

শনের্ব্বারে রবের্ব্বারে সংক্রান্ত্যাং গ্রহণেহপি চ।
ত্যাজ্যা নৈকাদশী রাজন্ সর্ব্বদৈবেতি নিশ্চয়ঃ ॥২৬॥

অনুবাদ :— মরম অসিদগী দেবলঋষিনা হায়খি :— হে নিংথৌ ! থাংজ, নোংমাইজিং, সংক্রান্তি অমসুং গ্রহণ মতম পুম্নমক অসিদা একাদশী থাদোকক্দে ; ব্রা অসি লেংদবনি ॥ ২৬ ॥

অথ সূতকাদাবপি নিত্যত্বং ॥
বিষ্ণুরহস্যে।
পরমাপদমাপন্নো হর্ষে বা সমুপস্থিতে।
সূতকে মৃতকেচৈব ন ত্যাজ্যং দ্বাদশীব্রতং ॥ ২৭ ॥

অনুবাদ :—মতুংদা য়ুম্মাংবনচিংবদসু একাদশী ব্রতদি লেংদবনি থাদোকপা য়াদে। বিষ্ণুরহস্যদা ইরি :— অৱ-অন অমদি হরাওবা ফংলবদা অমদি পোকপা শিবগী য়ুম্মাংবা থোকলরবদসু করিগুম্বদা দ্বাদশীগী ব্রত থাদোকলোই। ২৭ ॥

বারাহে ॥
সূতকেহপি নরঃ স্নাত্বা প্রণম্য মনসা হরিং।
একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত ব্রতমেতন্ন লুপ্যতে ॥
অতএবোক্তং মৃতকে তু ন ভুঞ্জীত একাদশ্যাং সদা নরঃ ॥
দ্বাদশ্যান্তু সমশ্নীয়াৎ স্নাত্বা বিষ্ণুংপ্রণম্য চ।

অনুবাদ :— বরাহপুরাণদা ইরি :— চাপোকপগী য়ুম মাংলবসুং মী ওইবনা স্নান তৌরগা পুক্নিংনা হরিবু খুরমজরুনা একাদশীদা চারোই, অদু ওইরবদি ব্রত মাঙদে। মরম অসি হায়রি :— মীওইবনা অশিবগী য়ুম মাংলিঙৈমক্তদসু করিগুম্বদা একাদশীদা চারোই, দ্বাদশীদা স্নান তৌরগা বিষ্ণুবু খুরুমজরুনা চাগনি।

পাদ্মে ॥

পূর্ব্বসঙ্কল্পিতং যচ্চব্রতং সুনিয়তব্রতৈঃ।
তৎ কর্ত্তব্যং নরৈস্তদ্বৎ দানার্চ্চনবিবর্জ্জিতং।
যথা সঙ্কল্পিতং সম্যগ্ ব্রতং বিষ্ণুপরায়ণৈঃ।
কর্ত্তব্যঞ্চ তৈ বেহ স্নাত্বা সংশয়বর্জ্জিতং ॥ ২৮ ॥

অনুবাদ :— পদ্মপুরাণদা হৈরি :— লেংদবা ব্রতবু পামলিবা মীওইবশিংনা অশোংগী মমাংদা ব্রত তৌগনি হায়না সংকল্প তৌখ্রবদি ব্রত অদু তৌগনি তৌইগুম্বসুং দান অমসুং পূজাদি তৌরোই বৈষ্ণব-শিংনা ভাইবংপানবদা তৌগনি হায়না লেপখিবা ব্রত অদু স্নান তৌরগা তৌগদবনি ; মসিদা চিংনবিঙাই অমত্তা লৈতে।

অথোপবাসদিনে শ্রাদ্ধনিষেধঃ ॥

অনুবাদ :— চরা হেনবা সুমিত্তা শোরাৎ শোনকদে ॥

পাদ্মে পুষ্কর খণ্ডে ॥

একাদশ্যাং যদা রাম শ্রাদ্ধং নৈমিত্তিকং ভবেৎ।
তদ্দিনে তু পরিত্যজ্য দ্বাদশ্যাং শ্রাদ্ধমাচরেৎ।

অনুবাদ :— পদ্মপুরাণগী পুষ্কর খণ্ডদা ঋষিশিংনা হায়খি ;— হে রাম ! ব্রত লৈবা একাদশীদা করিগুম্বা অমদগী থোরকপা শ্রাদ্ধ দিন তাররবদি, অদুগুম্বা ব্রত সুমিৎ অদু থাদোক্লুনা দ্বাদশীদা শ্রাদ্ধ অদু শোনগনি।

তত্রৈবোত্তরখণ্ডে ।।
একাদশ্যান্তু প্রাপ্তয়াং মাতাপিত্রোর্মৃতেঽহনি ।
দ্বাদশ্যাং তৎপ্রদাতব্যং নোপবাসদিনে ক্বচিৎ ।
গর্হিতান্নং নচাশ্নন্তি পিতরশ্চদিবৌকস ঃ ।

অনুবাদ ঃ—মমা মপা শিবখী শ্রাদ্ধ দিন একাদশীদা থোকলরবদি দ্বাদশীদা শোনগনি । কবিগুন্নদা ব্রত নুমিত্তা শ্রাদ্ধ শোনক্কদে । মরমদি লাইশিং অমদি পিতৃশিংনা দোষ লৈরবা চাক অদু চাদে । "নোপবাসদিনে ক্বচিৎ" হায়বা অসিনা বৈষ্ণবকী ব্রত লৈবা দিন পুম্নমক্তা শ্রাদ্ধ শোনবা য়াদে হায়বসি খংনরে ।

স্কান্দে ।।
একাদশী যদা নিত্যা শ্রাদ্ধং নৈমিত্তিকং ভবেৎ ।
উপবাসং তদা কুর্য্যদ্দ্বাদশ্যাং শ্রাদ্ধমাচরেৎ ।।

অনুবাদ :— স্কান্দপুরাণদা ইরি,— থাদোকপা য়াত্রবা ব্রত লৈবা একাদশীদা মরম অমদগী থোরকপা শ্রাদ্ধদিন তায়রবদি একাদশীদা ব্রত ভোরগা দ্বাদশীদা শ্রাদ্ধ শোনগনি ।

ব্রহ্মবৈবর্ত্তে ।।
যে কুর্ব্বান্তি মহীপাল শ্রাদ্ধং ত্বেকাদশীদিনে ।।
ত্রয়স্তে নরকং যান্তি দাতা ভোক্তা পরেতকঃ ।। ২৯ ।।

অনুবাদ :— ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা ইরি ঃ— হে নিংথৌ ! ব্রত লৈবা একাদশীদা শ্রাদ্ধ শোল্লবদি শ্রাদ্ধ মপু, চান্নিবা মী অমসুং অশিবা অহুম অসি পুম্না নরকদা তাই ।। ২৯ ।।

"বিষ্ণুনাপি। পত্যৌ জীবতি যা নারী উপবাস ব্রতঞ্চরেৎ। আয়ুঃ সা হরতে ভর্ত্তুর্নরকঞ্চৈব গচ্ছতীতি। তচ্চ ভর্ত্রাদ্যননুমতোপবাস কর্ত্তৃ স্ত্রীবিষয়ং জ্ঞেয়ং। অতএবোক্তং শঙ্খলিখিতাভ্যাং। কামং ভর্ত্তুরনুজ্ঞয়া ব্রতোপবাসাদীনারভেদিতি। অথবা বৈষ্ণবেতরস্ত্রীবিষয়ং তদিতি মন্তব্যম্ "

"মপুরোইবা লৈবা নুপীনা ব্রত তৌরবদি মপুরোইবগী পুনশি মাংই নরকদসু তাই। মসি মপুরোইবগী য়াগং য়াওদনা ব্রত তৌবা নুপীগী মবমদা হায়বনি। মরম অসিদগী শঙ্খলিখিতনা হায়খি মপুরেইবগী য়াথং য়াওদনা মশানা পাংতুনা ব্রত তৌবা অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্ম চত্তবা নুপীগী মরমদ হায়বনি।"

অথাধিকারিণঃ॥

আগ্নেয়ে॥

গৃহস্থোব্রহ্মচারী চ আহিতাগ্নির্যতিস্তথা।
একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত পক্ষয়োরুভয়োরপি।

অনুবাদ :— ব্রত তৌগদবা মীশক অগ্নিপুরাণদা হায়রি — য়ুমপাল্লিবা, গুরুগী য়ুমদা লৈরিবা, নিত্তিগী হোম তৌরিবা ব্রহ্মাণ অমদি লম্বোইবা অসিগুম্বা আশ্রম মরিদা লৈরিবা মীওইনা শুক্লা অমসুং কৃষ্ণা একাদশীদা ব্রত তৌগনি।

পাদ্মোত্তরখণ্ডে শিবপার্ব্বতী সম্বাদে॥

বর্ণানামাশ্রমাণাঞ্চ স্ত্রীণাঞ্চ বরবর্ণিনি।
একাদশ্যুপবাসস্তু কর্ত্তব্যোনাত্র সংশয়ঃ॥ ৩০॥

অনুবাদ :— পদ্মপুরাণগী উত্তর খণ্ডদা শিব পার্ব্বতী ভাংনবদা —হে সুন্দরি ! বর্ণ মরিমক, আশ্রম মরিদা লৈরিবা খুদিংমক অমসুং সুপী পুম্নমক একাদশী ব্রত ভৌগনি । মসিদা চিংনকম লৈতে । ৩০ ।

কাত্যায়নস্মৃতৌ ॥

অষ্টবর্ষাধিকোমর্ত্ত্যো হ্যপূর্ণাশীতিবৎসরঃ ।
একাদশ্যামুপবসেৎ পক্ষয়োরুভয়োরপি । ৩১ ॥

অনুবাদ :— কাত্যায়নস্মৃতিদ ইরি :— চহি নিপান্দগী হৌরগা মরিফু শুদ্রিবা মীওইশিংনা একাদশী ব্রত ভৌগদবনি ॥ ৩১ ॥

নারদীয়ে ॥

অষ্টবর্ষাধিকোমর্ত্ত্যো হ্যশীতির্নৈবপূর্য্যতে ।
যোভুঙক্তে মামকে রাষ্ট্রে বিষ্ণোরহনি পাপকৃৎ ।
স মে বধ্যশ্চ নির্ব্বাস্যো দেশতঃ কালতশ্চ মে ।
এতস্মাৎ কারণাদ্বিপ্র একাদশ্যামুপোষণং ।
কুর্য্যান্নরোবা নারি বা পক্ষয়োরুভয়োরপি ॥ ৩২ ॥

অনুবাদ :— নারদ পুরাণদা ইরি :— নিংথৌ রুক্মাঙ্গদনা পুং মৈয়দুনা পাও চেনখি মদুদি ঐগী ঈরৈবাক্তা লৈরিবা চহি নিপান্দগী হেল্লবা অমদি চহি মরিফু শুদ্রিবা মীনা একাদশীদা চারবদি পাপ চেল্লবা মহাক্তু হাৎকনি নত্রগা ঐগী লৈবাক্তগী তাদ্থোক্কনি। হে বিপ্র ! মরম অসিদগী নিপা নুপী খাইদনা শুক্লা কৃষ্ণা একাদশীদা ব্রত ভৌগদবনি ।

বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরে ।।

বৈষ্ণবোবাথ শৈবোবা কুর্য্যাদেকাদশীব্রতং ।

অনুবাদ :— বিষ্ণুধম্মোত্তরদা ইরি :— বিষ্ণু অমসুং শিব-নিংবা কাংলুপ অনিমক একাদশীদা ব্রত তৌগদবনি ।

সৌরপুরাণে ।।

বৈষ্ণবোবাথ শৈবোবা সৌরোপ্যেতৎ সমাচরেৎ ॥

অনুবাদ :— সৌর পুরাণদা ইরি :— বিষ্ণুনিংবা, শিবনিংবা অমদি সূর্য্যনিংবা মখোইনা অসিগুম্বা ব্রত অসি তৌগদবনি ।

অতত্রবোক্তং স্কান্দে শ্রীশিবেন ।।

ন শৈবো নচ সৌরোবা নাশ্রমী তীর্থসেবকঃ ।

যোভুঙক্তে বাসরে বিষ্ণোঃ শ্বপচাদধিকোহিসঃ ।

বিপ্রেয়ং তেন মে গৌরি কৃতং দুষ্টেন পাপিনা ।

মদ্ভক্তিবলমাশ্রিত্য যোন ভুঙক্তে হরের্দিনে ।। ৩৩ ।।

অনুবাদ :— মরম অসিদগী স্কন্দপুরাণদা শ্রীশিবনা দুর্গাদা হায়খি :— একাদশীদা চারবা মহাক্তো শিবগী মনাই, সূর্য্যগী মনাই, আশ্রমদা লৈবা অমসুং তীর্থদা লৈবা ওইদরে। হে গৌরি ! ঐবু ফনা নিংদুনসু একাদশীদা ব্রত তৌৱবা কত্রবা পাপ চেন্নবা মহাক্না ঐঙী নুঙঙাইতনবা ( পেন্দনবা ) তৌরবনি ।।

অথাশক্তৌ প্রতিনিধিঃ ।।

বায়ুপুরাণে ।।

উপবাসেত্বশক্তস্য আহিতাগ্নেরথাপিবা।
পুত্রান্ বা কারয়েদন্যান্ ব্রাহ্মণান্ বাপি কারয়েৎ
॥ ৩৪ ॥

অনুবাদ :— মতুংদা একাদশী ব্রত তৌবা ঙমদ্রবদি মহুৎশিন্নবা থংহল্লি। বায়ু পুরাণদা ইরি :— নিতিগী যজ্ঞ তৌদুনা লৈরবা ব্রাহ্মণনা একাদশীব্রত তৌবা ঙমদ্রবদি মচাশিংবু নত্রগা অতোপ্পা ব্রাহ্মণশিংবু নেক্তুনা ব্রত তৌহনগদবা ওই ।। ৩৪ ।।

অথবা বিপ্রমুখ্যেভ্যো দানং দদ্যাৎ স্বশক্তিতঃ।
উপবাসন্তু কুর্ব্বাণঃ পুণ্যং শতগুণং লভেৎ।
যমুদ্দিশ্য কৃতং সোপি সম্পূর্ণং ফলমশ্নুতে।
নারী স্বপতিমুদ্দিশ্য একাদশ্যামুপোষিতা।
পুণ্যং শতগুণং প্রাহুর্মুনয়ঃ পারদর্শিনঃ।
উপবাসফলং তস্যাঃ পতিঃ প্রাপ্নোত্যসংশয়ং।

অনুবাদঃ-অমসুং বেদ খংলবা ব্রাহ্মণদা ঙমজবা দান তৌগদবা ওই। মপাগী য়াথংনা ব্রত তৌরিবা মহাক অদুনা মশানা তৌজবদগী শরুক চামা হেন্না পুণ্য ফংই, অমসুং মশামক্তীনি থন্দুনা তৌরবসু ব্রত ফল মপুং ফানা ফংই।

নুপী অদুনা মপুরোইবগীনি থন্দুনা একাদশী ব্রত তৌরবদি মশাগী পুণ্য শরুক চামা ফংই হায়না য়াম্না খংলবা মুনিশিংনা হায়খি। অদুগা নুপী অদুগী মপুরোইব অদুসু ব্রতগী ফল ফংই মাসিদা চিংননিংঙাই লৈতে।

বারাহে ।।
অসামর্থ্যে শরীরস্য ব্রতেবা সমুপস্থিতে ।
কারয়েদ্ধর্ম্মপত্নীঞ্চ পুত্রংবা বিনয়ান্বিতং ।
ভগিনীং ভ্রাতরং বাপিব্রতমস্য ন লুপ্যতে ।

অনুবাদ :— বরাহ পুরাণদা হায়রি :— হকচাং ওয়ক্তুবদা মাগী ধর্ম্মপত্নী, নোল্লুকপা মচা, মচন, মচে অমম্বুং মনাও নিপাবু ব্রত তৌহল্লবদি মশাগী ব্রত তৌদবা ওইদ্রে ।

কাত্যায়ন স্মৃতৌ ।।
পিতৃমাতৃ পতি ভ্রাতৃগুর্ব্বর্থেতু বিশেষতঃ ।
উপবাসং প্রকুর্ব্বাণঃ পুণ্যং শতগুণং লভেৎ ।
দক্ষিণাত্র ন দাতব্যা শুশ্রূষা বিহিতা চ সা ।

অনুবাদ :— থোইদোক্না মপা, মমা, মপুরোইবা, ময়াম্বা অমম্বুং গুরু মখোয়সিগী মহুৎ শিন্দুনা ব্রত তৌরবদি পূণ্য শরুক চামা কংই । অদুগা ব্রত অদুগীদমক্তি মচানচিংবদা শুশ্রূষাগী মশক ওইবনিনা দক্ষিণা তৌরোই ।

গৃহস্থঃ ক্ষত্রিয়ার্থে য একাদশ্যামুপোষিতঃ ।
পুরোধাঃ সপ্রিয়ৈঃ সার্দ্ধং ফলংপ্রাপ্নোতি নিশ্চিতং ।

অনুবাদ :— য়ুম পাল্লিবা পুরোহিতনা ক্ষত্রিয়গীদমক ব্রত তৌবিয়বদি মচাশিংগা লোইননা শোইদনা ফল তংখাই অমা কংই ।

পিতামহাদীনুদ্দিশ্য একাদশ্যামুপোষণং ।
কৃতং যৈস্তু ফলং বিপ্রাঃ সমগ্রং তে সমায়য়ুঃ।

অনুবাদ :— হে ব্রাহ্মণশা ! মশুশিংনা মবুধৌনচিংবগী শরুক শিন্দুনা ব্রত তৌরবদি তৌরিবা মখোয় অদুনা মপুংফাবা ফল ফংই ।

কর্ত্তা দশগুণং পুণ্যং প্রাপ্নোত্যত্র নসংশয়ঃ ।
সমুদ্দিশ্য কৃতং সোপি সম্পূর্ণং ফল মাপ্নুয়াৎ ॥ ৩৫ ॥

অনুবাদ:— মসিদা ব্রত তৌরিবদুনা পুণ্য শরুক তরা ফংই, অদুগা মপু অদুনা ফল মপুং ফানা ফংই ; মসিদা চিংনমিত্তাই লৈতে । ৩৫ ॥

মার্কণ্ডেয়পুরাণে ॥
একভক্তেন নক্তেন বালবৃদ্ধাতুরঃ ক্ষিপেৎ ।
পয়োমূল ফলৈর্ব্বাপি ন নির্দ্বাদশিকো ভবেৎ ।

অনুবাদ :— মার্কেণ্ডেয়পুরাণদা ইরি :— পত্নীনচিংবা মহুৎ শিনবিনবা লৈত্রবা অঙাং, অহল, অমস্তুং নারবা মীওইনা সুমিদাংদা চরা অমস্তুং চাগনি নক্রগা শঙ্গোম, লফোই, মঙ্গানচিংবা চাদুনা লেমগনি । ব্রত তৌদনা দ্বাদশীবু থাদোকফদে ।

* বিশেষ দ্রষ্টব্যঃ— ন নির্দ্বাদশিকঃ একাদশী ব্রত রহিতো ন ভবেৎ। দ্বাদশীতি একাদশ্যাং দ্বাদশ্যামপ্যুপবাস সাম্যাৎ দ্বাদশী শব্দেন একাদশী লক্ষ্যতে। অতএব দ্বাদশী দশমী বিদ্ধা ইত্যাদি বাচো যুক্তিঃ। এবমেকাদশী শব্দেনাপি কুত্রাপি দ্বাদশী জ্ঞেয়া ॥

* দ্বাদশী ব্রত তৌবদুনা একাদশী থাদোকপা কৌদে। একাদশী দ্বাদশী অনিমক্তা তৌবা ব্রত চপমাম্নবদগী দ্বাদশী শব্দনা করিগুম্বা মফমদা একাদশীবু থঙ্নৈ। মরম অদুদগী দশমী বিদ্ধা ওইরবদি দ্বাদশীদা ব্রত তৌগনি হায়না বচন অমদি যুক্তি মখাদা লাক্কনি। অদুনা একাদশী শব্দনা করিগুম্বা মফমদা দ্বাদশীবু থংনৈ।

বৌধায়নস্মৃতৌ ॥
উপবাসেত্বশক্তানামশীতেরূর্দ্ধজীবিনাং।
একভক্তাদিকং কার্য্যমাহ বৌধায়নো মুনিঃ॥ ৩৬॥

অনুবাদ :— বৌধায়নস্মৃতিদা ইরি :— বৌধায়নমুনিনা হায়খি, —চহি মরিফুদগী হেন্না পুনশিরবা মীওইনা চন্না অমত্তং চাদুনা ব্রত তৌগনি।

কিঞ্চ ॥
ব্যাধিভিঃ পরিভূতানাং পিত্তাধিকশরীরিণাং।
ত্রিংশদ্বর্ষাধিকানাঞ্চ নক্তাদিপরিকল্পনং॥ ৩৭॥

অনুবাদ :— লাইথুংশিংনা য়ারবা, পিত্তগী শরুক হেল্লবা অমত্তং চহি মতুং ইন্না গৃহস্থশিংগীদমক তাকিবা চহি য়াঙ্খোনগী চহি কুন্থ্রাদগী হেল্লবা মী হায়বদি চহি মরিফু শুরবা মী অস্নম্না লৌগনি। মরিফু নত্রগা মরিফুতরা শুরবা মীনা অহিংদা চাগনি। মফম অসিদা "ত্রিশদ্বর্ষাধিকানাম্" হায়রগা করম্না চহি মরিফু অমত্তং মরিফুতরা শুবা মী হায়বা অর্থ করম্না কংবগে? হায়ররবদ মী ওইবগী চহিদা হুস্ফুবু উত্তম বয়সনি হায়না লৌই, মদুদগী চহি কুন্থ্রা হেল্লবা মী

হায়রবদি মরিফু তরা শুবা গৃহস্থশিংনা চহি য়াখৈগী মতুংদা বনদা চৎকনি হায়রম্মী। গৃহস্থশিংনা য়ুমদা কৈগদবা চহি ৫০ নি, মডুদগী চহি কুন্থ্রা হেল্লবা মী হায়বদি চহি ৮০ শুরবা মী হায়ব অর্থ ফংই।

কূর্ম্মপুরাণে ॥

একভক্তেন নক্তেন বালবৃদ্ধাতুরঃ ক্ষিপেৎ।
নাতিক্রমেদ্দ্বাদশীঞ্চ উপবাস ব্রতেন চ।

অনুবাদ :— কূর্ম্মপুরাণদ ইরি,—অণ্ডাং, অহল অমস্তুং নারবা মীশিং অডুনা চরা অমস্তুং চাডুনা লেল্লবদি দ্বাদশীগী ব্রত তৌদবা ওইদে।

ভবিষ্যপুরাণে ॥

দ্বাদশী কল্পে ॥

একাদশ্যাং প্রভুং বিষ্ণুং সমভ্যর্চ্যকদাচন।
উপোষিতেন নক্তেন তথৈবা যাচিতেন চ ॥ ৩৮ ॥
একভক্তেন বা তাত ন নির্দ্বাদশিকো ভবেৎ।
তদেকনিয়মী নিত্যং ন সীদতি কদাচন।

অনুবাদ :— ভবিষ্যপুরাণদা দ্বাদশী কল্পদা ইরি,—করিগুম্বদা নারডুনা ঙমদ্রবা মীওইশিংনা একাদশীদা শ্রীবিষ্ণুবু পূজা তৌরগা ব্রত তৌবা অমদি চরা অমা হেনবা অমস্তুং নিরুবা লৈতনা লৈজব থর চাডুনা লৈরবদি একাদশী ব্রত তৌবা কৌরে। (অনাবা মীনস্তু)। চরা অমস্তুং চাডুন লেলবা অডুনা দ্বাদশী ব্রত থাদোকপা কৌদ্রে। নিয়ম অসিবু কাইদ্রবদা অরাবা ফংদে। ৩৮ ॥

অথ বিশেষতো নক্তাদিকং ॥

বায়ব্যে ॥

নক্তং হবিষ্যান্নমনোদনম্বা ফলন্তিলাঃ ক্ষীরমথাম্বু চাজ্যং।
যৎ পঞ্চগব্যং যদি বাপি বায়ুঃ প্রশস্তমত্রোত্তরমুত্তরঞ্চ।

অনুবাদ :— অসিগী তুংদা থোইদোক্লা নক্তনচিংবা ব্রতগী মরমদা বায়ুপুরাণদা ইরি—মুমিদাংদা হবিষ্যান্ন চাবা, চাক নত্তবা পোৎ চাবা; উহৈ চাবা, থোইদিং চাবা, শঙ্গোম থকপা, ঈশিং থকপা, ঘী থকপা, পঞ্চগব্য থকপা অমসুং প্রাণায়াম তৌদুনা লেনবা পুম্নমক অসিগী মরক্তা মথা মথানা হেল্লি।

ভবিষ্যে ॥

উপবাসাৎ পরং ভৈক্ষ্যং ভৈক্ষ্যাৎ পরমযাচিতং।
অযাচিতাৎ পরং নক্তং তস্মান্নক্তেন বর্ত্তয়েৎ ॥ ৩৯ ॥

অনুবাদ :— পুম্না হেনবদগী ( চরা অনি চাদবদগী ) হায়বদি উপবাস তৌবদগী ভিক্ষা তৌরগা চাবনা, ভিক্ষাদগী হায়জরুবা য়াওদবনা, নিরুদবদগী নক্তব্রতন ( অহিং চাবনা ) থোইনা কৈ মরম অসিদগী ঙমদ্রবা মীওইনা মতম খিবিক্তা নক্তব্রত ( অহিং চাবা ) তৌগদবনি ॥ ৩৯ ॥

কিঞ্চ ॥

সর্ব্বভূতভয়ংব্যাধিঃ প্রমাদো গুরুশাসনং।
অব্রতঘ্নানি পঠ্যন্তে সকৃদেতানি শাস্ত্রতঃ।

অনুবাদ :— অমস্তুং ব্যাঘ্রনচিংবা হিংস্রজন্তুশিংদগী কিরবা মীতুনা, অনাবা লৈরবা মীনা ৱাথল চোইরবা মীনা গুরুগী য়াথং মতুং ইন্দুনা অমস্তুং শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্দুনা ওইরবস্থু ব্রত অমুক্তং তৌথিদবা অদুদি ব্রত তৌথিদবগী অমাংবা অদু লৈতে।

মহাভারতে উদ্যমপর্ব্বণি ॥
অষ্টৌতান্যব্রতঘ্নানি আপোমূলং ফলং পয়ঃ।
হবির্ব্রাহ্মণকাম্যাচ গুরোর্ব্বচন মৌষধং ॥ ৪০ ॥

অনুবাদ :— মহাভারতকী উদ্যম পর্ববদা হায়রি—ঈশিং, মূল (মঙ্গানচিংবা মরু পানবা পোৎ), উহৈ, শঙ্গোম অনৌবা, ঘী, ব্রাহ্মণনা চাহনিংবা, গুরুগী য়াথং ভাকপা অমস্তুং হিদাক চাবা হায়রিবা মথল ৮ অসি শিজিন্নবদি ব্রত মাংহনবা কৌদে ॥ ৪০ ॥

অপবাদঃ ॥
কাশ্যপপঞ্চরাত্রে ॥
মদুত্থানে মৎশয়নে মৎপার্শ্বপরিবর্ত্তনে।
অত্র যো দীক্ষিতঃ কশ্চিৎ বৈষ্ণবো ভক্তিতৎপরঃ ॥
অন্নংবা যদি ভুঞ্জীত ফলমূলমথাপিবা।
অপরাধমহং তস্য ন ক্ষমামি কদাচ ন।
ক্ষিপামি নরকে ঘোরে যাবদাহূত সংপ্লবং ॥ ৪১ ॥

অনুবাদ :— বিশেষ নিয়ম কাশ্যপপঞ্চরাত্রদা ইরি—মপোক অসিদা কনাগুম্বা দীক্ষা তৌরবা অমস্তুং কৃষ্ণভক্তিদা পুক্নিং চংলবা

বৈষ্ণব অমনা হরিউত্থানদা, হরিশয়নদা, হরি পার্শ্বপরিবর্ত্তন সুমিত্তা করিগুবা ফল মূল চারুরব'দ ভগবান ঐনা মাগী মরান অদু ডাকপিদ্রে। প্রলয় মতম ফাওবা মাবু অকিবা কংলবা নরকদা থাথদুনা থম্মী ॥ ৪১ ॥

অন্যত্র চ ॥

মচ্ছয়নে মদুত্থানে মৎপার্শ্বপরিবর্ত্তনে।

ফলমূল জ লাহারী হৃদি শল্যং মমার্পয়েৎ ॥ ৪২ ॥

অনুবাদ :— অতোপ্পদসু হায়বি :—হরিশয়নদা, হরিউত্থানদা, হরিপ  রিবর্ত্তনদা মী অদুনা ফল ( উহৈ ) মূল ( মরু পানবা পোং ) অমসুং ঁশিং চারু-থক্রু পৎবি মহাক অদুনা ঐগী ( হরিগী ) থম্মোইদা ত -না শিল্লবনি । *

* মরু ওইনা য়েংশিনগদবদি মথক্তা হায়খি বা ভগবৎকী বচন অসিগী তাৎপর্য্যদি একাদশী ওইরবসু দ্বাদশী ওইরবসু ব্রত তৌগদোবা সুমিত্তুগী মথক্তা হায়বনি। হরিপার্শ্ব দ্বাদশীগীদি শ্রবনা নক্ষত্রনা পানবা অদুদা ব্রত তৌগনি অনিমক্তা কংলগা উমলবদি অনিমক্তা তৌগনি, উমদ্রগা অকোনবদা তৌগনি ; নক্ষত্র অসিনা পান্দ্রবদি একাদশী ব্রত তৌগনি। পারণাদি বামনজন্মগী মধ্যাহ্নদা অভিষেক লো য়গা তৌগনি। মফম অসিদা উমদবশিংগী ব্রাকম লৈতরে। মখাদা শন্দোক্ল লাকনি।

ইত্থং সুসিদ্ধে নিত্যত্বেপ্যগ্নিহোত্রাদিবৎ ফলং ।
চিত্রং স্যাদিতি মাহাত্ম্যমেকাদশ্যা বিলিখ্যতে ॥ ৪৩ ॥

অনুবাদ :— মতৌ অসুম্না একাদশী ব্রত অসি য়াদবগী মওং ওইরবসু অগ্নিহোত্র হোমনচিংবগী মতৌগুম্না মহাক্কী ( এক দশীগী ) অঙকপা ফল ওই হায়রি। মরম অসিনা মতাং অসিদা একাদশী মাহাত্ম্য ইরকই ॥ ৪৩ ॥

অথৈকাদশী মাহাত্ম্যং তত্ত্বসাগরে ॥

অনুবাদ :— অসিগী তুংদা তত্ত্বসারদ হায়গিবা একাদশী ব্রতগী মাহাত্ম্য অদু হায়রক্লগে ॥

মাতেব সর্ব্ববালানামৌষধং রোগিণামিব ।
রক্ষার্থং সর্ব্বলোকানাং নির্ম্মিতৈকাদশী তিথিঃ ।
নানাদুঃখসমাকীর্ণে সংসারে নরজন্মনি ।
একাদশ্যুপবাসী যঃ স ধন্যঃ সচ বুদ্ধিমান্ ॥
একাদশীং পরিত্যজ্য যোন্যব্রতমুপাসতে ।
স করস্থং মহারত্নং ত্যক্ত্বা লোষ্ট্রংহিযাচতে ॥
একামেকাদশীঞ্চাপি সমুপোষ্য জনার্দ্দনং ।
তোয়েনাপি সমভ্যর্চ্চ্য সংসারান্মুক্তি মাপ্নুয়াৎ ॥
প্রসঙ্গাদথবা দম্ভাল্লোভাদ্বা ত্রিদশাধিপ ।
একাদশ্যাং মনঃ কৃত্বা সর্ব্বদুঃখাদ্বিমুচ্যতে ॥
শমায়াস্তু মহারোগাদ্দুঃখিনাং সর্ব্বদেহিনাং ।
একাদশ্যুপবাসোয়ং নির্ম্মিতং পরমৌষধং ॥ ৪৪ ॥

অনুবাদ :— মচাশিংগী মফমদা মমানা তৌবগুম, অসুং অনাবগী

মীগী মকমদা হিদাক্ল তৌবগুম, মী পুন্নমকপু ঙাকপিনবগীদমক একাদশী হায়বা তিথি অসি শেমখিবনি।

মথল মথা অয়াম্বা অন্নাবনা থল্লবা সংসার অসিদা মীওইবগী মপোক্তা পোকলবা মী অদুনা একাদশী উপবাস তৌবদা পুক্নিং চংলবা মহাক অদুদি থাগৎনিংঙাইনি অমসুং বুদ্ধিমান্নি। মী অদুনা একাদশী ব্রত থাদোক্লগা অতোপ্পা ব্রতগী উপাসনা তৌরবা মী অদুদি মথুম্বা পাইরম্বা মথি অদু থাদোক্লগা লৈপাক মতুম নিজবদা তারে॥

একাদশী ব্রতগী উপবাস অসিমতং তৌরগা ঈশিংতনা ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজরগা সংসারদগী লাম্থোকপা ঙম্মী॥

হে দেবরাজ! করিগুম্বা থোদোক অমদগী নত্রগা নাপন তৌবদগী ওইরবসু, নত্রগা মিচৌবদগীবু ওইরবসু একাদশীগী মরিদা পুক্নিং চংলুরবদা অয়াম্বা অন্নাবদগী মুক্তি ওইবা ঙম্মা।

লাইয়েংবদা ল্লারবা অনাবনা নারবা জীবশিংগী অদুগুম্বা অরুবা অনাববু কোক্লবগীদমক্তা অথোইবা হিদাক্না মশক ওইরবা একাদশী উপবাস অসি শেমখিবনি॥ ৪৪॥

সংসারসর্পদষ্টানাং নরাণাং পাপকর্ম্মণাং।
একাদশ্যুপবাসেন সদ্যএব সুখং ভবেৎ॥

অনুবাদ :— সংসার অসিনা লিন ওইদুনা চিক্লবা, পাপ তৌরবা মীওইবশিংগী মকমদা একাদশী ব্রতনা খুদক অদুদা নুংঙাইবা ওই।

নারদীয়ে বশিষ্ঠোক্তৌ ॥
একাদশীসমুত্থেন বহ্নিনা পাতকেন্ধনং।
ভস্মতাং যাতি রাজেন্দ্র অপি জন্মশতোদ্ভবং।
নেদৃশং পাবনং কিঞ্চিন্নরাণাং ভূপ বিদ্যতে।
যাদৃশং পদ্মনাভস্য দিনং পাতকহানিদং।
তাবৎ পাপানি দেহেঽস্মিন্ তিষ্ঠন্তি মনুজাধিপ।
যাবন্নোপবসেজ্জন্তুঃ পদ্মনাভদিনং শুভং ॥ ৪৫ ॥

অনুবাদ :— নারদ পুরাণদা বশিষ্ঠনা হায়বা মতাংদা ইরি :—
হে রাজেন্দ্র ! মপোক চামরক্তা তৌখিবা পাপকী মশক ওইব শিংবু একাদশী ব্রতনা মৈ ওইরদুনা চাকথেকই ।।

হে ভূমিপ ! অদুগুম্বা একাদশীনা পাপ পুম্নমক্কী মাংনবা ওই ; অদুগুম্বা মীওইবাশংগী পাপ কোক্লবা ওইবা অতৈ অমা লৈতরে ।।

হে নরাধিপ ! অদুগুম্বা মীওইনা একাদশী ব্রত তৌদ্রিবা অদুক্কী মথৈ মহাক্কী মশাদা পাপ পুম্নমকনা তিন্দুনা লৈ ।। ৪৫ ।

অশ্বমেধসহস্রানি বাজপেয়শতানি চ।
একাদশ্যুপবাসস্য কলাং নার্হন্তি ষোড়শীং ॥

অনুবাদ :—লিশিং লিশিংলক তৌবা অশ্বমেধ অমস্তুং চামা চামা রক তৌবা বাজপেয়, পৌণ্ডরীকনচিংবা যজ্ঞ তরেৎ অসিগুম্বা যজ্ঞ কয়ামুকনা একাদশী ব্রতগী শরুক তরাতরুক ( ১/১৬ ) থোকপগী অমা কাওবা ফংবা ঙমদে ।

একাদশেন্দ্রিয়ৈঃ পাপং যৎকৃতং ভবতি প্রভো।
একাদশ্যুপবাসেন তৎ সর্ব্বং বিলয়ং ব্রজেৎ ॥

**অনুবাদ :—** হে প্রভো ! মিৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় তরামাথোইনা তৌবা পাপ পুম্নমকপু একাদশী ব্রতনা মাংহল্লি।

একাদশী সমং কিঞ্চিৎ পাপত্রাণং ন বিদ্যতে।
স্বর্গমোক্ষপ্রদ হ্যেষা রাজ্যপুত্র প্রদায়িণী

অনুবাদ :— একাদশীব্রতগা মানবা পাপ কোকপীনবা অতোপ্প অমা লৈতে, একাদশী ব্রত অসিমক্তনা স্বর্গ, মোক্ষ, রাজ্য অমসুং মচা পীনৈ।

সুকলত্রপ্রদা হ্যেষা শরীরারোগ্যদায়িণী।
ন গঙ্গা ন গয়া ভূপ ন কাশী নচ পুষ্করং ॥
নচাপি কৌরবং ক্ষেত্রং ন রেবা নচ বেদিকা।
যমুনা চন্দ্রভাগাচ তুল্যা ভূপ হরের্দিনাৎ ॥ ৪৬ ॥

অনুবাদ :— হে রাজন্ ! অসিগুম্বা একাদশীনা ফজবী মুপী অমসুং হকচাংগী নাদ-য়েক্তবা পী ; গঙ্গা, গয়া, কাশী, পুষ্কর, কুরুক্ষেত্র, রেবা বেদিকা, যমুনা অমসুং চন্দ্রভাগানচিংবগা একাদশীগা মান্নদে হায়বদি একাদশীনা হেল্লি।

ব্যাজেনাপি কৃতা রাজন্ ন দর্শয়তি পাতকং।
অনায়াসেন রাজেন্দ্র প্রাপ্যতে বৈষ্ণবং পদং ॥ ৪৭ ॥

অনুবাদ :— একাদশীদা লৌনমতুনা চন্না হেল্লবদসু পাপ কোকই অমসুং ইরাই লাইনা বৈকুণ্ঠ ফংই ॥ ৪৭ ॥

চিন্তামণি সমা হ্যেষা অথবাপি নিধিঃ স্মৃতা।
কল্পপাদপপ্রেক্ষা বা সর্ব্ববেদোপমাথবা ॥ ৪৮ ॥

অনুবাদ :— অসিগুম্বা একাদশীগা, অনিংবা পিবা ওম্বা মনিগা, লৌখোকপগা লোইবা নাইদবা লনগৈগা, অপাম্বা পিবা ওম্বা উপাম্বীগা অমস্তুং লানবিবা ওম্বা বেদ পুম্নমক্কা মাম্নে হায়রম্ব্রে।

তত্রৈবান্যত্র ॥
সংপ্রাপ্য বাসরং বিষ্ণোর্যোনরঃ সংযতেন্দ্রিয়ঃ।
উপবাস পরোভূত্বা পূজয়েন্মধুসূদনং।
দহন্তি পূর্ব্বপাপানি কিন্তপোভিঃ কিমধ্বরৈঃ ॥

অনুবাদ :— নারদপুরাণগী অতোপ্পা মফ মদা হায়রি :— ইন্দ্রিয় খুড়ম চনবা ওম্বা নিপানা একাদশীদ ব্রত তৌদুনা মধুসূদনবু পূজা তৌরবদি মহাক্কা তপ অমসুং যজ্ঞ পুম্নমক্কী বলনবা করিনে ? মহাক্কী মমাংগী পাপ পুম্নমক মাংই।

একাদশীং প্রপন্না যে নরা নরবরোত্তম।
তেহদ্বন্দ্ববাহবো ভূত্বা নাগারীকৃতকেতনাঃ ॥ ৪৯ ॥

অনুবাদ :— রাজেন্দ্র ! মীশিংনা একাদশী ব্রত তৌরবদি মখুৎ মরি পান্দুনা গরুড়গী মনমদা তোংই—হায়রবদি শিরগা গরুড়না বিষ্ণু লোক য়ৌনা পুবি :

স্রগ্বিনঃ পীতবস্ত্রাহি প্রয়ান্তি হরিমন্দিরং।
এষ প্রভাবোহি ময়া দ্বাদশ্যাঃ পরিকীর্ত্তিতঃ।
পাপেন্ধনস্য ঘোরস্য পাবকাখ্যোমহাপতে॥

অনুবাদ :— লৈ-পরেং শিন্দুনা অমসুং সনাফিগে শেত্তুনা হরি মন্দিরদা চংলি—( মাসি শিরবা তুংগী রানি ) হে রাজন্! অচৌবা পাপনা ওইবা শিং বু চাক্রবা মৈগী মশক ওইরবা দ্বাদশীগী গুণ এৈনা হয়খে।

কিঞ্চ॥
যদ্‌যোগৈর্ম্মংপদং সাংখ্যৈঃ প্রাপ্যতে বান বা দ্বিজ।
অনায়াসেন তং প্রাপ্যং পদং হরিদিনানুগৈঃ।

অনুবাদ! হে দ্বিজ যোগ (দিবয় থাদোক্তুনা বিষ্ণুবু নিংবা) অমদি সাংখ্য (জীবাত্মা, পরমাত্ম অমসুং মায়াবু খাইদোক্তুনা খংবা ওয়া) না এৈগী ধাম ফংবা ওমদে; একাদশীদা পুক্রিং চংবা মীশিংনদি ইরাই লাইনা ফংবা ওমই।

অন্নাভাবে যদা বিপ্র একাদশ্যামুপোষিতঃ।
উপবাস ফলং তেন সমগ্রং সমবাপ্যতে॥৫০॥

অনুবাদ :— হে রাজন্। কনাগুম্বা মী অমনা চাক লৈত্রদুনা একাদশী নুমিত্তা চরা হেল্লবদি একাদশী ব্রতগী মহৈ পুম্নমক ফংই।

রাজবন্ধাদ্‌ যদা বিপ্র একাদশ্যামুপোষিতঃ॥
উপবাসফলং তস্য সম্যগ্‌ ভবতি নিশ্চতং॥৫১॥

অনুবাদ :— হে ব্রাহ্মণ ! নিংথৌগী অফা-অপুননা মরম ওইদুনা একাদশীদা চরা হেল্লব মী অদুনস্থু ব্রতগী মহৈ পুন্নক ফংই।

ব্রহ্মবৈবর্ত্তে ॥
যথা দাবাগ্নিরুদ্দিতঃ শুষ্কমার্দ্রঞ্চ গহ্বরে।
দহত্যেব সমস্তানি কলুষাণি হরের্দিনং ॥ ৫২ ॥

অনুবাদ :— লমথৈনা লোক্লুংদা অকংবা অমসুং অচোৎপা উ নাপীনচিংবা পুমনমকপু চাকপগী মতৌগুম্মনা একাদশী ব্রতনা পাপ পুম্নমক মাংহল্লি।

পাপেন্ধনস্য ঘোরস্য শুষ্কস্যার্দ্রস্য ভার্গব।
নান্যদ্বিনাশয়-মতং বিনৈকাদশ্যুপোষণং।

অনুবাদ :— হে শৌনক ! য়ামলবা অরিব পাপ অমসুং অনৌবা পাপপু মাংনবা মরম, একাদশী ব্রত নত্তনা অতোপ্পা অমা খংদরে।

কিঞ্চ॥
সর্ব্বপ্রায়শ্চিত্তমিদং সংসারোত্তারকারকং।
একাদশীব্রতং বিপ্র কুর্ব্বন্ মুক্তিমবাপ্নুয়াৎ।

অনুবাদ :— অসিগুম্বা একাদশী ব্রতনা মখল খুদিংগী পাপ পুম্নমক কোক্লবা প্রোয়শ্চিত্তগী মশকনি অমসুং সংসারদগী লান্থোকই, মুক্তিসু ফংই।

নরোদিনৈর্যদ্দশভিশ্চতুর্ভিশ্চ করোত্যঘং ।
উপোষ্য পঞ্চদশমং দিনং বিষ্ণোর্হি মুচ্যতে ॥ ৫৩ ॥

অনুবাদ : — মীনা তরামরিনি চুপ্পা পাপ তৌরক্লগা তরামঙানি শুবা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি পাপ পুম্নমক অদু মংই ।

ইতি সর্ব্বপুরাণেষু মুনীনাং নিশ্চিতং মতং ।
উপোষ্যৈকাদশীং পাপান্মুচ্যতে নাত্র সংশয়ঃ ॥

অনুবাদ :— একাদশী ব্রত তৌরগা পাপতগী লাপ্থে কই, মসিদা চিংননিঙাই লৈতে, হায়বসি পুরাণ খুদিংদা মুনিশিংগী মতনি ।

কলাবুচ্ছিন্নমার্গাণাং নৃশংসাপাতিতাত্মনাং ।
একাদশীং বিনা বিপ্র ন সংসারাদ্বিমোক্ষণং ॥

অনুবাদ :— হে ব্রহ্মণ্ ! কলিদা ধর্ম্মগী লম্বি কায়রবা অমসুং তমথিবনা ( হিংসান ) মরম ওইনা থমোই মোংলবা মীশিংগী লান্নবা একাদশী ব্রত নত্তনা অতৈ লৈত্রে ।

কিঞ্চ ॥
এতৎ সারমিদং তত্ত্বমিদং সত্যমিদং ব্রতং ।
প্রায়শ্চিত্তমিদং সম্যগ্ যদেকাদশ্যুপোষণং ॥

অনুবাদ :— একাদশী ব্রত অসে, ধর্ম্মগী মচি, ধর্ম্মগী মশক, অরেপ্পা, তশেংবা ব্রত অমসুং পাপ কোক্লবা মশকনি ।

কিঞ্চ ॥
গোবিন্দস্মরণং নৃণামেকাদশ্যামুপোষণং ।
প্রায়শ্চিত্তমিদং নূনং সংসারোত্তারকারকং ॥

অনুবাদ : — গোবিন্দবু নিংশিংদুনা একাদশী ব্রত তৌবা

অদুতনা লেপ্পমক মীশিংগী পাপ কোক্লবগী অমসুং সংসারদগী লাম্নবগী মরমনি।

তত্রৈবান্তে ॥
স্নেহেন ভক্ত্যা বৈরেণপ্রসঙ্গেন যথা তথা।
নিহন্তি সর্ব্বং কলুষমেকাদশ্যাং স্তুতোহরিঃ।

অনুবাদ :— ব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণদা হিরম অসিগী মমেদা ইরি :— নুংশিজুনা সেবা ফংনিংজুনা, য়েক্কানি শন্দুনা অমসুং কনাগুম্বগা লোইনবজুনা ওইরবসু মতাক অদুনা একাদশীদা ব্রত তোরগ হরিবু শোঙ্গরবদি পাপ পুম্নমক মাংই।

কিঞ্চ ॥
এবং সমস্ত সুখধর্ম্মগুণাশ্রয়ঞ্চ
একাদশীব্রতমিদং কলিকেতুরুক্তং।
শাস্ত্রেষু শৌনক জগৎপাতিবু প্রিয়ঞ্চ
শ্রদ্ধাপরঃ প্রকুরুতে লভতে স মুক্তিং।

অনুবাদঃ— অমসু হে শৌনক। অয়াম্বা নুঙাইবা, ধর্ম্ম অমসুং গুণনচিংশগী তুংফম ওইবা একাদশী ব্রতনি; মাদু শাস্ত্র পুম্নমক্তা কলিগী ধর্ম্ম পুম্নমক্কী অথোইবনি হায়খ্রে; মী অদুনা থাজদুনা হরিনা পুম্নমক্কী হেন্না নুংশিরবা ব্রত অসি তোরবদি অরান-খুবম ফংই।

তত্রৈব সর্ব্বান্তে ॥
এতৎ শৃণোতি কুরুতেহনুমতিংদদাতি

শ্রদ্ধাঞ্চ কারয়তি যশ্চ তথা নরাণাং ॥
একাদশীব্রতকৃতে কলুষৈর্ব্বিমুক্তঃ
প্রাপ্নোতি দিব্যভুবনং গরুড়ধ্বজস্য ॥ ৫৪ ॥

অনুবাদ :— অদুগুম্বা একাদশীগী ব্রা ইবগী মমৈদা ইরি :— একাদশী ব্রতগী ব্রারম তাবা, একাদশী ব্রত তৌ হায়বা অমস্তুং একাদশী ব্রতনা মরম ঞহৈদুনা মীওইবশিংবু থাজবা পোকহনবা মহাক অদুনা পাপ পুন্নমক্তগী লাপ্তোক্তুনা হরিগী অথোইবা বৈকুণ্ঠ লাক। ফংই।

পাদ্মে বৈশাখমাহাত্ম্যে।
দেবদূতবিকুণ্ডলসম্বাদে ॥
উপোষ্যৈকাদশীমেকাং প্রসঙ্গেনাপি মানবঃ।
ন যাতি যাতনাং যামীমিতি নো যমতঃ শ্রুতং

অনুবাদ :—পদ্মপুরাণগী বৈশাখ থাগী মগুন তায়বদা দেবদূতগা বিকুণ্ডলগা ঙাংনবা মতাংদা ইরি :— ঐখোয়না যমদগী তাবকই,— মাদুদি মীওইবনা কনাগুম্বা অমবা মীগা তিন্নরুবনা একাদশী ব্রত অমতং ফাওবা তৌরবদি মহাক অদু যমগী অরাবা ফংদরে।

একাদশেন্দ্রিয়ৈঃ পাপং যৎ কৃতং বৈশ্য মানবৈঃ।
একাদশ্যুপবাসেন তৎ সর্ব্বং বিলয়ং ব্রজেৎ।

অনুবাদ :— হে বৈশ্য ! মীশিংনা ইন্দ্রিয় তরামাথোইনা তৌবা পাপ পুন্নমক একাদশীা ব্রততনা মাংই।

একাদশীসমং কিঞ্চিৎ পুণ্যং লোকে ন বিদ্যতে।
ব্যাজেনাপি কৃতা যৈস্তে বশং য়ান্তি ন ভাস্করেঃ ॥৫৫॥

অনুবাদ :— তাইবংপালবদা একাদশী ব্রতগা মান্নবা অতৈ পুণ্য অমা লৈত্রে ; মিনমদুনা ব্রত তৌরে হায়বা মাখোয় অদু কাওবস্থ যমদগী দণ্ড ফংদরে।

এবমন্যত্রাপি নেদৃশমিত্যাদীনি
সপ্ত পদ্যানি পূর্ব্ববদত্র প্রবর্ত্তন্তে ॥ ৫৬ ॥

অনু:—মগুং অসিগী অতোপ্পা মতাংদস্থ "নেদৃশং" নচিংবা শ্লোক তরেৎনা মথক্কী মতৌগুম্না মতাং অসিদা ইবি। হায়বদি নারদপুরাণগী বচন পুম্নমক্কী মতৌগুম্ন' পদ্মপুরাণগী মাঘ থাগী মাহাত্ম্য ইবগী মতাং-দস্থ বচন পুম্নমক য়াওরি।

কিঞ্চ ॥

বালত্বে যৌবনে বাপি বৃদ্ধত্বে বা বিশাম্বর।
উপোষ্যৈকাদশীং নূনং নৈব প্রাপ্নোতি দুর্গাতিং।

অনুবাদ :— হে বৈশ্যশ্রেষ্ঠ। অঙাং, মপুং ফারকপা অমস্তুং অহল " ইরবস্থ একাদশী ব্রত তৌরবদি লেপ্পমক অরাবা ফংদরে।

তত্রৈব বৈশাখ মাহাত্ম্যে ॥
শ্রীযমব্রাহ্মণসম্বাদে ॥
একাদশ্যাঞ্চ বিধিবদুপবাসপরায়ণাঃ।
শুক্লে সিতেতরে পক্ষে তে নরাঃ স্বর্গভাগিনঃ ॥ ৫৭ ॥

অনুবাদ :— পক অনিমক্কী একাদশীদা শাস্ত্রগী মতুংইন্না ব্রত তৌরিবা মাখোয় পুম্নমক স্বর্গ ফংই। ("স্বর্গ" শব্দনা শ্রীবৈকুণ্ঠলোকপু থংনৈ)।

মাতৃবৎ সর্ব্ববালানামিতি পূর্ব্ববৎ ॥

অনুবাদ :— তত্বসাগরদা "অণ্ডাং অয়াম্বগী মমাগী মতৌগুম্না" অসিনচিংবা বচন পুম্নমক্কী মতৌগুম্না পদ্মপুরাণগী বৈশাখ মাহাত্ম্যদম্থু বচন পুম্নমক অদু যাওয়ে।

কিঞ্চ ॥
একাদশীসমং কিঞ্চিৎ পাপত্রাণং ন বিদ্যতে।
তামুপোষ্য বিধানেন পুরুষাঃ স্বর্গগামিনঃ ॥ ৫৮ ॥

অনুবাদ: — একাদশী ব্রতগা মান্নবা পাপ কোক্নবা অতৈ অমা লৈতরে; শাস্ত্রগী র মতুংইন্না একাদশী ব্রত তৌরিবা মাখোয় পুম্নমক স্বর্গ ফংই।

একাদশেন্দ্রিয়ৈঃ পাপং যৎ কৃতং ভবতি দ্বিজ।
নরোনির্দ্ধূয় তত্তূর্ণং ব্রতী স্বর্গাতমান্ ভবেৎ ॥

অনুবাদ :— হে ব্রহ্মন্! ইন্দ্রিয় তরামাথোইনা তৌবা পাপ পুম্নমক একাদশী ব্রতনা মাংহন্দুনা স্বর্গ ফংই।

অশ্বমেধেত্যাদি পূর্ব্ববৎ ॥

অনুবাদ : — "অশ্বমেধ" হায়রবা অসিনচিংবা অসিদি মথক্তা হায়খিদ্রবগা নাম্নরে অমুক ইররোই।

কিঞ্চ ॥ অমসুং —
একতঃ ক্রতবঃ সর্ব্বে সর্ব্বতীর্থ তপাংসি চ।
মহাদানানি দত্তানি ব্রতং বৈষ্ণবমেকতঃ।

বৈষ্ণবত্রতজোধর্ম্মো ধর্ম্মোযজ্ঞাদিসম্ভবঃ।
একত্র তুলিতো ধাত্রা তৎ পূর্ব্বোহ্যভবদ্ গুরুঃ
হরিবাসর ভক্তানামচ্যুতাচ্যুতভাষিণাং ॥ ৫৯ ॥

অনুবাদ :— মাইকৈ অমরোমদনা যজ্ঞ খুদিং, তীর্থ খুদিং, অয়াম্বা মথলগী তপস্যা অমসুং মতাদান তৌথিব, অদুগা অমবোমদনা একাদশী ব্রত তৌবা। ব্রহ্মানা অনিসি চাংদম্নবদা যজ্ঞনচিংবদগী পোকপা ফলদগীদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম শেল্লিবা বৈষ্ণবশিংগী একাদশী ব্রতদগী পোকপা ফলনা হেল্লি শায়খে ।। ৫৯ ।

নাহং শাস্তা বিশেষেণ তেভ্যো বিপ্র বিভেম্যহং।
যেষাং পুত্রশ্চ পৌত্রশ্চ একাদশ্যামুপোষিতঃ।
স মহাত্মা স্বপুরুষান্ শতমুদ্ধরতে বলাৎ ॥ ৬০ ॥

অনুবাদ :— হে ব্রাহ্মণ ! মখোয়শিং অদুগী মচানশু অদুনা একাদশী ব্রত কৌই, যম ঐনা পাপ পুন্যগী শাসন তৌব ওইরবসু মখোয় অদুগী মফমদগী থোইদোক্না কিরি। একাদশী ব্রতদা পুক্রিং চংলব মহাত্মা অদুগী মপাঙ্গলনা মথাকী মপা মপু চাম-চামবু নরকদগী লানবিগে ভগবৎকী ধাম কাওবা ফংহল্লি হায়না ভাব অসিনি। ৬০।

উপোষণং ততঃ কুর্য্যাৎ পক্ষয়োরুভয়োরপি।
একাদশ্যাং স পুরুষো ভুক্তিমুক্ত্যেক ভাজনং।

অনুবাদ :— অসিদগী নিপা অদুনা শুক্ল কৃষ্ণ পক্ষ অনিদা একাদশী ব্রত তৌবিবা মতাক অদুনা ভোগ ঐশ্বর্য্য অমসুং মুক্তিগী পাত্র ( আধার ) ওইরে।

তত্রৈব কার্ত্তিকমাহাত্মে ।।
শ্রীযমধূম্রকেতুসম্বাদে ।।

অনুবদা :— পদ্মপুরাণগী কার্ত্তিক মাহাত্ম্যদা যম অমসুং ধূম্রকেতুগী সম্বাদদ হায়রি :—

একাদশ্যান্তু প্রাপ্তায়াং সমুপোষ্যেহ মানবাঃ ।
সর্ব্বপাপৈ বিমুক্তা যান্তি বিষ্ণোঃ পরং পদং ॥
ধর্ম্মদাহর্থদা চৈব কামদা মোক্ষদা কিল ।
সর্ব্বকামদুঘা নৃণাং দ্বাদশী বরবর্ণিনি ॥
একাদশীব্রতং সৌম্য যস্ত্বেকং সম্যগর্জ্জিতং ।
কিং দানৈঃ কিং তপস্তীর্থৈঃ সর্ব্বদং বিধিনাকৃতং ॥

অনুবাদ :— একাদশী তিথি ফংলবদা হায়বদি দোষ লৈতবা একাদশী অদু ফংলবদ মীওইবগী মপোক অসিদা মীশিং অদুনা হায়রিবা তিথি অসিদা উপবাস তৌরগা পাপ পুম্নমক্তগী কোক্তুনা ভগববান বিষ্ণুগী অথৌইবা ধাম অদুদা চৎলি ।।

হে সুন্দরি ! মীওইবশিংগী মরিদা দ্বাদশী তিথি অসিনা ধর্ম্ম, অর্থ ( লল ) কাম ( অপাম্বা ) মোক্ষ অমসুং মথল পুম্নমক্কী অনিংব অপাম্বা পুম্নঃ কপু পিনৈ ।।

হে সৌম্য ! কনিগুম্না মী অদুনা একাদশী ব্রত অসিমতং তৌরবদা দান তৌরগা তৌবনী শানদে। মরম অদুনা ব্রম্নান হায়রিবা ব্রত অসিবু পুম্নমক পীবা ওস্বগী মওংদা শেম্বীখ্রে ।

তত্রৈবোত্তর খণ্ডে।
শিব পার্ব্বতী সম্বাদে॥
একাদশীং পরিত্যজ্য যোহন্যদ্ব্রতমাচরেৎ
স করস্থং মহারত্নং হিত্বা ভৈক্ষ্যন্তু যাচতে॥ ৬১॥

অনুবাদঃ— পদ্মপুরাণগী উত্তর খণ্ডদা শিব পার্ব্বতী ঙাংনবদা একাদশী ব্রতবু থাদোক্লবা অতোপ্পা ব্রতবু তৌরবদি মী অদুনা মখুত্তা পায়বা অথোইবা মণিবু হুন্দোক্লগা নিদুনা চ.বগুনই।

স্কান্দে উমামহেশ্বর সম্বাদে॥
বিনাপি ঋক্ষসংযোগাদেকৈবৈকাদশী নৃণাং।
বিনিহন্তাহ চৈনাংসি কুনৃপো বিষয়ং যথা॥ ৬২॥

অনুবাদ:— স্কন্দপুরাণদা শিব পার্ব্বতী ঙাংনবদা॥ পুষ্যা নক্ষত্রনচিংবনা তিন্নবা একাদশী অদুদসু ব্রত তৌরিবা মীশিং অদুগী পাপশিং অদুবু একাদশী অদুনা ফত্তবা নিংথৌনা বিষয়বু মাঙহনবগুম্ব মাঙহল্লি।

ন দানং ন তপঃ স্নানং নচান্যৎ সুকৃতং ক্বচিৎ।
মুক্তয়ে হ্যভবৎ সুভ্রু মুক্তৈ্যকং হরিবাসরং॥ ৬৩॥

অনুবাদঃ— হে সুন্দরি! একাদশী ব্রতবু থাদোক্লগা দান, তপস্যা, স্নান অমসুং অতোপ পুণ্য অমনা মুক্তি কংদে

সকৃচ্চোপোষণেনাস্যাং নশ্যন্তি পাপরাশয়ঃ।
একতঃ পৃথিবীদানমেকতোহরিবাসরঃ॥
ন সমং কবিভিঃ প্রোক্তং বাসরোহ্যধিকঃ স্মৃতঃ।

অমুবদা :— একাদশী উপবাস অমুক্তুং তৌরগা পাপ পুম্নমক মাংই। পৃথিবী দান তৌবগ একাদশী ব্রত তৌবগা চাংদম্নবদ মাম্নবা ওইদে ; ময়ম অসিনা পণ্ডিতশিংনা একাদশী ব্রতন হোল্ল হায়খ্রে।

তত্রৈবামৃতসারোদ্ধারে শ্রীযমস্য দূতানুশাসনে ॥
অগম্যাগমনে পাপং মিত্রদ্রোহে চ পাতকং
ইত্যাদি পাতকং যচ্চ যত্নৈরন্যদুপার্জ্জিতং।
পাষণ্ডালাপজনিতং পতিতানাঞ্চ সঙ্গমাৎ।
তস্মন্না মার্জ্জিতং সর্ব্বমেকাদশ্যুপবাসিনাং ॥ ৬৪ ॥

অনুবাদ :— স্কন্দ পুরাণগী মচি খনগৎপা মতাংদ শ্রীযমনা দূতশিংদ তাকপিখি ঃ—

শোকনব য়াদবা স্ত্রীশিংগী মকমদা লমচৎ কায়বা, অমসুং মরুপ হাৎপগী পাপ, মশাগী ধর্ম্ম থাদোক্লবা মীগা লোইননা ব্লারী শারুব পোকপা অমসুং জাতি ধর্ম্ম কায়রবা মীগা তিম্নরুবদগী পোকপা পাপ পুম্নমকপু ব্লানা তানশিল্লবা করিগুম্বা একাদশী ব্রত তৌরিবশিংগী মকমদা ঐনা কোকপি।

প্রতিগ্রহোত্থং যৎ পাপং দশাভ্রংশোদ্ভবঞ্চ যৎ।
তন্ময়া মার্জ্জিতং দূতা একাদশ্যুপাবাসিনাং ॥ ৬৫ ॥

অনুবাদ :— হে দূতশিং! ফত্তবা দান লৌবদগী পোকপা অমসুং ব্রহ্মচারি ধর্ম্ম কায়বদগী পোকপা পাপ পুম্নমক একাদশী ব্রত তৌরিবশিংগী মফমদ ঐনা কোকপি।

অতএব তত্র ॥

একাদশ্যাপবাসী য়োনরোভবতি ভূতলে।
মুক্তং ময়া শাতানন্দ তেষাং ত্রিপুরুষং কুলং।

অনুবাদ :— মরম অসিদগী মত্তাং অসিদা। হে শতানন্দ! তাইবংপানবদ একাদশী ব্রত তৌরিবা মী অদুগী পুরোন অহুম কাওবা ঐন পাপ কোকপি।

একাদশ্যামভুঞ্জানা মুক্তাঃ পাপশতৈরপি।
ভবদ্ভিঃ পরিহর্ত্তব্যা হিতা মে যদি সর্ব্বদা

অনুবাদ :—হে দূতশিং! নগোয়না মক্ত পুন্নমক্তা ঐগী কনবা তৌরবদি মীশিং অদুন পাপ কয়ামুক তৌবা ওইতনস্থ একাদশী ব্রতবু তৌরবদি মাখোয়বু থাদোক্কদবনি।

কিঞ্চ ॥

বরং চাণ্ডালজাতীয় একাদশ্যুপবাসকৃৎ
নতু বিপ্রশ্চতুর্ব্বেদী যোভুঙ্‌ক্তে হরিবাসরে।

অনুবাদ :— অমস্তুং। একাদশীদা ব্রত তৌরবদি চাণ্ডাল ওইরবস্থ করে। অদুগা — ব্রতবু তৌদ্রবদি বেদ মরি থংবা ব্রাহ্মণ ওইদুনস্থ করিস্থ কান্নদরে।

তত্রৈব শ্রীব্রহ্মনারদসম্বাদে।
কল্পবৃক্ষসমাখ্যাতা দ্বাদশী বাঞ্ছিতার্থদা
সুগতের্দায়িনী পুংসাং স্মৃতা চ কৃতকীর্ত্তনা॥ ৬৬॥

অনুবাদ :— অপাম্ববু পীনৈ হায়দুনা দ্বাদশীবু কল্পবৃক্ষ হায়না খঙনরে মরম অদুনা মহাকপু নিংশিংবা অমস্তুং শোল্লবদি মানা মীশিংবু অপোইব লম্বী পি।

নাশ্বমেধসহস্রৈশ্চ তীর্থকোট্যবগাহনৈঃ।
যৎ ফলং প্রাপ্যতে বৎস দ্বাদশীবাসরে কৃতে॥ ৬৭॥

অনুবাদঃ— হে বৎস! দ্বাদশীদা ব্রত তৌরগা ফংবা মহৈ অড, অশ্বমেধ অমস্তুং তীর্থস্নান কয়ামুক তৌদুনস্থ ফংবা ঙমদে।

পূজামাপ্নোতি সর্ব্বত্র ন রোগেভ্যোভয়ংভবেৎ।
নোপসর্গভয়ং তস্য দুষ্টজীবসমুদ্ভবং।
ন দাহো ন ক্লমোনার্ত্তিঃ স্মরণং সর্ব্বদা হরেঃ।
সন্ততের্ন বিয়োগশ্চ দ্বাদশীকারিণাং হরেঃ।
কথারুচির্ভবেন্নিত্যং ন ভয়ং বিদ্যতে ক্কচিৎ।
রণে রাজকুলেচৈব সর্ব্বত্র বিজয়ীভবেৎ।
ধর্ম্মোপরিমতির্নিত্যং কৃষ্ণে ভক্তিঃসুনির্ম্মলা।
পাতকৈর্ন বৈ লিপ্যেত দ্বাদশী ভক্তিতোনরঃ।

ইদং গুহ্যং সমাখ্যাতং দৃষ্ট্বা শাস্ত্রসমুচ্চয়ং।
সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য কলৌ কার্য্যং হরের্দিনং ॥ ৬৮ ॥

অনুবাদঃ— একাদশী ব্রত তৌরিবা মী অদুবু মকম পুম্নমক্তা পূজা তৌনে কন্নবু লংশিংজুনা লৈরিবা মীন মতম পুম্নমক্তা অনাবা, কওবা জীব, মৈ, চোকথবা অমসুং শোক্তুশদগী অকিবা কংদরে। দ্বাদশী ব্রত তৌরিবশিংগী মচা নিপা মুগী কাইনদে, নিত্তিগী হরিগী মা ভানিংবগী মকমদা অকিবা লৈতে, লালকমদা অংদি নিংথৌগী মকমদা মাই পাকই, মতম পুম্নমক্তা ধর্ম্মদা পুকনিং চংই অমসুং কৃষ্ণদা লুরবা ভক্তি লৈ। অমসুং দ্বাদশী ব্রত তৌরিবা মী অদুদা পাপ পুমনমক পক্তরে; অসিগুম্বা অথুপা ৱাশিং অসি শাস্ত্র কয়ামুক উদুনা হায়রম্লবনি মাদুদি কলিদা ধর্ম্ম পুমনমক থাদোকলগা একাদশী ব্রততবু তৌগদনি।

ন ভবেন্মানসী পীড়া রোগাশ্চাত্যন্তদুঃখদাঃ।
মাহাত্ম্যং পঠতঃ পুংসো দ্বাদশ্যাঃ সম্ভবং কলৌ।
নতং পুণ্যং কুরুক্ষেত্রে প্রয়াগে চ সতাং কলৌ।

অনুবাদ:—কলি যুগ অসিদা দ্বাদশীগী মহাত্ম্য অসিবু পাজরিবা মী অদুগী পুক্নিংগী অৱাব অমসুং থোইদোক্ত অৱাব পিবা অনাব পুম্নমক লৈতে ॥

কলিদ দ্বাদশী মাহাত্ম্য পাঠ তৌরিবা সাধু ওইবা মীশিংনা অদুগুম্বা ফল অমা ফংলি, ফল অদু কুরুক্ষেত্র অমসুং প্রয়াগদা ফংবা ওমদে ॥

ভবিষ্যে॥ ভবিষ্য পুরাণদা হায়রি

একাদশী মহাপুণ্যা সর্ব্বপাপবিনাশিনী।
ভক্তেশ্চদীপনী বিষ্ণোঃ পরমার্থগতিপ্রদা॥
যামুপোষ্য নরো ভক্ত্যা ন সংসারে ভবিষ্যতি।
একাদশ্যাং নিরাহারো যো ভুঙক্তে দ্বাদশীদিনে॥
ন স দুর্গতিমাপ্নোতি নরকাণি ন পশ্যতি।
কৃত্বা পাপসহস্রাণি একাদশ্যামুপোষিতঃ॥
দ্বাদশ্যামর্চ্চয়েদ্বিষ্ণুং ন স দুর্গতিমাপ্নুয়াৎ।
এবা তিথিঃ পরা পুণ্যা বিষ্ণোরাশস্তুষ্টিদা॥
তস্যামেব জগন্নাথো অমূর্ত্তোমূর্ত্তিমান্ স্থিতঃ।
তেন সা সর্ব্বপাপঘ্না সর্ব্বদুঃখবিনাশিনী॥
যা সা বিষ্ণুময়ী শক্তিরনন্তা ব্যাপ্য যা স্থিতা॥
সা তেন তিথিরূপেণ দ্রষ্টব্যেকাদশী সতী॥ ৬৯॥

অনুবাদ :— একাদশী হায়বা তিথি অসি অচৌবা পুণ্যগী মশক্তি অমা অয়াম্ব পাপশিংবু মাঙ্ হনবনি, ভক্তিবুস্থ ঙালহনবনি, বিষ্ণুশী পরমার্থ ( অশেংব তত্ব ) অদুবুস্থ পিবা ঙম্বনি। মরম অসিনা মী অদুনা ভক্তিগ লোইনন। মহক্কা উপাসনা তৌরবদা সংসরদগী মুক্তি ওইবা ঙম্মী॥

মহাক অদুনা একাদশীদা চরা হেল্লগা দ্বাদশী নুমিত্তা পারনা তৌরবা মহাক অদুনা করিগুম্বদা অরাবা ফংদে, অমস্তুং মী অদুনা একাদশীদা চরা হেল্লগা দ্বাদশীদা বিষ্ণু পূজা তৌরিব মহাক্তুনা করিগুম্বদা অরাব ফংদে॥

একাদশী তিথি অসি পোইদোকপ পুণ্যগী মশক্তি অমসুং ভগবান বিষ্ণুবু থোইদোক হেন্দোক্ন পেনহনবা তিথনি। হায়রিবা একাদশী অসিদা মশক মওং লৈতবা জগন্নাথনা মূর্ত্তিমান ওইনা লৈ। মবম অসিনা একাদশী তিথি অসিনা মীওইবশিংগী অয়াম্বা পাপ অমসুং অয়াম্বা মথকগী অরাব কোকহল্লি।

অসিগুম্বী একাদশী তিথি অসি বিষ্ণুগী মশক ওইবী শক্তিনি, অমসুং ভমথৈলৈতবগী মওং ওইনা পুম্নমক শিংখ্রংনা লৈখ্রিবিনী। মরম অসিনা হায়রিবা বিষ্ণুময়ী শক্তি অসিবু একাদশীগী মওংদা য়েংলবনি।

সনৎকুমারপ্রোক্তে ॥
কৃত্বা পাপসহস্রাণি ব্রহ্মহত্যাশতানি বৈ।
একামেকাদশীং ভক্ত্যা সমুপোষ্য শুচির্ভবেৎ।
একাদশীব্রতাদন্যদ্ যদ্ ব্রতং ক্রিয়তে নরৈঃ।
তৎফলং তদ্বিজানীয়াদ্দুঃখোত্তীর্ণাপবারণং।

অনুবাদ — ভবিষ্যৎ পুরাণগী [illegible] হয়বা মতাংদা হৈরি ঃ— মী অদুনা পাপ লিশিং লিশিং অমসুং ব্রাহ্মণ চামা চামা হাত্তুনসু ভক্তিনা মাংওইননা একাদশীগী ব্রত অমতং তৌরবদি পাপ পুম্নমক অদু মাংগনি।

মীওইবশিংনা একাদশী ব্রত থাদোক্লগা অতৈ অতোপ্পা ব্রত অমা তৌববদি, ব্রত অদুগী মহৈদি, তুংদা অরাবা পোরব ময়োলগী মতোঙুম্বনি।

সৌরধর্ম্মে ॥

একতশ্চাগ্নিহোত্রাদি দ্বাদশীমেকতঃ প্রভুঃ ॥
তুলয়া তোলয়েত্তত্র দ্বাদশী চ বিশিষ্যতে ।

অনুবাদ ঃ— শ্রীবিষ্ণুনা তুলাগী নাকল অমদা অগ্নিহোত্রন-চিংবা যজ্ঞগী ফল, অমসুং নাকল অমদা দ্বাদশী ব্রতগী ফল হাপ্পুনা চাং ওনবদা দ্বাদশীগী ফলনা হেনখ্রে ।

দেবীরহস্য স্কন্দপুরাণয়োঃ ॥

পাপং পঞ্চবিধং প্রোক্তং পাতকঞ্চাতিপাতকং ।
উপপাতক সংজ্ঞঞ্চ মহাপাতকমেব চ ।
প্রকীর্ণকঞ্চ তৎ সর্ব্বমেকাদশ্যামুপোষণাৎ ।
বিলয়ং যাতি তোয়স্থং যথা চৈবামভাজনং ।

অনুবাদ ঃ— দেবীরহস্য অমসুং স্কন্দপুরাণদা হায়রি :— পাতক, অতিপাতক, উপপাতক, মহাপাতক অমসুং প্রকীর্ণ পাপ মুখ্য [illegible] অসি একাদশী ব্রত তৌরবদি ইশিংদা থম্বা মৈ ইতংবা চফুগী মতৌগুম্না মাঙই ।

দেবীরহস্যে ॥

গায়ত্রীহ যথা সর্ব্বপাপপঞ্জরভেদিনী
একাদশী তথা সর্বপাপপঞ্জরভেদিনী ॥

অনুবাদ :— তাইবং অসিদা গায়ত্রী শোল্লগা পাপ পুম্নমক মাঙহল্লি,— অদুগী মতৌগুম্না একাদশী ব্রতনসু পাপ মাংহল্লি ।

বায়ব্যে স্কান্দে চ ॥

অভোজ্যভোজনাজ্জাতমগম্যাগমনাচ্চ যৎ।
অযাজ্যযাজনাদ্ যচ্চ অভক্ষ্যাণাঞ্চ ভক্ষণাৎ।
অস্পৃশ্যস্পর্শনাদ্ যচ্চ পরেষাং নিন্দয়া চ যৎ।
আত্মনস্তাপনাদ্ যচ্চ পারদার্য্যকৃতঞ্চ যৎ।
বিহিতাকরণাদ্ যচ্চ পরবিত্তাপহারতঃ।
কামান্ধেন কৃতং যচ্চ পাতকং চোপপাতকং।
তৎ সর্ব্বং বিলয়ং যাতি একাদশ্যামুপোষণাৎ।

অনুবাদ ঃ— বায়ু অমসুং স্কন্দপুরাণদা ইরি :— ভোগ তৌবা য়াদবরু ভোগ তৌবা, য়েংহৈদবা নুপী য়েংলুবা, অতোনবা জাতিগী পুরোহিত ওইবা, চাহৈদবা চারুবা, শোকহৈদবা শোকপা, অতোপ্পবু নিন্দা তৌবা, অমত্তঃ ধাগচ্চবা, মপুরোইবা নৈবীবু য়েংলুবা, শাস্ত্রনা তৌ হায়বা থবক তৌদবা, মীগী মরল হুবা, কামন্ধ ওইবা। তৌব পাপ অমসুং শল হাৎপ—অসিনচিংবা পুম্নমক্কগী পোকপা পাপ পুম্নমক একাদশী ব্রতনা মাংহল্লি।

বিষ্ণুরহস্যে শ্রীব্রহ্মোক্তৌ ॥

মনসাপি চিকীর্ষন্তি দ্বাদশীং যে নরোত্তমাঃ।
তেহপি ঘোরং ন পশ্যন্তি সংসার দুঃখসাগরং।

অনুবাদ :— বিষ্ণুরহস্যদা শ্রীব্রহ্মাগী বচন ইরি :— অথোইবা মীশিংনা মপুক্তনস্থ দ্বাদশী ব্রত তৌগে হায়না খনবদা য়াম্না অন্নাবগী মশক ওইবা সংসার সাগরবু উদে।

বিষ্ণুপুরাণে ॥
ওঁকরঃ সর্ব্ববেদানাং যথা চান্ত্যঃ প্রপূজিতঃ।
তথা সর্ব্বব্রতানাঞ্চ দ্বাদশীব্রতমুত্তমং ॥

অনুবাদ ঃ— বিষ্ণু পুরাণদা ইরি ॥

"ওঁ" হায়বা পদনা দেদ পুম্নমক্কী মকোক ওইবা অমসুং পূজা তৌনবগুম্ন' ব্রত খিবিক্কী মরক্তদা দ্বাদশী ব্রতনা অথোইবনি। অমসুং পূজা তৌনরিবনি।

দ্বারকামাহাত্ম্যে।
শ্রীকৃষ্ণংপ্রতি শ্রীচন্দ্রশর্ম্মোক্তৌ ॥
ত্বৎপাদাম্বুজ ভক্তানাং ন দুঃখং পাপিনামপি।
কিং পুনঃ পাপহানানাং দ্বাদশীসেবিনাং নৃণাং।

অনুবাদ :— দ্বারকামাহাত্ম্যদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা শ্রীচন্দ্র শর্ম্মানা হায়খিবদা য়াওরি :— হে ভগবন্! নহাক্কী চরণদা চংজনবা পাপীশিং অদু ফাওবগী অরাবা ওইদে, পাপ য়াওদ্রবা দ্বাদশী ব্রত তৌরবা মাথোয়শিং অদুগী রাদি করি অমুক হায়রুগদগে?

তত্রৈব শ্রীবলিং প্রতি শ্রীপ্রহ্লাদোক্তৌ।
নোষ্ণত্বং দ্বিজরাজে হি শীতত্বং ন হুতাশনে।
বৈষ্ণবানামপাপত্বমেকাদশ্যুপবাসিনাং ॥ ৭০ ॥

অনুবাদ :— বিষ্ণুপুরাণদা শ্রীবলিগী মফমদা শ্রীপ্রহ্লাদনা হায়খিবদা য়াওরি :— থাদা অশাবা লৈতে, মৈদা অইংবা য়াওদে,

মতৌ অসুম্না একাদশী ব্রত তৌরিবা বৈষ্ণবশিংগী মকমদা পাপ লৈতে ।

বৈষ্ণবতন্ত্রে ॥

একাদশী মহাপুণ্যা বিষ্ণোরীশস্য বল্লভা।
তস্যামুপোষিতো যস্তু দ্বাদশ্যাং পূজয়েদ্ধরিং ॥
তস্য পাপানি নশ্যন্তি বিষ্ণৌ ভক্তিশ্চজায়তে।

বৈষ্ণব তন্ত্রদা ইরি :—

অনুবাদঃ—মী অদুনা শ্রীবিষ্ণুগী অচানবা, মহাপুণ্যগী মশক ওইবা একাদশীদা ব্রত তৌরগা দ্বাদশীদা হরি পূজা তৌজববদি মহাক্কী পাপ পুম্নমক মাংই অমসুং শ্রীবিষ্ণুদা ভক্তি পোকই।

বৃহন্নারদীয়ে একাদশীমাহাত্ম্যারম্ভে ॥

মহাপাতকযুক্তোবা যুক্তোবা সর্ব্বপাতকৈঃ।
একাদশ্যাং নিরাহারঃ স্থিত্বা যাতি পরং পদং।

অনুবাদ :— বৃহন্নারদীয় পুরাণদা একাদশী মাহাত্ম্যগী অহৌবদা ইরি :— মহাপাপনা তিনবা ওইসনু অমদি পাপ পুম্নমকনা তিনবা ওইশনু, একাদশী ব্রত তৌরবদি অথোইবা পরম (বিষ্ণুগী ধাম) কংই।

বায়ুপুরাণে ॥

একাদশীব্রতং যস্তু ভক্তিমান্ কুরুতে নরঃ।
সর্ব্বপাপবিনির্ম্মুক্তঃ স বিষ্ণোর্যাতি মন্দিরং ॥

অনুবাদ :— বায়ু পুরাণদা ইরি :- ভক্তি লৈবা মী অদুনা একাদশী ব্রত তৌরবদি পাপ পুম্নমক কোক্তুনা বিষ্ণুগী মন্দিয় ফংই।

বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরে ॥
একাদশ্যুপবাসং যঃ শ্রদ্ধয়া কুরুতে নরঃ।
স সর্ব্বপাতকৈঃ সন্তস্তু চেবাহির্ব্বিমুচ্যতে।
ন পশ্যত্যাময়ং নাপি নরকান্তরযাতনাং।
স নমস্যঃ প্রপূজ্যশ্চ বাসুদেবপ্রিয়োহি সঃ।

অনুবাদ ঃ— বিষ্ণুধর্ম্মগী উত্তরখণ্ডদা ইরি : মী অদুনা থাজবগা লোইননা একাদশী ব্রত তৌরবদি খুদক্তা লীন মকু হুবগুম্না পাপ পুম্নমক্তগী কোকই তৌইগুম্বসুং মানা অনাবা অমসুং নরক তাবগী অরাবা উদরে ; মহাক অদু খুরুম্নফম পূজা তৌনফম ওই, বাসুদেবগী অচানবা হায়বদু ওই।

গারুড়ে ॥
একাদশীব্রতং ভক্ত্যা যঃ করোতি নরঃ সদা।
স বিষ্ণুলোকং ব্রজতি যাতি বিষ্ণোঃ স্বরূপতাং।

অনুবাদ ঃ— গরুড়পুরাণদা ইরি ঃ— মী অদুনা ভক্তিগা লোয়ননা একাদশী ব্রত তৌরবদি বিষ্ণুলোকদা চৎলি অমসুং বিষ্ণুগা শক্তম মান্নবা ওই।

আগ্নেয়ে ॥

একাদশ্যুপবাসং যঃ সদা তু কুরুতে নরঃ।
স যাতি পরমং স্থানং যত্র দেবোহরিঃ স্থিতঃ।

অনুবাদ :— অগ্নিপুরাণদা ইরি ঃ— মী অদুনা একাদশী ব্রত তৌরবদি হরিনা লৈব মফম অদুদা চৎলি।

শিব পুরাণে ॥

যঃ করোতি নরোভক্ত্যা একাদশ্যামুপোষণং।
স যাতি বিষ্ণুসালোক্যং প্রাপ্য বিষ্ণোঃ স্বরূপতাং
॥ ৭১ ॥

ঈদৃঙ্মাহাত্ম্যরত্নানি শাস্ত্রাম্ভোধৌ স্ফুরন্ত্যপি।
কঃ সংগ্রহীতুং শক্তঃ স্যাদত্র কৃষ্ণকৃপাং বিনা॥ ৭২ ॥

অনুবাদ :— শিবপুরাণদা ইরি :— মী অদুনা ভক্তিগা লোইননা একাদশী ব্রত তৌরবদি বিষ্ণুগী শক্তম কংদুনা বিষ্ণুগী লোকদা চৎলি। শাস্ত্র মপৈদা রত্নগী মশক ওইবা একাদশীগী মাহাত্ম্য কয়ামুক ফোংদোকই, মাদুবু শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা নত্তনা কনানা লৌশিনবা ঙমগদগে ?

অথোপবাসদিননির্ণয়ঃ ॥

একাদশী চ সম্পূর্ণা বিদ্ধেতি দ্বিবিধা স্মৃতা।
বিদ্ধাচ বিবিধা তত্র ত্যাজ্যা বিদ্ধাতু পুর্ব্বজা॥ ৭৩ ॥

অনুবাদ :— একাদশী মাহাত্ম্য অসিগী তুংদা উপবাস তৌনবগী অরেপ্প নুমিৎ হায়গে : —

একাদশী অসি সম্পূর্ন হায়বা অমা, বিদ্ধা হায়বা অমা, অনি শুই বিদ্ধা হায়বসি মথল মথা য়াম্মী, ময়ামদুগী মনুংদা পূর্ব্ব বিদ্ধা হায়বদি দশমী বিদ্ধ থাদোকনি ।। ৭৩।

তথাচ পৈঠীনসিঃ ॥

নাগবিদ্ধা চ যা ষষ্ঠী শিববিদ্ধাচ সপ্তমী।
দশম্যৈকাদশী বিদ্ধা তত্র নোপবসেদ্বুধঃ।

শারদা পুরাণে ॥

একাদশী তথা ষষ্ঠী পৌর্ণমাসী চতুর্দ্দশী।
তৃতীয়াচ চতুর্থীচ অমাবস্যাষ্টমী তথা।
উপোষ্যাঃ পরসংযুক্তা নোপোষ্যাঃ পূর্ব্বসংযুক্তাঃ ॥ ৭৪ ॥

অনুবাদ ঃ—মরম অসিনা পৈঠীনসিনা হাখ্রে মদুদি পণ্ডিত ওইবা মীনা পঞ্চমী বিদ্ধা ষষ্ঠী, ষষ্ঠী বিদ্ধা সপ্তমী অমসুং দশমী বিদ্ধা একাদশী, হায়রিবা ষষ্ঠী সপ্তমী একাদশী অসিদা উপবাস তৌরোইদবনি।

শারদা পুরাণদা হায়রি। একাদশী, ষষ্ঠী পৌর্ণমাসী, চতুর্দ্দশী, তৃতীয়া, চতুর্থী, অমাবস্যা অমসুং অষ্টমী হায়রিবা তিথিশিং অসি মথাগী তিথিগা তিন্নবা অদুদা উপবাস তৌগনি। মথক থংবা তিথিগা তিন্নবদুদা উপবাস রোই।

সৌরধর্ম্মোত্তরে চ ॥

একাদশীমুপবসেদ্ দ্বাদশীমথবা পুনঃ।
বিমিশ্রাং বাপি কুর্ব্বীত ন দশম্যা যুতাং ক্বচিৎ ॥ ৭৫ ॥

অনুবাদ :— সৌরধর্ম্মোত্তরদ হায়রি ঃ – একাদশীদা অমসুং দ্বাদশীদা উপবাস তৌগনি অমসুং একাদশীগা তিন্নব দ্বাদশীদা উপবাস তৌগনি। তৌইগুম্বসুং দশমীগা তিন্নবা একাদশীদদি করিগুম্বদা উপবাস তৌরোইদবনি

তথ সামান্যতো বিদ্ধোপবাসদোষঃ ॥

অনুবাদ :— অসিগী তুংদা চাওরাক্না বিদ্ধ উপবাসগী দোষ হায়গে।

তত্র বর্ষায়ণিঃ ॥
ভূতবিদ্ধাত্বমাবস্যা দশমোকাদশ্যমৃতা।
দিশা বিদ্ধাতু সা স্বর্গং হন্তিপুণ্যং পুরাকৃতং ॥ ৭৬ ॥
নারদঃ ॥
দশম্যনুগতা যত্র তিথিরেকাদশী ভবেৎ।
তত্রাপত্য বিনাশঞ্চ পরেত্য নরকং ব্রজেৎ ॥ ৭৭ ॥
নোপোষ্যা দশমী বিদ্ধা সদৈবৈকাদশী তিথিঃ।
যামুপোষ্য নরোজহ্যাৎ পুণ্যং বর্ষশতোদ্ভবং।
কিঞ্চ ॥
দশম্যাচৈব বিদ্ধায়ামেকাদশ্যামুপোষিতঃ।

তস্যায়ুঃ ক্ষীয়তে নিত্যং নারদোঽহং ব্রবীমিবঃ ॥
সত্যং সত্যং বিনশ্যেত সন্ততিস্তু নচান্যথা।
কিঞ্চ ॥
মুহূর্ত্তেনাপি সংযুক্তা দশম্যৈকাদশী তুযা।
তামুপোষ্য নরোমোহোৎ সুখাদ্ধর্ম্মাচ্চ হীয়তে।

অনুবাদ:— বিষয় অসিদা বর্ম য়ণিন হায়রি :— চতুর্দ্দশীনা বিদ্ধ ওইবা অমবস্যা, একাদশী যুক্ত দশমী অমসুং দশমী বিদ্ধা একাদশী, মপেংয় অসিন স্বর্গ অমসুং মমা তৈঙদা তৌখিব পুণ্যবু মাংহল্লি। ৭৬ ॥

নারদ ঋষিন হায়—অদুগুম্বা ব্রত অদুদা দশমীগী মতু দা ওইবা একাদশীদা (হায়বদি দশমীগী দণ্ড অদুনা ৫৬ থরদং হেল্লনা লৈরব মতুংদ একাদশী তিথি ওইরব,) ব্রত অদু তৌরবদি মচা মশু মাংই অমসুং শিরগা নরক তাই ॥ ৭৭ ।

দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরেই, কনাগুম্বনা ব্রত অসি তৌরবদি মহাক্কী চহি চামা চংনা তাঙ্করকপা পুণ্য মাংই। অমসুং নারদ ঐনা হম্মা শম্মঃ হয়রি--মাদুদি কনাগুম্বা মীনা দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরবদ লেপ্পমক পুন্সি মাংবা অমসুং মচানুপী নিপা মাংবানহনা অতে অমা ওইদে ;

কনাগুম্বনা অঙকপদগী দশমীগী মুহূর্ত্ত অমতং কাওবনা শোক্লবা একাদশী অদুদা ব্রত তৌরবদি মাগী সুখাইবা অমসুং ধর্ম্ম মাংই।

বশিষ্ঠশ্চ ॥

দশম্যৈকাদশী যত্র তত্র নোপবসেদ্বুধঃ।
অপত্যানি বিনশ্যন্তি স্বর্গলোকং ন গচ্ছতি।

ব্রাহ্মেব্রতখণ্ডে ॥

উপোষ্যৈকাদশীং মোহাদ্দশমীশেষসংযুতাং
ন নরঃ সুখমাপ্নোতি ইহ লোকে পরত্র চ।
ধৃতরাষ্ট্রেণ মৈত্রেয়ঃ পৃষ্টঃ প্রাহ নরাধিপং।
তদর্থং তে বিয়োগোঽভূৎ পুত্রাণাং ভার্য্যয়া সহ।
পূর্ব্বং ত্বয়া সভার্য্যেণ দশমীশেষ সংযুতা
কৃতা চৈকাদশী রাজন্ তস্যেদং কারণং মতং ॥ ৭৮ ॥

অনুবাদ :—বশিষ্ঠনা হায় : – মুমিৎ অদুদা দশমী বিদ্ধা একাদশী ওইরবা'মুমিত্তুদা পণ্ডিত ওইবা মীনা উপবাস তৌরোইদবনি। তৌরগা মচা-মশুমাংই অমস্তুং স্বর্গ ফংবা ঙমদে ।।

ব্রহ্মপুরাণগী ব্রত খণ্ডদা হায়রি :— দশমীগী মমৈনা শোক্লবা একাদশীদা উপবাস তৌরবা মহাক অতুন ইহলোক অমস্তুং পরলোক অনিমক্তা নুংঙাইবা ফংদ্রে ।।

ধৃতরাষ্ট্রনা মৈত্রেয় মুনিগী মফমদা মচা শিবগী মরম হংলকপদা মৈত্রেয়না হায়খি মহারাজ! ভাষাগা লোইননা নংগী নচাশিংগা কাইনবগী মরমদি অসিনি—নংনা ভার্য্যাগা লোইননা মমাংদা দশমীগী মমৈনা শোক্লবা একাদশীদা উপবাস তৌখিবননি ।। ৭৮ ।।

কিঞ্চ তত্রৈব ॥

নচাহংস্বৈরিণী ভার্য্যা নচাহমপতিব্রতা।
নচেহ কলুষং যেন কিং পাপংত্বন্যজন্মনি।
রামপত্ন্যা বচঃ শ্রুত্বা বাল্মীকি মুনিপুঙ্গবঃ।
চিরংধ্যাত্বা মহারাজ মামুবাচেদৃশংবচঃ ॥ ৭৯ ॥

অনুবাদ :— অমসুং ব্রহ্মপুরাণদা হায়রি ঃ — হে মহারাজ ! নোংমা বাল্মীকিগী মকমদা সীতানা হংবি — হে মুনে ! ঐ লমচৎ নাইদবী ভর্য্যা অমসুং পতিব্রত ওইদবাসু নত্তে, মপোক অসিদসু ঐ পাপ অমত্তা তৌদ্রি. নহাক্কী মপোক্তা কবন্ধ পাপ তৌখ্রবগে ? সীতাগী বাসি তারগা অথোইবা মুনি বাল্মীকিনা কয়ামরুম খল্লগা হায়খি ॥ ৭৯ ॥

দশম্যৈকাদশীং পূর্ব্বং সমুপোষ্য জনার্দ্দনঃ।
অভ্যর্চ্চিতস্ত্বয়া দেবি তস্যেদং কর্ম্মণঃ ফলং ॥ ৮০ ॥

অনুবাদ ঃ— নহাক্কা মমাংঙৈদা দশমীগা তিন্নবা একাদশীদা ব্রত তৌরগা শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌখি, মসি কর্ম্মহুগী ফল নি ॥ ৮০ ॥

কিঞ্চ ॥

বশিষ্ঠঃ সমুবাচেদং পৃষ্টো মান্ধাতৃভার্য্যয়া।
দশম্যৈকাদশী দেবি পুরাচোপোষিতা ত্বয়া ॥৮১॥

অনুবাদ :— মান্ধাতা নিংথৌগী ভার্য্যানা হংবদা কশিষ্ঠনা খুমখি,—হে দেবি ! নংনা মমাংথৈদা দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌশি। ৮১ ॥

তেন তে কর্ম্মণা চেহ স্বভর্তৃসুতবান্ধবৈঃ।
বিয়োগঃ সমনুপ্রাপ্তঃ সত্যং বিদ্ধি পতিব্রতে।

অনুবাদ :—হে পতিব্রতা ! কর্ম্মদুগী মথৈনা মপোক অমদা নপুরোইবা, নচা অমসু মরুপশিংনিঙ্গা [illegible] কাইনবা ফংলিবনি মসি অরেপ্পনি হায়না খংগদবনি।

যানি যানীহ পাপানি ত্রৈলোক্যে সম্ভবন্তি বৈ।
তেষাং স্থানং দশম্যা বৈ স হ্যেকো দশী মতা।
সপ্তজন্মকৃতং পুণ্যং ন[illegible] সংশয়ঃ।

অনুবা[illegible] :—মহোল অহুম অসি[illegible] [illegible] পাপ কয়া[illegible] মহু দশমী বিদ্ধা একাদশীদা তুংকম ওই হায়বসি পুম্নমক্কী মতনি। দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌবগ[illegible] [illegible] ক থরেপ্তা তোরকপা পুণ্য মা[illegible]ই, মসিদ চিংনানিংঙাই [illegible]

কৌর্ম্ম নারদীয় বিষ্ণুরহস্যেষু ॥
দশম্যাশেষসংযুক্তাং যঃ করোতি বিমূঢ়ধীঃ।

একাদশীফলং তস্য ন স্যাদ্দ্বাদশবার্ষিকং।
যৈঃ কৃতা দশমী বিদ্ধ বিদ্যামোহেন মানবৈঃ।
তে গতা নরকং ঘোরং যুগানামেকসপ্ততিং॥

অনুবাদ :--কূর্ম্ম পুরাণ, নারদ পুরাণ অমসুং বিষ্ণুরহস্যদা হৈরি— অপাংবা নিপা অদুনা দশমীগী অরোইবনা তিনবা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি চহি তরানিথোই চংনা তৌরকপা মাগী একাদশীগী ফল [illegible] মীশিং অদুনা লাইরিক হৈরে হায়রগী নাপন্না [illegible] বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি যুগ ৭১ চুপ [illegible] ফংলবা নরকদা লৈ।

কিঞ্চ॥

দশমী বেধসংযুক্তামুপোষ্যৈকাদশীং [illegible]
সম্বৎসরকৃতেনেহ নরো ধর্ম্মেণ মুচ্যতে ॥ ৭২॥

অনুবাদ :—দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত [illegible] অদুগী চহি অমগী তৌজমগা ধর্ম্ম মাংই।

ভবিষ্যে॥

পূর্ণা বিদ্ধাং পলার্দ্ধেন নন্দাং পূর্ণা[illegible]।
যদাচ্ছেদাত্মসন্তান চতুর্ষু নিয়মেষ্ব[illegible]॥

অনুবাদঃ—ভবিষৎ পুরাণদা ইরি—মী অদুনা [illegible] পামলবদি দশমীগী পল তংখাইতনা শোকপা মপুং ফাবা একাদশী অসিদসু অমসুং হায়রক্কদবা বিদ্ধাগী নিয়ম মরি অসিদসু ব্রত [illegible]ইদবনি।

নোপোষিতঞ্চ নক্তঞ্চ নৈকভক্তমযাচিতং।
মন্দায়াং পূর্ব্ববিদ্ধায়াং কুর্য্যাদৈশ্বর্য্যমোহিতঃ ॥ ৮৪ ॥

অনুবাদ ;—একাদশী ব্রত তৌব ঙমদবা মীওইন, নাপল্লা ঙকখিডুনা মপুং ফান বিদ্ধা ওইরবা একাদশীগী অহিংদা চরা অমতং চাদুনা অমস্তুং অরিবা থর চাদুনা ব্রত তৌবো ঙমদবানি।

ব্রহ্মবৈবর্ত্তে॥
গঙ্গোদকস্য সম্পূর্ণং যথা ত্যাজ্যং ঘটং ভবেৎ।
সুরাবিন্দুসমাযুক্তং তৎ সর্ব্বং মদ্যতাং ব্রজেৎ ॥ ৮৫ ॥

অনুবাদ :—ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা ইরি--গঙ্গাজলনা থল্লবা চফুদা য় মরিক অমতং তাখ্রবদি জল পুম্নমক অদু য়ুগী মশক ওইরে হায়দুনা থাদোকই, মদুগী মতৌগুম্না দশমীগী মচেৎ থরতংনা শোল্লবা একাদশী অদু মাংলে ৮৫ ॥

হালাহলং বিষং রৌদ্রং কঃ পিবেন্মূঢ়ধীর্নরঃ।
দশমী শেষসংযুক্তাং ক উপোষ্যতি সদ্ব্রতী ॥ ৮৬ ॥

অনুবাদ :—কনাগুম্বা অপংবা মীমকনা অকিবা কংলবা হুব থকপগে অমস্তুং অফবা ব্রত তৌরিবা কনাগুম্বনস্তু দশমীগী অরোইবনা তিনবা দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌবগে ?

এবং জ্ঞাত্বা মুনিশ্রেষ্ঠ দশমীশেষসংযুতা
বর্জ্জিতা মুনিভিঃ সর্ব্বৈর্ব্বাসুদেবমভীপ্সুভিঃ।

অনুবাদ ঃ — হে মুনি অথোইবা ! বাসুদেববু ফংনিংলবা মুনি-শিংনা পুম্নমক অসি খ লদুনা দশমীগী অরোইবনা তিনবা একাদশীদু ব্রত তৌনখিদে।

গারুড়ে ॥
বিদ্ধামেকাদশীং বিপ্রাস্ত্যজন্ত্যেতাং মনীষিণঃ।
তস্যামুপোষিতোযাতি দারিদ্র্যং দুঃখমেবচ ॥

অনুবাদ ঃ— গরুড়পুরাণদা ইরি ঃ— হে ব্রাহ্মণ ! বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরবদ অরাবা ফংই অমসুং লাইরবা ওই, মরং অসিদগী অখংবশিংনা ব্রত অসি থাদোক্নৈ।

নারদীয়ে ॥
লববেধেঽপি বিপ্রেন্দ্র দশম্যেকাদশীং ত্যজেৎ।
সুরায়া বিন্দুনা স্পৃষ্টং গঙ্গাম্ভঃ কলসং যথা।
শ্বদৃতৌ পঞ্চগব্যঞ্চ দশম্যা দূষিতং ত্যজেৎ ॥ ৮৭ ॥

অনুবাদ ঃ— নারদপুরাণদা ইরি ঃ— যু মরিক অমতংনা শোক্লবা গঙ্গাজলনা থল্লবা চফু অদু মাংই অমসুং হুই মউন্দা হাপলবা পঞ্চগব্য ( শংখ্রি শনম্নুং শজোম অনৌবা, অফম্বা অমঃ

যী ) সু মাংই, অদুগুম্না দশমীগী মীকুপ্ খরদংনা শোক্রবস্নু একাদশীদু নাংই ( থাদোক্কদবা ওই )।

স্কান্দে ॥

দ্বাপরান্তে তু গান্ধারা কুরুবংশবিবর্দ্ধিনী ॥
করিষ্যতি চ সেনানি মূঢ়ভাবাচ্ছিখিধ্বজ।
তেন পুত্রশতং তস্যা নাশমেষ্যত্যসংশয়ং ॥

অনুবাদ ঃ— স্কন্দপুরাণদা ইরি :— হে শিখিধ্বজ ! দ্বাপরগী মমৈদ কুরুবংশ চাওখৎনবা ওটবী গান্ধারীনা ঙকপ্দগী দশমী বিদ্ধা একাদশীদ ব্রত তৌরক্কনি, মচুগী মাগী মগা চাম্‌ মাংলক্কনি।

কলা কাষ্ঠাপি যা চৈব দৃশ্যতে দশমী বিভো।
একাদশ্যাস্তু সেনানি কর্ত্তব্যা ন কথঞ্চন ॥

অনুবাদ :— হে কার্ত্তিকেয়। দশমীগী বিপল ২½ অমাদৈ মীকুপ মঙাতন শোকপা একাদশীদ করিগুম্বদা ব্রত তৌরোইদবনি।

দশম্যেকাদশী যত্র তত্র সন্নিহিতোঽসুর ॥
দ্বাদশ্যেকাদশী যত্র তত্র সন্নিহিতো হরিঃ ॥ ৮৮ ॥

অনুবাদ :— দশমীনা শিনব একাদশী অদুদা হিংচাবনা লৈ, হায়বদি সুমিৎ অদুদা ব্রত তৌরবদি হিংচাবনা হুদুনা লৌই অমস্যুং একাদশীনা তিনবা দ্বাদশীদা হরি লৈ হায়বদি সুমিৎ অদুদা ব্রত তৌরবদি ফল মপুং ফানা ফংই।

কিঞ্চ তত্রৈবোমামহেশ্বর সম্বাদে ॥
স্বর্গাপেক্ষা মহাদেবি তেন ত্যক্তা ন সংশয়ঃ।
বাঞ্ছিতং নারকং সৌখ্যং বিদ্ধং কৃত্বা হরেৰ্দিনং ॥

অনুবাদ :— অমসুং স্কন্দপুরাণদা শিব পার্ব্বতীগী ৱাংনবা মতাংদা ইরি :— হে মহাদেবি! মী অদু বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি লেপ্পমক স্বর্গগী নুংঙাইবা থাদোক্লগা নরকগী নুংঙাইবা প ম্নবনি

নিহতাঃ পিতরস্তেন দেবতানাং বধঃ কৃতঃ
দত্তং রাজ্যস্তু দৈত্যানাং কৃত্বা বিদ্ধং হরেৰ্দিনং ॥

অনুবাদ :— বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি পিতৃলোক অমসুং লাইশিংবু হাৎপগী পাপ ফংই অমসুং হিংচাবশিংগী মপাঙ্গল চাওখৎপা ওই!

পিতৃভিঃ সহিতং বৈরং কৃতং তৈস্তু সুরৈঃসহ।
কারাপয়ন্তি বিদ্ধং যে কুর্ব্বন্তি হরিবাসরং।

অনুবাদ :— মী অদুনা দশমীনা তিনবা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি পিতৃলোক অমসুং লাইশিংগী য়েকনবা ওইরে।

কিঞ্চ তত্রৈব ॥
যে শংসন্তি দিনং বিষ্ণোর্দ্দশমীবেধদূষিতং।
জ্ঞেয়াস্তে পাপপুরুষাঃ শুক্রমায়াবিমোহিতাঃ।

অনুবাদ :— দশমীনা বিদ্ধা ওইবুনা দোষ লৈরবা একাদশীদা ব্রত তৌ হায়না তাকলিবা পাপ চেনবা মহাক অদু শুক্রচার্য্যনা মায়া তৌদুন শুকহল্লবনি হায়না খংনগনি।

উপোষণদিনে বিদ্ধে জাগরঃ পুজনং হরেঃ।
বৃথা দানাহ্নিকং সর্ব্বং কৃতঘ্নেষু কৃতং যথা।

অনুবাদ : - তৌবিমল খংদবা মীশিংগী মফমদা উপকার তৌবগুম দশমী বিদ্ধ একাদশীদা তুমদা হিপুনা হরিপূজা অমসুং দানন'চ'বা তৌবা পুন্নমক অরেম্বা ওই।

উপোষণদিনে বিদ্ধে প্রারব্ধে জাগরে সতি।
বিহায় স্থানং তদ্বিষ্ণুঃ শাপং দত্ত্বাপগচ্ছতি ॥ ৯০ ॥

অনুবাদ :— দশমী বিদ্ধা একাদশীদা জাগরন তৌদুনা পূজা তৌবা হৌগংলকপদ শ্রীভগবান্ হরিন মহাক অদুবু শাপ তৌরম্বগা মফম অদুদগী লেংখি ॥ ৯০ ॥

কিঞ্চ॥

একাদশীং যদা বিদ্ধাং কুরুতে চারুলোচনে।
দশম্যা বেধজং পাপ, নশ্যতে কৃষ্ণদর্শনাৎ।
নচাস্তি সংশয়ঃ কশ্চিৎ পুনর্ন কুরুতে যদি।
কারাপয়ন্তি যেত্বজ্ঞাঃ কূটযুক্তাস্তুহৈতুকাঃ ॥ ৯১ ॥

অনুবাদ :— হে চারুলোচনে! দশমী বিদ্ধা একাদশী ব্রত তৌরবদি মদুদগী পোকপা পাপ অদু শ্রীকৃষ্ণ দর্শন তৌরগা কোকই,

মসিদ চিংননিংঙাই ওইদে তৌইগুম্বসুং অমুক হন্না দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি পাপ অদু অমুক হেন্না লূম্নগনি (পাপ চাওবা হেল্লি হায়বনি) অমহিকসুং লৌনমচাওবা অমসুং কায়েং পান্বা কাংবুশিংনা দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রতগী ব্যবস্থা তৌই ॥৯১॥

প্রেত যোনিং প্রপশ্যন্তি পিতৃভিঃ সহিতা নরাঃ।
দ্বাদশী দশমী বিদ্ধা ধন সন্তান নাশিনী।
ধ্বংসিনী সর্ব্বপুণ্যানাং কৃষ্ণভক্তিপ্রণাশিনী ॥

অনুবাদ :—মরম অদুদগী মী পুম্নমক্না পিতৃশিংগা লোইননা ভূত প্রেত ওইনা পোকই, দশমী বিদ্ধা দ্বাদশীন (মক্কম অসিনা দ্বাদশী পদনা একাদশীবু খংনগনি) লনথুম,মচা মগু, মথন্নমথা অয়াম্ব পুণ্য অমসুং কৃষ্ণভক্তি মাংহল্লি ॥

তত্রৈব শ্রীমার্কণ্ডেয় ভগীরথ সম্বাদে ॥
ন স ভাগবতো জ্ঞেয়ো যঃ করোতি হরের্দিনং।
দশমী বেধসংযুক্তং পাপ মূলং সহৈবহি।

অনুবাদ :—মক্কম অসিদা মার্কণ্ডেয় অমসুং ভগীরথগী পাংনবা মতাংদা ইরি :—দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরিব মহাক অদু ঈশ্বরগী মনাইনি হায়না খংনরোই, অসিগুম দশমী বিদ্ধা একাদশীবু মতম লৈব থিবিক্তা পাপকী মরূনি (হৌরককমনি) হায়না খংনগনি।

পুরাণমন্যথা কৃত্বা করোত্যেকাদশী দিনং।
দশমাশেষসংযুক্তং স নরঃ পশুসন্তাতঃ

অনুবাদ :—পুরাণগী রা লৌদনা দশমী বিদ্ধা একাদশী ব্রত তৌরিবা মহাক অচুবু শাপী মচানি হায়না খংনগনি !

ব্রহ্মঘ্নস্চ যৎ পাপং স্ত্রাবালগুরুঘাতিনঃ।
দশমাশেষ সংযুক্তং যঃ করোতি তদাপ্নুয়াৎ।

অনুবাদ ঃ— ব্রহ্মহত্যাগী পাপ অমসুং মুপী, অঙাং অমসুং গুরু হাৎপগী পাপ পুম্নমক অচুবু দশমীগী অয়োইবনা তিনবা একাদশীদা ব্রত তৌরিবা মীনা ফংই।

বৃষলাসেবনাৎ পাপং শ্বপচাগমনে চ যৎ।
তৎ পাপং জায়তে বিদ্ধং যঃ করোতি হরের্দিনং।

অনুবদ :— শূদ্র অমসুং চণ্ডাল মুপীদা লমচৎ কাইরুবগী পাপ অচু বিদ্ধা একাদকশীদা ব্রত তৌবা মীনা ফংই।

দশমীশেষ সংযুক্তং নিষিদ্ধং বিষ্ণুনা পুরা
তস্মাদ্ভাগবতৈ র্ভূপ শোধয়িত্বা হরের্দিনং
উপোষিতব্যং সত্নেন পূর্ব্বসঙ্গতি বর্জ্জিতং।
পৃথিব্যাং যানি পাপানি স্থূল সূক্ষ্মাণি ভূপতে।
তেষাং ফলমবাপ্নোতি সশল্যৈকাদশী ব্রতে।

অনুবাদ :— হে রাজন্! মমাংদৈদা ভগবান বিষ্ণুনা দশমীগী মমৈনা তিনবা একাদশীদা ব্রত তৌবা ককথংখি, মরম অসিনা

বৈষ্ণবশিংনা চেকশিন্না দশমী বিদ্ধ একাদশী থাদোব্লগা অচুম-অরান য়েংস্লনা ব্রত তৌগনি।

হে ভূপতে! পৃথিবীদা লৈবা অচৌব অপিকপ পাপ পুন্নমকপু বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরগা ফংই।

কুরুতে বৈষ্ণবোভূত্বা সশল্যৈকাদশী ব্রতং।
জ্ঞানতোঽজ্ঞানতোবাপি ন স বিষ্ণুপ্রিয়োভবেৎ।

অনুবাদ:—বৈষ্ণবনা খংনা ওইরবসু নত্রগা খংদনবু ওইরবসু বিদ্ধ একাদশীদা ব্রত তৌরুরবদি মেপন্নমক মহাক বিষ্ণুনা চানবিদ্রে।

কিঞ্চ তত্রৈবান্যত্র॥
বিদ্ধামেকাদশীং মোহাদ্দশমীশেষসংযুতাং।
কুর্ব্বন্ন সুখমাপ্নোতি ইহলোকে পরত্রচ।
তস্মাদেকাদশীযুক্তা দশম্যা নরসত্তম।
ন কর্ত্তব্যা প্রযত্নেন নিষ্ফলা দ্বাদশী মতা॥ ৯২॥

অনুবাদঃ—অংসুং লাইরিক অসিগী অতোপ্পা মতাংদা ইরিঃ— মহাক অদুন ওক্লুনা দশমীনা তিনবা (বিদ্ধা) একাদশীদা ব্রত তৌরবদি হিংলিঙৈদা অমসুং শিরবদসু নুঙাইবা ফংদে।

যথা চৈকাদশী রাজন্ দ্বাদশী চ তথা নৃণাং।
সমানা তৎফলা প্রোক্তা ব্রতেঽস্মিন্ চক্রপাণিনঃ॥৯৩॥

অনুবাদ;—হে রাজন্! চক্রপাণি হরিগী ব্রত অসিদা মীওইবা পুন্নমক্কী মরীদা একাদশীগুম্না দ্বাদশীবুসু থংনগনি।

দ্বারকামাহাত্ম্যে ॥
চন্দ্রশর্ম্মাণং প্রতি তৎ পিতৃণামুক্তৌ ॥
বর্জ্জনীয়ঃ প্রযত্নেন বেধোদশমিসম্ভব ঃ ।
( দশমি = বৈদিক )
নোচেৎ পুত্র ন সন্দেহঃ প্রেতযোনিমবাপ্স্যসি ॥১৪॥

অনুবাদ ঃ – হে পুত্র ! চকশিন্না দশমীনা তিনবা বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত থাদোক্কদবনি, নত্রবদি ভূত প্রেত ওই মাসিনা চিংনগদগা ওইদে ।

হত্যা গচ্ছতি কাশ্যান্তু গয়ায়াং পৈতৃকং ঋণং ।
দশমীবেধজং পাপং ন কাশ্যাং ন গয়াশিরে ।

অনুবাদ ঃ—জীব হাৎপগী পাপ কাশীদা কোকই, মপাগী লমন গয়াদা কোকই, দশমী বিদ্ধা একাদশীদগী পোকপা পাপতি কাশী অমসুং গয়াদসু কোক্তে ।

ত্রৈলোক্যসম্ভবং পাপং তেষাং ভবতি ভূতলে ।
সশল্যং যে প্রকুর্ব্বন্তি বাসরং কৃষ্ণসংজ্ঞকং ।
প্রেতত্বং দুঃসহং পুত্র দুঃসহা যমযাতনাঃ ।

অনুবাদ :— তাইবং অসিদা পোরগা দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরিবশিং অদুগী মথংনদা মরোল অহুমদগী পোকপা পাপনা তিন্দুনা লৈ, ভূত প্রেত ওইদুনা খাংবা ঙমদবা অরাবা ফংই অমসুং খাংবা ঙমদবা যমগী চৈরাক ফংই ।

তত্রৈব তং প্রতি শ্রীভগবদ্বাক্যৌ ॥
পুণ্যং সুসঞ্চিতং যাতি কল্পকোটিশতার্জ্জিতং
সশল্যং যে প্রকুর্ব্বন্তি মুক্তিদং মম বাসরং ।

অনুবাদ ঃ— মতাং অসিদা চন্দ্রশর্ম্মাগী মকমদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি :— মী অদুনা মুক্তি পিবা ঙম্বা ঐগী ওইবা একাদশী দশমী-বিদ্ধাদা ওইরবদ ব্রত তৌরবদি কল্প কোটি চানাদা নিংথিনা তাঞ্জরক্কবা মাগী পুণ্য মাংই ।

অতএব তত্রৈব ভগবন্তং প্রতি তৎপ্রার্থনে ॥
দশমীবেধজং পাপং ত্বদ্দিনে মম পূর্ব্বজৈঃ ।
যৎকৃতং নাশমায়াতু ত্বং প্রসাদাজ্জনার্দ্দন ।

অনুবাদ :— মরম অসিদগী মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মকনদা মাগী প্রার্থনাদা ইরি :— হে জনার্দ্দন ! ঐগী ইপ -ইপুশিংনা দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌবদগী পোকপা পাপ অদু নংগী থৌজান্দগী কোকপীয়ু !

সবিদ্ধং ত্বদ্দিনে কৃষ্ণ যৎ কৃতং জাগরং বিভো ।
তৎ পাপং বিলয়ং যাতু লবণন্তু যথাম্ভসি ॥ ৯৫ ॥

অনুবাদ :—হে কৃষ্ণ ! দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরুবদগী পোকপা পাপ অদু ঈশিংদা থুন্না মাংবগুম্না মাংহনবিয়ু ।

সবিদ্ধং বাসরং যস্মাৎ কৃতং মম পিতামহৈঃ।
প্রেতত্বং তেন সংপ্রাপ্তং মহাদুঃখপ্রদায়কং ॥ ৯৬ ॥

অনুবাদ :— ঐগী ইপা ইপুশিং অতুনা দশমী বিদ্ধ একাদশীদা ব্রত তৌরুবনা মখোয়গী অরাবগী মশক ওইবা ভূত প্রেতগী মশক অদু ফংলে।

পাদ্মে শ্রীভগবদ্ব্রহ্মসম্বাদে ॥
শুক্রেণ মোহিতা বিপ্রা দৈত্যানাং কারণেনতু।
পুষ্ট্যর্থং দশমাবিদ্ধং কুর্ব্বন্তি মম বাসরং ॥ ৯৭ ॥

অনুবাদ :— পদ্মপুরাণদ শ্রীবিষ্ণুগা ব্রহ্মাগা ওয়াংনবা মতাংদা ইরি— হিরণ্যাক্ষ হাৎপগী মতাংদা হিংচাবশিংবু হাৎপসি লুনা খোকপসি উত্তুনা ব্রহ্মানা হংবদা ভগবাননা খুমখি হে ব্রহ্মণ্! শুক্রাচার্য্যগী মায়াদ উক্তুনা ব্রাহ্মণশিংনা হিংচাবশিংগী চাওখৎনব ওইনা দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌই। ৯৭ ॥

বাসরং দশমী বিদ্ধং দৈত্যানাং পুষ্টিবর্দ্ধনং।
মদীয়ং নাস্তি সন্দেহঃ সত্যং সত্যং পিতামহ

অনুবাদ:— হে পিতামহ! দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি হিংচাবা পুম্নমক্কী মপাঙ্গল হেলগৎলি হায়না ঐনা তত্তুন হায়খ্রে; মসিদ চিংনিঙাই ওইদে।

যাবৎ দশম্যা সংযুক্তং করিষ্যন্তি দিনং মম।
তৎ পুণ্যং দৈত্য জাতীনাং সুরৈর্দ্দত্তং পিতামহ।
তেন পুণ্যেন সংপুষ্টো হিরণ্যাক্ষঃ পিতামহ।
নির্জ্জিত্য বাসরং সংখ্যে হৃতং রাজ্যং দিবৌকসাং
॥ ৯৮ ॥

অনুবাদ :— হে পিতামহ ! দশমীনা তিনবা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি লাইশিংনা মহ ক্বী পুণ্য অদু হিংচাবশিংদা পিখি। মরম আসিদগী পুণ্য অদুনা হিরণ্যাক্ষগী মপাঙ্গল হেনগত্তুনা লান্দা ইন্দ্রবু ঊমদুনা লাইশিংগী লৈপাক মুনখি ॥ ৯৮ ॥

শুক্রেণ মোহিতাঃ সর্ব্বে দৈত্যানাংবিজয়ায়বৈ।
অতো বিদ্ধং প্রকুর্ব্বন্তি বাসরং মম মানুষাঃ।
মার্কণ্ড গচ্ছ ভদ্রন্তে ভূর্লোকন্তু মমাজ্ঞয়া।
দশমী বেধ বিষয়ে মায়াং শুক্রস্য নাশয় ॥ ৯৯ ॥

অনুবাদ ঃ— শুক্রাচার্য্যনা ভকহল্লগা মীশিংনা হিংচাবশিংগী জয় ওইনবগীদমক দশমী বিদ্ধাদা ব্রত তৌই। মরম অসিদগী হে মার্কণ্ডেয় ! নংগী মঙ্গল ওইশনু ঐগী য়াথং মতুং ইন্না নংনা পৃথিবীদা চৎলগা দশমী বিদ্ধা একাদশীগী মরিদা শুক্রাচার্য্যগী মায়াবু মাংহল্লু।

শ্রীবিষ্ণো র্বচনং শ্রুত্বা মার্কণ্ডো মুনিসত্তম।
সংপ্রাপ্তো নৈমিষারণ্যং যত্র যজ্ঞপুমান্ হরিঃ।

মার্কণ্ডবচনং শ্রুত্বা ঋষয়ো নৈমিষালয়াঃ।
শুক্রমায়া বিনির্মুক্তা বিস্ময়ং পরমংগতাঃ ॥ ১০০ ॥

অনুবাদ :— অথোইব মার্কণ্ডেয় মুনিনা হিযুংগী ব্রা তারগা যজ্ঞপুরুষ ভগবাননা লৈবা নিমিষারণ্য কৌবা মফমদা চংখি। মার্কণ্ডেয় মুনিগী ব্রা তারগা নিমিষারণ্যদা লৈবা মুনিশিংনা অঙকপা ফংখি। শুক্রগী মায়াদগী কোকখ্রে ॥ ১০০ ॥

ইন্দ্রদ্যুম্নায় কথিতং মহাভাগবতায়বৈ।
গত্বাশ্রমেষু সর্ব্বেষু কথিতং বনবাসিনাং ॥ ১০১ ॥

অনুবাদ :— অদুগী মতুংদা থোইদোক্লা ভগবৎকী মনাই ওইবা ইন্দ্রদ্যুম্নদা হায়রম্লগা বনদা লৈবশিংগী আশ্রম খুদিংদা চত্তুনা মখোয়গী মফমদা ব্রা অসি হায়খি ॥ ১০১ ॥

হিত্বা শুক্রস্য বাক্যানি মার্কণ্ডবচনাৎজনৈঃ।
ত্যক্তা দশমী সংযুক্তা বিপ্রাদ্যৈঃ পুণ্যকাঙ্ক্ষিভিঃ।
পূর্ণবেধকুঠারেণ নরা দ্বাদশীপাদপং।
ছেদয়ন্তি চ যে পাপাঃ কল্পান্তং নারকা হি তে ॥১০২॥

অনুবাদ :— মতুংদা মার্কণ্ডেয়গী বচন মতুং ইন্না পুণ্য পাম্লবা ব্রাহ্মণনচিংবা মী মপৈনা শুক্রাচার্য্যগী ব্রা পুম্নমক থাদোক্তুনা দশমী বিদ্ধা একাদশী ব্রত থাদোকখ্রে।

পাপতা পুক্নিং চংবা মীশিংনা পূর্ণাদশমীগী বেধগী মশক ওইবা শিংজংনা উগী মশক ওইবা দ্বাদশীবু ককথংলি পাপ তৌরিবশিং অদুনা কল্প অমা চুপ্পা নরক তাই ॥ ১০২ ॥

ভবিষ্যে মার্কণ্ডেয় পুরাণে চ ॥
পূর্ণা বিদ্ধামুপাস্তে কো নন্দাং বেদবলাদপি
কো বেদ বচনাত্তাত গোসবে গাংনিহন্তিবৈ ॥ ১০৩ ॥

অনু ঃ— ভবিষ্য অমসুং মার্কণ্ডেয় পুরাণদ হায়রি । হে পুত্র ! বেদদা বাবস্থা লৈরবসু করম্বা মীনা পুর্ণবিদ্ধা একাদশীদা উপবাস তৌবগে ? অমদি কলি যুগদা গোমেধ যাগদা কনানা যণ হাৎকদবা ওইবগে ?

দশমীশেষ সংযুক্তমাশ্রয়েৎ কোব্রতং ব্রতী ।
তস্মাদেকাদশী ত্যাজ্যা দশমী পল মিশ্রিতা ।
উপোষ্যা দ্বাদশী শুদ্ধা ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং ।

অনুঃ— ব্রত তৌবা মী কনানা দশমীগী শেষনা তিনবা একাদশীদা ব্রত তৌনবগে ? মরম অদুমগী দশমীগী মচেৎ অমত্তুংনা শোক্লবা একাদশীবু থাদোক্তুনা অশেংব দ্বাদশীদা ব্রত তৌরগা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি ।

কৌর্ম্মে ব্রহ্মবৈবর্ত্তে চ ॥
শ্রীব্যাস সূতসম্বাদে ॥
সুপুণ্যৈকাদশী সূত যদি শল্যবিবর্জ্জিতা ।
কর্ত্তূর্নিরয়পাতায় সশল্যা সমুপোষিতা ।
শল্যং বেধ ইতি প্রোক্তং পুরাণার্থ বিচক্ষণৈঃ ॥ ১০৪ ॥

অনুবাদ :— কুর্ম্ম অমসুং ব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণদা ব্যাসগা সুতগা ঙাংনবা মতাংদা হায়রি—হে সূত ! দশমী বিদ্ধা ওইদবা একাদশীদা

নিংথিনা ব্রত তৌরবদি অথোইবা মঙ্গল ওই ; অমদি দশমী বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরগনা নরক তানবগী মরম ওই। পুরাণ হৈব-শিংনা শল্য শব্দবু দশমী বিদ্ধানি হায়না থংহনখ্রে ॥ ১০৪ ॥

কিঞ্চ তত্রৈব ॥
শ্রীসূত শৌনক সম্বাদে ॥
যেত্তু মিথ্যাভিধানেন মোহয়ন্তি নরা ভুবি।
বিমূঢ়াঃ পাপিন স্তেষাং রৌরবং শরণং চিরং ॥

অনুবাদ :— অমস্তুং মতাং অসিদা সূত অমস্তুং শৌনকগা ঙাংনবদা। হায়রি— পাপতা পুক্নিং চংবা অপংবা মীশিংনা পৃথিবীদ লৌনম্বা রাঙাংনা মী পুন্নমকপু ঙকহল্লিবা মথোয় অদু রৌরব: কৌবা নরকতা লৈ।

অধ্যাপয়ন্ত্যবিজ্ঞেয়ং পণ্ডিতম্মন্যবুদ্ধয়ঃ।
কারয়ন্ত্যবুধা লোকে দ্বাদশীং দশমীযুতাং।
যে কারয়ন্তি কুর্বন্তি দ্বাদশীংদশমী যুতাং।
শুদ্ধয়ে তন্মুখং বীক্ষ্য সূর্য্যদর্শনমাচরেৎ।

অনুবাদ :— থংদনা অথংবা শাস্ত্রনা তাকপিরুরিবা অদুগুম্বা অপ... মরক্তা দশমীনা তিনবা দ্বাদশীদা ( একাদশীদা ) ব্রত কৌ... ম্না দশমীনা তিনবা দ্বাদশী ( একাদশী ) দা ব্রত তৌরিবা মথোয়শিং অদুগা মাইয়োক্নরুরগা শেংনবগীদমক ( পাপ কোক্নবগী-দমক ) সুমিৎ য়েংগনি।

নমো নারায়ণায়েতি জপেদ্বা দ্বাদশাক্ষরং।
বরাকাঃ কিমুজানন্তি প্রাণিনঃ কার্য্যনিশ্চয়ং।

অনুবাদ :— "নমোণারায়নায়" হায়বা নত্রগা দ্বাদশাক্ষর মন্ত্র শোনগনি, অতোনবা মীশিংনা থবক্তী অরেপ্পা খংবা ঙম্বা ?

ধিগ্ ধিগ্ মূঢ়ধিয়ঃ পাপান্ ধর্ম্ম বিপ্লবকারিণঃ।
হিংসিতো ভগবাংস্তেন দ্বাদশী দশমী যুতা
কৃতা যেন দ্বিজশ্রেষ্ঠ সম্যগুক্তং ময়া তব।
সংস্থিতো ভগবান্ কৃষ্ণো দ্বাদশীরূপধৃক্ যতঃ।
তস্মাদসংশয়ং ত্যাজ্যা দ্বাদশী দশমীযুতা।

অনুবাদ :— ধর্ম্ম মাংনবা ওইবা পাপতা পুক্নিং চংলবা মীশিং অসি তোল্লি। হে ব্রাহ্মণ অথোইবা ! মী অত্থনা দশমীনা তিনবা দ্বাদশীদা ব্রত তৌরবদি ভগবানবু হিংসা তৌই হায়না ঐনা নঙোন্দা চেকশিন্ন হায়খ্রে। মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা শুদ্ধ দ্বাদশীগী মশক ওই। মরম অত্থদগী দশমীনা তিনবা দ্বাদশী ( হায়বদি একাদশী ) অদু থাদোক্কদবা ওই, মসিদা চিংনগদবা ওইদে।

কিঞ্চ ॥
দ্বয়োর্ব্বিবদতোঃ শ্রুত্বা দ্বাদশীং সমুপোষয়েৎ।
পারণন্তু ত্রয়োদশ্যা মেষ শাস্ত্রবিনির্ণয়ঃ ॥ ১০৭ ॥

অনুবাদ :— মহৈ মহৈ ম্রেৎনবা নাকল অনিগী ব্রা তারগা লেপ্পা ঙমদ্রবদা বিদ্ধা একাদশী থাদোক্তুনা শুদ্ধ দ্বাদশীদা ব্রত

তৌগনি, অদুগা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি,—মসে শাস্ত্রগী অরেপ্পনি ॥ ১০৭ ॥

দ্বাদশী দশমী যুক্তা যত্র শাস্ত্রে প্রতিষ্ঠিতা।
ন তৎ শাস্ত্রমহং মন্যে যদি ব্রহ্মা স্বয়ংবদেৎ ॥ ১০৮ ॥

অনুবাদ ঃ— দশমীনা তিনবা দ্বাদশীদা ব্রত তৌগনি হায়না শাস্ত্রদা লৈরবস্থ অং স্নুং ব্রহ্মামক হায়রবদস্থ মহুবু এনা (বেদব্যাসনা) লৌররোই।

অতএব নারদীয়ে ॥
বহুবাক্যবিরোধেন সন্দেহো জায়তে যদা।
উপোষ্যা দ্বাদশী তত্র ত্রয়োদশ্যান্ত পারণং।

অনুবাদ ঃ— মরম অদুদগী নারদপুরাণদা ইরি—মতাং অসিদা শাস্ত্রগী ৱা ময়াম য়েংনরক্তুনা চিংনবা পোক্লবদা দ্বাদশীদা ব্রত তৌরগা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি।

শ্রীমার্কণ্ডেয়েন চেন্দ্রদ্যুম্নংপ্রতি শ্রীভগবদাজ্ঞায়াঃ প্রতিপালনে ॥

বিবাদেষু চ সর্ব্বেষু দ্বাদশ্যাং সমুপোষণং।
পারণং হি ত্রয়োদশ্যা মাজ্ঞেয়ং মামকী মুনে।
হেতুবাদো ন কর্ত্তব্যো হেতুনা পততে নরঃ।

অনুবাদ ঃ— মার্কণ্ডেয় মুনিনস্থ ইন্দ্রদ্যুম্নগী মফমদা শ্রীভগবানগী য়াথং তাকপিবা মতাংদা হায়রি—হে মুনে! পুম্নমক্না একাদশী ব্রতগী

মরুম্দা মত থেম্লবা মতুং ইন্না য়েংনরক্লবদা ঐগী ওইনা অরেপপা ব্রাদি অসিনি,—দ্বাদশীদা ব্রত তৌরগা অয়োদয়ীদা পারণা তৌগনি, মসিদা হেতুবাদ তৌকদে, তৌরবদি নরক তাই।

অতএব পিতামহঃ॥
একাদশী দিনক্ষয়ে উপবাসং করোতি যঃ।
তস্য পুত্রা বিনশ্যন্তি মঘায়াং পিণ্ডতোযথা ॥ ১০৯ ॥

অনুবাদ :— মরম অদুদগী ব্রহ্মানা হায়খি—একাদশী অদুনা নুমিৎ থোকপা মতম কংদ্রবদা হায়বদি দশমী, একাদশী, অমসুং দ্বাদশী অহু অসি তিন্নরবদা ( ত্র্যহস্পার্শদা ) উপবাস তৌরবদি মঘা নক্ষত্রনা পানবা মতমদা পিণ্ডদান তৌবগুম্না মহাক্কী মচা পুন্ননক মাংই ॥ ১০৯ ।

দিনক্ষয়েতু সংপ্রাপ্তে নোপোষ্যা দশমীযুতা।
যদীচ্ছেৎ পুত্রপৌত্রাণাং বৃদ্ধিং সম্পদমাত্মনঃ ॥ ১১০ ॥

অনুবাদঃ— মহাক্কী মচা-মশুনচিংবা অমসুং মচাক-মরক্ল চাওখৎনিংলবদি করিগুম্বদা ত্র্যহস্পার্শ ওইবা দশমীনা তিনবা একা-দশীদা ব্রত তৌরোই।

ব্যাসঃ॥
একাদশীদিনে ক্ষীণে উপবাসী ভবেদ্গৃহী।
অন্নাভাবে নিরুদ্ধোবা সঙ্কল্পাদ্বা বিশেষতঃ।

ধর্ম্মহানিশ্চ ভবতি সন্ততির্নশ্যতি ধ্রুবং।
তস্যায়ুঃ ক্ষীয়তে নিত্যং সম্বৎসরমিতি শ্রুতিঃ॥

অনুবাদ : গৃহস্থদা লৈরিবা নিপা অদুনা চেং লৈত্রদুনা অমদি করিগুম্ব অপাম্বা ঋমদগী একাদশী তিথি লৈত্রবদা ( ত্র্যহস্পর্শ ) দা ব্রত তৌরবদি ধর্ম্ম মাংই, লেপ্পমক মচা-মশু শিগনি অমসুং মশাগী চহি ঋমগী পুন্সি মাংই—মসি বেদগী ৱানি।

অতএব গোভিলঃ॥
একাদশ্যাং যদা ব্রহ্মন্ দিনক্ষয়তিথির্ভবেৎ।
তদা হ্যেকাদশীং ত্যক্ত্বা দ্বাদশীং সমুপোষয়েৎ।
তত্র ক্রতুশতং পুণ্যং ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং।

অনুবাদ :— অদুদগী গোভিলনা হায়খি :— হে ব্রহ্মন্। একাদশী তিথিনা ক্ষয় ওইদুনা ( ত্র্যহস্পর্শ একাদশী ওইরবদা হায়বদি দশমীগা একাদশীগা দ্বাদশীগা অহুমনি শিনবা একাদশীদু থাদোক্লগা দ্বাদশীদা ব্রত অমসুং ত্রয়োদশীদা পারণ তৌগদবনি ; অদু ওইরবদি পারণ অদুনা যজ্ঞ চামাগী মহৈ ( ফল ) পি।

শ্রীনারদীয়ে॥
ক্ষয়ে বাপ্যথবা বৃদ্ধৌ সংপ্রাপ্তে বা দিনত্রয়ে।
উপোষ্যা দ্বাদশী শুদ্ধা ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং॥ ১১১॥

অনুবাদ : — নারদীয় পুরাণদ অমুকস্মু হায়রি- দ্বাদশী অনি ওইরবদা অমসুং দ্বাদশী ক্ষয় ওইদুন ত্র্যহস্পর্শ ওইরবদা অশেংবা দ্বাদশীদা ( একাদশীগা সংযোগ ওইদবদা ) উপবাস তৌগনি ; অদুগা ত্রয়োদশীদা পারণ তৌগনি। *

কিঞ্চ ॥

দশম্যেকাদশী বিদ্ধা পরতোদ্বাদশীনচেৎ ॥

দ্বাদশীতু তদোপোষ্যা ত্রয়োদশ্যাস্তু পারণং ॥

অনুবাদ :— দশমীদা বিদ্ধা ওইবা মতুংদা দ্বাদশীদা শোক্তবা একাদশী অদুদা ব্রত তৌরোই ! দ্বাদশীদা তৌগনি। অমসুং ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি ।।

কৌর্ম্মে ॥

দিনক্ষয়েতু সম্প্রাপ্তে উপোষ্যা দ্বাদশী ভবেৎ।

দশমীশেষ সংযুক্তাংনকুর্ব্বীত কদাচন ॥

অনুবাদ : - কূর্ম্মপুরাণদা হায়রি— দিনক্ষয় ওইরবদা ( ত্র্যহ-স্পর্শ ওইরবদা ) দ্বাদশীদা উপবাস তৌগনি, অদুগা ত্রয়োদশীদা পারণ তৌগনি। করিগুম্বদা দশমীগা তিন্নবা একাদশীদা উপবাস তৌরাই।

---

* দ্বাদশী অনি ওইরবদ মপুং ফাবা অশেংব দ্বাদশীদুদা উপবাস তৌগনি, অদুগা হেন্দোক্লকইবা দ্বাদশীদুগী মতুংদা পারণা তৌগনি। অদুগা দ্বাদশী ক্ষয় ওইদুনা ত্র্যহস্পর্শ ওইরবদনা ত্র্যহস্পর্শ ওইরিবা দ্বাদশী অদুদ উপবাস তৌগনি। অদুগা ত্রয়োদশীদ পারণা তৌগনি, হায়বা অর্থনি।

কিঞ্চ ॥
তিথিবৃদ্ধৌ তথা হ্রাসে সংপ্রাপ্তেবা দিনক্ষয়ে।
সন্দিগ্ধেষু চ বাক্যেষু দ্বাদশীং সমুপোষয়েৎ।

অনুবাদ :— একাদশী তিথি অনিশুববা অমা, অদুগ একাদশী ক্ষয় অমা, অসুম্না ত্র্যাহস্পর্শ ওইরবদা অমসুং বচন ময়াম সন্দেহ ওইরবদ দ্বাদশীদা (অকোনবা একাদশীগা শোরুবা দ্বাদশীদা) উপবাস তৌগনি।

ব্রাহ্মে ॥
তিথিচ্ছেদেতু সংপ্রাপ্তে দ্বাদশীং সমুপক্রমেৎ।
পারয়েত ত্রয়োদশ্যাং যদীচ্ছেচ্ছ্রেয় আত্মনঃ ॥ ১১২ ॥

অনুবাদ :— ব্রহ্মপুরাণদা হায়রি—কনাগুম্বা মীনা মশাগী মঙ্গল পাম্নবদি একাদশী লৈত্রবদা দ্বাদশীদা উপবাস তৌরগা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি। *

জপে হোমে তথা দানে ব্রাহ্মণানাঞ্চ তর্পণে।
পারণেচাপি রাজেন্দ্র প্রশস্তাচ ত্রয়োদশী।

অনুবাদ :— হে রাজেন্দ্র! জপ, হোম, দান, ব্রাহ্মণশিংগী পেন্নবা অমসুং পারণা তৌবা পুম্নমক অসি ত্রয়োদশীনা খ্বাইদগী ফবা হেল্লি।

---

* "ত্রয়োদশীদা পারণা তৌবা য়াদে" হায়বা বচনশিং অদু অয়ুক অঙনবদা দ্বাদশীগী দণ্ড ১/২ পানবা ত্রয়োদশী অদুগী মথক্তা হায়বনি, হায়বদি দ্বাদশীগী দণ্ডগী মনুংদা পারণা তৌ হায়বা ফংই।

স্কান্দে চ ॥

একাদশ্যান্তু বিদ্ধায়াং নোপবাসার্চ্চনাদিকং।
দ্বাদশ্যা মেব তৎকুর্য্যাং ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং।
শতযজ্ঞাধিকং পুণ্যং মুক্তিরেব মহাফলা।

অনু :— স্কন্দ পুরাণদা ইরি : বিদ্ধা একাদশীদা উপবাস অমদি ঈশ্বর পূজানচিংব তৌকদে। পুন্নমক অদু দ্বাদশীদা তৌরগা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি। অদু ওইরবদি যজ্ঞ চাম তৌবদগী কেনবা পুণ্য অমসুং অচৌবা ফলনা তিল্লবা মুক্তিদু ফংবা ঙমই।

কিঞ্চ ॥

উর্দ্ধং হরিদিনং ন স্যাদ্ দ্বাদশীং গ্রাহয়েত্ততঃ।
দ্বাদশ্যামুপবাসোঽত্র ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং।

অনুবাদ :— অমসুং দশমীনা তিনবা একাদশীবু হরিগী দিননি হায়না লৌরোই, মরম অসিনা দ্বাদশীবু লৌগদবা ওই। ব্রাক্ষম অসিদা দ্বাদশীদা উপবাস তৌবা অমসুং ত্রয়োদশীদা পারণা তৌবা খঙ্নগনি।

এবং কুর্ব্বন্ নরো ভক্ত্যা বিষ্ণুসাযুজ্য মাপ্নুয়াৎ।
অন্যথা কুরুতে যস্তু স যাতি নরকং ধ্রুবং ।১১৩।

অনু:—মীওইবনা ভক্তিনা মাংওইনমা মওং অসুম্না ব্রত তৌরবদা বিষ্ণুসাযুজ্য ( বিষ্ণুদা তিনশিনবা ) হায়বা মুক্তিচু ফংই, মদু নত্রবদি শোয়দনমক নরক তাই।

একাদশী ঋষীণান্বৈ দ্বাদশী চক্রপাণিনঃ ॥১১৪॥

অনুবাদ ঃ— একাদশীনা ঋষীশিংগীনি অমসুং দ্বাদশীনা শ্রীকৃষ্ণগীনি।

অতএব মার্কণ্ডেয়েন্দ্রদ্যুম্নসম্বাদে ॥
একাদশী ঋষীণান্তু দ্বাদশী চক্রপাণিনঃ।
তৎ কথং দ্বাদশী ভূপ নোপোষ্যা ক্রিয়তে জনৈঃ ॥১১৫॥

অনুবাঃ—মরম অদুদগী মার্কণ্ডেয়গা ইন্দ্রদ্যুম্নগা ভাংনবদা ইরি : মার্কণ্ডেয় মুনিনা হায়খি,—হে রাজন্! একাদশীনা ঋষিশিংগী অমসুং দ্বাদশীনা শ্রীকৃষ্ণগী ওইরবদা কমদোনা দ্বাদশী ব্রত তৌরোইদবা ওইবগে ?

এষা নিঃশ্রেয়সী ভূপ ফলভোগবিবর্দ্ধিনী।
মোক্ষাত্মিকা পুরা প্রোক্তা দ্বাদশী প্রবরা তিথিঃ ॥১১৬॥

অনুবাদ :—হে রাজন্! অসিগুম্বা মঙ্গলগী মশক ওইবী দ্বাদশীনা মোক্ষ পীনৈ অমসুং নুঙাই য়াইফবা পীনৈ ; মরম অসি-দগী মমাংদা ঋষিশিংনা দ্বাদশীবু মোক্ষ পিবা ঙম্বা অথোইবা তিথিনি হায়খ্রে।

একাদশী শরীরস্তু পুরুষো দ্বাদশী স্মৃতা।
দ্বাদশ্যামুপবাসেন সিদ্ধা ভূপ সহস্রশঃ।
চক্রবর্ত্তিত্বমতুলং সংপ্রাপ্তা অচলাং শ্রিয়ং।

অনুবাদ :— হে রাজন্! একাদশীবু হকচাংনি অমসুং দ্বাদশীবু জীবনি ( থৱাইনি ) হায়না খংগনি, দ্বাদশীদা ব্রত তৌরগা মী

লিশিং ২না জীবন্মুক্ত ওইবা অমসুং নিংথৌ পুন্নমক্কী মকোক ওইবা অমদি ব্রাংপা লৈত্রবা লনগৈ ফংখি।

চতুর্দ্দশৈতে সঞ্জাতা বলিনশ্চক্রবর্ত্তিনঃ।
বিষ্ণ্বাংশাস্তে মহাবীরা দুষ্ট দৈত্যনিবর্হণাঃ।

অনুবাদ :—অমনা বিষ্ণুগী অংশগী মশক ওইবা মথাদা হায়রক্কদৌরবা মপাঙ্গল কনবা, মকোক ওইবা অমসুং মথৌনা লৈবা মী তরা মরিনা কত্রবা হিংচাবশিংবু হাৎখি।

উপোষ্য দ্বাদশীং শুদ্ধাং যাবজ্জীবং ব্রতান্বিতাঃ
চক্রবর্ত্তিত্বমাপন্না ভুক্ত্বা ভোগান্ সুখানি বৈ।

অনুবাদ ঃ— মখোয়না পুন্সি চুপ্পা নিয়ম কায়দনা অশেংবা দ্বাদশীদা ব্রত তৌরগা নিংথৌ পুমনমক্কী মকোক থোংবা ওইদুনা নুংঙাই য়াইকবা পুমনমক ফংখি।

কুবলাশ্বোবিশ্বগন্ধিহরিশ্চন্দ্রো নলঃ পৃথুঃ।
মরুত্তোভরতশ্চৈব কার্ত্তবীর্য্যশ্চ হৈহয়ঃ।
মান্ধাতা সগরো রামঃ ককুৎস্থো নহুষস্তথা।
উপোষ্য দ্বাদশীং পুণ্যামপরাশ্চ বিবর্জ্যতু
ভুক্ত্বা স্বর্গসুখান্যেতে চক্রবর্ত্তিত্বমাগতাঃ ॥১১৭॥

অনুবাদ : —মী তরামরিগী মিং—কুবলয়াশ্ব, বিশ্বগন্ধি, হরিশ্চন্দ্র নল, পৃথু, মরুত্ত, ভরত, কার্ত্তবীর্য্য, হৈহয় মান্ধাতা, সগর, রাম,

ককুৎস্থ অমস্যুং নহুষ। মখোয়না বিদ্ধ' একাদশী থাদোক্লগা পুণ্যগী মশক ওইরবা দ্বাদশীদা ব্রত তৌদুনা স্বর্গগী সুংঙাইবা ফংলুরগা নিংথৌশিংগী মকোক ওইবা ফংখি। (মখোইশিং' অসি মহাভারত ন চিংবা গ্রন্থশিংদা নিংথিনা খংনরবা নিংথৌ ওাক্তনি)

জনকানাং মহীপাল দ্বাদশ্যাং সমুপোষণে।
সপ্তত্যা সন্ততির্যুক্তা সংসিদ্ধিং পরমাং গতা।
পুরুকুৎসো মহাপালো দ্বাদশ্যাং সমুপোষণে।
সিদ্ধিঙ্গতঃ পরিত্যজ্য কর্ম্মবন্ধং দুরাসদং॥ ১১৮॥

অনুবাদ ঃ—হে মহীপাল! দ্বাদশীদা ব্রত তৌবদা জনকশাগৈগী মচা মশু মথং ২ (৭০) হুমফুতরা ফাওবা অথোইবা অরানবা ফংখি, পুরুকুৎস নিংথৌনা দ্বাদশীদা ব্রত তৌদুনা থাদোকপা য়াদ্রবা পোকপা শিবা থাদোকতুন সিদ্ধ ফংখি।

মান্ধাতা যৌবনাশ্বশ্চ দ্বাদশ্যাং সমুপোষণে।
সংগ্রামে নিধনং প্রাপ্য সংপ্রাপ্তঃ পরমং পদং।

অনুবাদ—যুবনাশ্বগী মচা মান্ধাতা দ্বাদশী ব্রত তৌবনা লানফমদা শিরগা অরানবা খুবম ফংখি।

শাকুন্তলোমহাপালোদৌষ্মন্তিরপরাজিতঃ॥
দ্বাদশ্যামুপবাসেন গতস্তদ্বৈষ্ণবং পদং॥

অনুবাদ ঃ—মমা শকুন্তলা, মপা দুষ্মন্ত অনিগী মচানিপা, কনানসু মায়থিবা পীথিদবা ভরত নিংথৌনা দ্বাদশীদা ব্রত তৌবনা বিষ্ণুলোক ফংখ্রে।

বৈণ্যঃ পুরুরবা ভূপ পালয়িত্বা ধরাতলং।
ধরণাধরমভ্যর্চ্চ্য দ্বাদশীষু সদা পুনঃ।
গতস্তৈর্বৈষ্ণবং লোকং দাহপ্রলয়বর্জ্জিতং।
এতে রাজর্ষয়োভূপ দ্বাদশ্যাং সমুপোষণৈঃ।

অনুবাদ :— হে ভূপ! বেণগী মচা পৃথু অমসুং পুরুরবা মখোয় অনিন পৃথিবীবু ঙাকলগা মতম খিবিক্তা দ্বাদশী পুম্নমক্তা অনন্তব পূজা তৌবনা প্রলয়গী মৈচাক অমুক হন্না ফংলরোইদবা বিষ্ণু লোকত চৎখি। হে রাজন্! মিংথৌ পুম্নমক অসি দ্বাদশীদা ব্রত তৌবা মরমনা অথোইবা সিদ্ধ ফংখি।

সিদ্ধিং পরমিকাং প্রাপ্তা যে দ্বিজাস্তান্ শৃণুষ মে।

অনুবাদ :— মতুং অসিদা দ্বাদশীদা ব্রত তৌদুনা অথোইবা লম্বী ফংথ্রবা ব্রাহ্মণশিংগী মিং ঐঙোন্দগী তাও।

যাবক্রীতশ্চ বৈদর্ভোমাণ্ডব্যঃ কৌশিকোমুনিঃ।
ভরদ্বাজস্তথা কণ্বঃ কুম্ভযোনিস্তথা মুনিঃ।
অষ্টাশাতি সহস্রাণি মুনীনামূর্দ্ধরেতসাং।
প্রযান্তি স্যন্দনস্থাগ্রে তিমিরারের্জনাধিপ।
তে সর্ব্বে পরমাং সিদ্ধিং দ্বাদশ্যাং সমুপোষণে।
ময়া সহ গতা ভূপ কথন্তে সংশয়োভবেৎ।

অনুবাদঃ— মহুদি যাবক্রীত, বৈদর্ভ মাণ্ডব্য, কৌশিক ভরদ্বাজ, কণ্ব, অগস্ত্য অমসুং ব্রহ্মচার্য্য ধর্ম্ম চংলিবা মুনি লিশিং মরিফু,— মখোয় অসিনা সূর্য্যগী বিমানদা মাংথানা তোংদুনা চৎখি। হে ভূপ! ঋষি পুম্নমক অসি দ্বাদশী ব্রত তৌরগা ঐগা লোয়ন্দুনা অথোইবা সিদ্ধ ফংখ্রে; মসিদা নখোয়গী চিংনবা করমনা ওইগদগে?

দ্বাদশীব সরং রাজন্ হরিগুহ্যং প্রকীর্ত্তিতং।
নিরাপবাধং লোকেঽস্মিন্ শুদ্ধং বৈষ্ণববল্লভং।

অনুবাদঃ— হে রাজন্! তাইবং অসিদা অপনবা লৈত্রবা, শেংলবা বিষ্ণুগী অপাম্বা ওইবা অমসুং হরিগী অথুপ্পসু ওইবা দ্বাদশীগী মরমদা ঐনা নঙোন্দা হায়খ্রবনি।

তস্মাদ্ভূপ ন সন্দেহঃ কর্ত্তব্যো দ্বাদশীং প্রতি।
বিশেষফলদা প্রোক্তা দ্বাদশী পাপনাশিনী ॥১১৯॥

অনুবাদঃ— মরম অসিদগী, হে নিংথৌ! দ্বাদশীগী মরমদা চিংনরুগনু, দ্বাদশীবু পাপ মাংনবগী অমসুং ফল পিনবগী মশক ওইরিবনি হায়খ্রে।

অথ সম্পূর্ণালক্ষণেন বিদ্ধালক্ষণং।
স্কান্দে ॥
প্রাতপং প্রভৃতয়ঃ সর্ব্বা উদয়াদোদয়াদ্রবেঃ।
সম্পূর্ণা ইতি বিখ্যাতা হরিবাসর বর্জ্জিতা ॥১২০॥

অনুবাদ ঃ— মতুং অসিদা স্কন্দপুরাণদা সম্পূর্ণা একাদশীগী লক্ষণ তৌরগা বিদ্ধাগী লক্ষণ তৌরি। (অমগা অমগা খেন্নবগী মশক তাকপা)

প্রতিপৎনচিংবা তিথি পুন্নমক নুমিৎ থোকপা অমদগী নুমিৎ থোকপা অমগী মমাঙ্ ফাওব, দণ্ড হুম্ফুনা পাল্লবদি পুন্নমকপু সম্পূর্ণা তিথিকৌই তৌইগুম্বসুং একাদশীগী মরিদদি মদু নত্তে, হায়বদি একাদশীগীদি নুমিৎ থোক্কদবগী মমাং দণ্ড মরিদগী হৌহুনা মথংগী নুমিৎ থোকপগী মমাং দণ্ড মরিগী মমাঙ ফাওবা একাদশী দণ্ড লৈরবদি হায়বদি দণ্ড হুম্ফুনা পাল্লবদি মদুবু সম্পূর্ণা একাদশী কৌই।

গারুড়ে শিবরহস্যে চ ॥
উদয়াৎ প্রাক্ যদা বিপ্র মুহূর্ত্তদ্বয়সংযুতা।
সম্পূর্ণৈকাদশী নাম তত্রৈবোপবসেদ্ গৃহী ॥১২১॥

অনুবাদ ঃ— গরুড় পুরাণ অমসুং শিবরহস্যদা হায়রি—হে বিপ্র! নুমিৎ থোক্কদবগী মমাং দণ্ডমরিদগী হৌনা একাদশীগী দণ্ড লৈরবদি মদুবু সম্পূর্ণা একাদশী কৌই, মদুদা গৃহস্থশিংনা ব্রত তৌগদবা ওই।

ভবিষ্যে চ ॥
আদিত্যোদয়বেলায়াঃ প্রাঙ্মুহূর্ত্তদ্বয়ান্বিতা।
একাদশী তু সম্পূর্ণা বিদ্ধান্যা পরিকীর্ত্তিতে তি ॥১২২॥

অনুবাদঃ - নুমিৎ থোক্কদোৱগী মমাংদা দণ্ড মরিদগী হৌন পাল্ল-কপা একাদশীবু সম্পূর্ণা একাদশী কৌই ; মসিদগী তোপ্পা হায়বদি দণ্ড মরিদগী থরদং ৱাৎনা পানবা একাদশীবু দশমীবিদ্ধা হায়না কৌই।

অতএব পরিত্যাজ্যা সময়ে চারুণোদয়ে।
দশম্যেকাদশী বিদ্ধা বৈষ্ণবেন বিশেষতঃ ॥১২৩॥

অনুবাদ:— মরম অসিদগী দণ্ড মরি অসিগী মনুংদা দশমীনা থরদং চংশিল্লকপা একাদশীবু থাদোক্কদবা ওই তৌইগুম্বস্নং থোইদোক্লা বৈষ্ণবনা দশমী বিদ্ধা একাদশী থাদোক্কদবনি ; হায়বদি মসিবু একা-দশীনি হায়না কৌনদে।

অথ অরুণোদয়বিদ্ধাপরিত্যাগঃ।
তত্র কণ্বঃ॥
অরুণোদয়বেলায়াং দশমী সংযুতা যদি।
অত্রোপোষ্যা দ্বাদশী স্যাৎ ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং।

অনুবাদঃ— মতুং অসিদা অরুণোদয় ( নুমিৎ থোকপা মমাং দণ্ড মরি ) দশমী বিদ্ধা একাদশী থাদোক্কনি হায়বসি কণ্বমুনিগী বচন লৈ ঃ— নুমিৎ থোক্কনবগী মমাং দণ্ড মরি অদুদা দশমীনা শোক লবদি দ্বাদশীদা ব্রত তৌরগা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি।

স্কান্দে ॥
অরুণোদয়বেলায়াং দশমী যদি সঙ্গতা ।
রবিচক্রার্দ্ধমাত্রাপি দ্বাদশীমুপবাসয়েৎ ।
তত্র ক্রতুশতং পুণ্যং ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং ॥ ১২৪ ॥

অনুবাদ ঃ— স্কন্দ পুরাণদা ইরি ঃ— অরুণোদয়গী মতমদা সূর্য্যগী রথচক্রগী তংখাইত্তগী মঙাল ফাওরকপদা দশমীনা তিনবা একাদশী ওইরবদি দ্বাদশীদা ব্রত তৌগনি, মফম অসিদা ত্রয়োদশীদা পারণ' তৌগনি । পারণা অসি যজ্ঞ চামগী পুণ্যগী মশকনি ।

অতএব গারুড়ে ॥
উদয়াৎ প্রাক্ ত্রিঘটিকা ব্যাপিন্যেকাদশী যদা ।
সন্দিগ্ধৈকাদশী নাম বর্জ্জয়েদ্ধর্ম্মকাঙ্ক্ষয়া ॥

অনুবাদ :— নুমিৎ থোক্কদবগী মমাং দণ্ড অহুমদগী হৌনা পাল্লকপা একাদশীবু সন্দিগ্ধা একাদশী কৌই। ধর্ম্মবু পাম্বা মীনা সন্দিগ্ধা একাদশী থাদোক্কনি ।

উদয়াৎ প্রাক্ মুহূর্ত্তেন ব্যাপিন্যেকাদশী যদা ॥
সংযুক্তৈকাদশী নাম বর্জ্জয়েদ্ধর্ম্মবৃদ্ধয়ে ।

অনুবাদ ঃ— নুমিৎ থোক্কনবগী মমাং দণ্ড অনিদগী হৌনা পাল্লকপা একাদশীবু সংযুক্তা একাদশী কৌই, ধর্ম্ম চাওখৎনবগীদমক মচুবু থাদোক্কদবনি ।

আদিত্যোদয়বেলায়ামারভ্য ষষ্টিনাড়িকাং।
সম্পূর্ণৈকাদশী নাম ত্যাজ্যা ধর্ম্মফলেপ্সুভিঃ ॥ ১২৫ ॥

অনুবাদ :— নুমিৎ থোকপদগী হৌরদুনা দণ্ড হুম্ফু পানবা একাদশীবু সম্পূর্ণ একাদশী কৌই ; ধর্ম্ম অমসুং মুক্তি পাম্বশিংনা মদুবু থাদোক্কদবনি। অরুণোদয়বিদ্ধ ওইবা মরমদগী।

এবাং সর্ব্বেষামন্তে।
পুত্রপৌত্রসমৃদ্ধ্যর্থং দ্বাদশ্যামুপবাসয়েৎ।
তত্র ক্রতুশতং পুণ্যং ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং ॥ ১২৬ ॥

অনুবাদ :— গরুড়পুরাণগী শ্লোক অহুম অসিগী মমৈদা ইরক্লি :— মচা মশু চাওখৎনবগীদমক্তা দ্বাদশী ব্রত তৌগনি, মরম অসিদা ত্রয়োদশীদা পারণ তৌগনি, পারণা অসি যজ্ঞ চামগী পুণ্যগী মশক্নি।

কিঞ্চ ॥
ব্রহ্মবৈবর্ত্তে সূতশৌনকসম্বাদে ॥
অরুণোদয়বেলায়াং যা স্তোকাপি তিথির্ভবেৎ
পূর্ণৈবেত্যবগন্তব্যা প্রভূতা নোদয়ং বিনা ॥ ১২৭ ॥

অনুবাদ :— অমসুং ব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণদা সুত-শৌনিক ওয়াংনবা মতাংদা ইরি :— অরুণোদয়গী মতমদা একাদশীগী শরুক থরদা লৈরকপা, মদুবু সম্পূর্ণ একাদশীনি হায়না খনগনি, অরুণোদয় নত্তনা সম্পূর্ণ একাদশী ওইদে। হায়বদি অরুণোদয় অমদগী হৌরদুনা অরুণোদয় অমগী মমাঙ ফাওবা শিনবা থুনা লৈবা একাদশীবু সম্পূর্ণা একাদশী কৌই।

তত্রচেদ্দশমীবেধোঽতিবেধো বাপি জায়তে।
মহাবেধোঽথবা যোগো রক্ষসাং তৎফলং ভবেৎ
॥ ১২৮ ॥

অনুবাদ ঃ— অরুণোদয়গী মতমদা দশমীগ একাদশীগা তিন্নদুনা বেধ, অতিবেধ, মহাবেধ অমসুং য়োগ ওইরবদি অদুগুম্বা একাদশী অদুগী মহৈ তিংচাবশিংনা লৌখিনবা ওই।

তত্র প্রশ্নঃ ॥
কীদৃশস্তু ভবেদ্বেধো যোগোবিপ্রেন্দ্র কীদৃশঃ।
যোগবেধৌ সমাচক্ষ্ব যাভ্যাং দুষ্টমুপোষণং.

অনুবাদ :— হিরম অসিদা হংলি :— হে বিপ্রেন্দ্র! বেধ অমসুং যোগ করিবু কৌবগে? বেধ অমসুং যোগ একাদশী ব্রত তৌরগা ফল মাংই হায়বদু তাকপিয়ু।

চতস্রোঘটিকাঃ প্রাতররুণোদয় নিশ্চয়ঃ।
চতুষ্টয়বিভাগোঽত্র বেধাদীনাং কিলোদিতঃ॥

অনুবাদ ঃ— অডুনবদা অরুণোদয়দা লেপ্পা দণ্ড মরি পাল্লি, অরুণোদয় অসিদা বেধনচিংবা মথল মরি অদু থাইদোক্তুনা তকপিয়ু।

তত্রোত্তরং ॥
অরুণোদয়বেধঃ স্যাৎ সার্দ্ধন্তু ঘটিকাত্রয়ং।
অতিবেধোদ্বিঘটিকঃ প্রভাসন্দর্শনাদ্রবেঃ।

মহাবেধোঽপি তত্রৈব দৃশ্যতেঽর্কো ন দৃশ্যতে।
তুরীয়স্তত্র বিহিতো যোগঃ সূর্য্যোদয়ে বুধৈঃ।

অনুবাদ :— রাহংগী পাওখুম ঃ— সুমিৎ থোকপগী মমাংদা দণ্ড অহুম মখাই কাখৎলগা হায়বদি অরুণোদয়দা দণ্ড মখাই অমা দশমীনা শোকপা অদুবু বেধ কৌবা বিদ্ধা একাদশীনি ; অদুগা সুমিৎ থোকপগী মমাংদা দণ্ড অনি কাখৎলগা হায়বদি অরুণোদয়দা দণ্ড অনি দশমীনা শোকপা অদুবু অতিবেধ কৌবা বিদ্ধা একাদশীনি, অমুক সুমিৎ উরে উদ্রি অসুম্না চিংনবা মতম হায়বদি অরুণোদয়গী দণ্ড মরি চুপনা দশমীনা শোকপা অদুবু মহাবেধ কৌবা বিদ্ধা একাদশীনি অমসুং সুমিৎ থোক্লবগী মতুং ফাওবা দশমীনা শোকপা অদুবুনা যোগ কৌবা বিদ্ধা একাদশীনি—অসুম্না অখংবশিংনা বিদ্ধা মখল মরি থোকনা খাইদোক্লমলে।

ব্যাখ্যাতঞ্চেদং মাধবীয়ে।
বেধাতিবেধমহাবেধযোগাশ্চত্বার উপবাসস্য দূষকাঃ।
তত্ররবেঃ সন্দর্শনাৎ পূর্ব্বং সার্দ্ধং ঘটিকাত্রয়মেকা-
দশ্যা ব্যাপ্তং ॥
তত্র প্রাচীনে ঘটিকার্দ্ধে দশমীসদ্ভাবে বেধঃ যদা
ঘটিকাদ্বয়ং
উপরিতনমেকাদশী ব্যাপ্তং পূর্ব্বন্তু ঘটিকাদ্বয়ং দশমী
ব্যাপ্তং
তদানীমতিবেধ ইতি। পরন্তু সুগমং।

অনুবাদ ঃ— বেধ, অতি বেধ, মহাবেধ অমসুং যোগ বিদ্ধা মথক্ত মরি অসিদা ব্রত তৌবা ফত্তে। বিদ্ধা মরি অসিগী মনুংদ, নুমিৎ উবগী মনাং দণ্ড অহুম মথাক্তি চুপ্পা একাদশীনা দৌরবদি অমদি মমাং লোমদগী দণ্ড মথাক্তি অমা দশমীনা চংশিনবদি মাদুবু অরুণোদয় বেধ কৌই। নুমিৎ পোকপগী মমাং দণ্ড অনি চুপ্পা একাদশীনা লৈরবদি অমসুং মমাংলোমদগী দণ্ড অনি দশমীনা চংশিন্নরবদি মাদুবু অতিবেধ কৌই। মতু শি অনি অদুগুম লাইরে।

তত্র দোষাস্তত্রৈব ।
স্থানানাশং ফলং বেধে মহাবেধে তু সন্ততেঃ ।
জন্মান্তরস্যাতিবেধে মোহিন্যা বেধশালিনী ।

অনুবাদ :— ফিরম অসিদা ফত্তে হায়বদু ব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণদা ইরিঃ – যোগ কৌবা বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরবাদ মাদুগী ফল হিংচাবশিংগা ওই ; মহাবেধদা তৌরবগী ফল বাঙ্কশি কৌবা হিংচাবগী অতিবেধদা তৌরবগী ফল জন্মান্তর কৌবা হিংচাবগা অমসুং বেধদা তৌরবগী ফল মোহিনী কৌবা হিংচাবাগা ওই।

গোভিলোক্তৌ ।
অরুণোদয়বেলায়াং দশমী যদি সঙ্গতা ।
সংযুক্তৈকাদশীং তান্তু মোহিন্যৈ দত্তবান্ বিভুঃ ।

অনুবাদ :— গোভিল মুনিনা হায়খিবা মতাংদা ইরি :— অরুণোদয়গী মতমদা দশমীনা তিন্নরবদি একাদশী অদুগী মমিং

সংযুক্ত ( বেধ ) একাদশী কৌই, ব্রহ্মানা ব্রত অসিগী মহৈ হিংচাবী মোহিনীদা পি হায়খ্রে ।

পাদ্মোত্তরখণ্ডে ॥
অরুণোদয়বেলায়াং দশমী মিশ্রিতা ভবেৎ ।
তাং ত্যক্ত্বা দ্বাদশীং শুদ্ধামুপোষ্যেদবিচারয়ন্ ॥

অনুবাদ :— পদ্মপুরাণগী উত্তর খণ্ডদা ইরি ঃ— অরুণোদয়গী মতমদা একাদশীগা দশমীগা তিল্লরবদি মাদুবু থাদোক্লগা অশেংবা দ্বাদশীদ ব্রত তৌগনি ; মাসিদা রাখল তৌররোই ।

ভবিষ্যে ॥
অরুণোদয়েতু দশমী গন্ধমাত্রং ভবেদ্ যদি ।
দ্রষ্টব্যং তৎ প্রয়ত্নেন বর্জ্জনায়ং নরাধিপ ॥ ১২৯ ॥

অনুবাদ ঃ— অভিষ্য পুরাণদা ইরি :—হে রাজন্ ! অরুণোদয়গী মতমদা দশমীগী মনমতনা ফাব্বা লৈরে হায়বা উরগা, হায়বদি গণিত হৈবা পাঞ্জী অমসুং শাস্ত্র হৈবা ব্রাহ্মণশিংগা লোইননা বিচাব তৌরগা মাদু চেকশিন্না থাদোক্কদবনি ।

কিঞ্চ ॥
দশমীশেষসংযুক্তো যদি স্যাদরুণোদয়ঃ ।
বৈষ্ণবেন ন কর্ত্তব্যং তদ্দিনৈকাদশীব্রতং ॥ ১৩০ ॥

অনুবাদ :— অরুণোদয়গী মতমদা শদমীগী অরোইবন তিল্লবদি বৈষ্ণব ওইবা মীনা মুনিং অসিদা একাদশী ব্রত তৌরোই-দননি ;

গারুড়ে ॥
দশমীশেষসংযুক্তো যদি স্যাদরুণোদয়ঃ।
নৈবোপোষ্যং বৈষ্ণবৈস্তু তত্র চৈকাদশী ব্রতে ॥ ১৩১ ॥

অনুবাদ :— গরুড় পুরাণদ কৈরি :— অরুণোদয়গী মতমদা দশমীগী অরোইবনা তিল্লবদি বৈষ্ণবশিংনা নুমিৎ অদুদা একাদশী ব্রতগী উপবাস তৌরোইদবনি।

অথ বৈষ্ণবলক্ষণং ॥
গৃহীত বিষ্ণুদীক্ষাকো বিষ্ণুসেবাপরোনরঃ।
বৈষ্ণবশ্চাত্র সংগ্রাহ্যঃ স্কান্দাদ্যুক্তানুসারতঃ ॥ ১৩২ ॥

অনুবাদ :— মতুং অসিদা বৈষ্ণববু মশক খংনব ব্রা তাক্লি— স্কন্দপুরাণগী রা মতুংইন্না মী অদুনা বিষ্ণু মন্ত্র লৌত্নুনা বিষ্ণুগী সেবাদা পুক্নিং চংশিবা মহাক অদু বৈষ্ণবনি, মহাক অদুনা একাদশী ব্রত তৌগদবা ওই।

তথাচ স্কান্দে।
পরমাপদমাপন্নো হর্ষে বা সমুপস্থিতে।
নৈকাদশীং ত্যজেদ্‌ যস্তু যস্য দীক্ষাস্তি বৈষ্ণবী।
সমাত্মা সর্ব্বজীবেষু নিজাচারাদবিপ্লুতঃ।
বিষ্ণ্বর্পিতাখিলাচারঃ স হি বৈষ্ণব উচ্যতে ॥ ১৩৩ ॥

অনুবাদ :— হিরম অসিদা স্কন্দপুরাণদা ইরি :— থোইদোক্না অরাবা তারবদা অমদি নুংঙাইবদা তাওরগসু একাদশীবু থাদোক্রবা, বিষ্ণু মন্ত্রবু লৌরিবা, জীবা পুম্নমকপু চপ মাননা খল্লবা, লমচৎ নিংথিনা

ঙাক্লিবা অমসুং লমচং পুম্নমক বিষ্ণুদা কৎথোক্লিবা মহাক অদু বৈষ্ণবনি হায়খ্রে।

পাদ্মেচ ॥

স দীক্ষাবিধিসন্ন্যাসং স যন্ত্রং দ্বাদশাক্ষরং।
অষ্টাক্ষরমথান্যস্বা যে মন্ত্রং সমুপাসতে।
জ্ঞেয়াস্তে বৈষ্ণবা লোকে বিষ্ণ্বর্চনরতাস্তথা ॥ ১৩৪ ॥

অনুবাদঃ— পদ্মপুরাণদা ইরিঃ— মী পুম্নমক অদুনা মন্ত্র দীক্ষা তৌরবা, ন্যাস ( মন্ত্রগী মযেক অমমম হকচাং কায়াস্ত্তা হাপ্পা ) অমসুং যন্ত্র ( অষ্টদললচিংবা য়েকপা ) লোইননা মযেক তরানিথোই নত্রগা মযেক তরানিপালগী মন্ত্র শোনবা অমসুং বিষ্ণু পূজাদা পুক্নিং চংবা, ওইরবদি তাইবং অসিদা মাপোইবু বৈষ্ণবনি খংলগনি।

অথারুণোদয়লক্ষণং

স্কান্দে ॥

উদয়াৎ প্রাক্ চতস্রস্তু ঘটিকা অরুণোদয়ঃ।
তত্র স্নানং প্রশস্তং স্যাৎ স বৈ পুণ্যতমঃ স্মৃতঃ।

অনুবাদঃ— নুমিৎ থোকপগী মমাং দণ্ড মরিনা পানবা মতমবু অরুণোদয় কোই ; মতম অসিদা স্নান তৌবনা অথোইবনি ; মদু অথোইবা পুণ্যনি হায়খ্রে।

ব্রহ্মবৈবর্ত্তে ॥

চতস্রোঘটিকাঃ প্রাতররুণোদয় উচ্যতে।
যতীনাং স্নানকালোয়ং গঙ্গাম্ভঃ সদৃশংস্মৃতঃ ॥ ১৩৫ ॥

অনুবাদ :— নুমিৎ থোক্তিবৈগী মমাং (ঊষাকাল উচেকশিংনা মথোনদি থোক্লগা পায়থোক্তিবৈ) দণ্ড মরিনা চুপ্পা লৈবা মতমবু অরুণোদয় কৌই হায়খ্রে, অরুণোদয় অসি সন্ন্যাসীশিংগী স্নান তৌনবা মতমনি, মতম অসিদা ঈশিং পুমনমক গঙ্গাজল ওইনা লেংই।

ত্রিযামাং রজনীং প্রাহুস্ত্যক্ত্বাদ্যন্তচতুষ্টয়ং।
নাড়ীনাং তে উভে সন্ধ্যে দিবসাদ্যন্ত সংজ্ঞিতে॥১৩৬॥

অনুবাদ :— অহিংগী মমৈ দণ্ড মরি চুপ্পা অরুণোদয় কৌই হায়খ্রে। পণ্ডিতশিংনা নুমিৎ তাবা মতু দণ্ড মরি অমসুং নুমিৎ থোকপগী মমাং দণ্ড মরিবু থাদোক্লগা য়ৃথক অহুম্বু (দণ্ড ২৪না পানবা মতম) অহিং কৌই। অহিংগী মমৈ অমসুং মকোক ওইরিবা মতমবু নুংথিলগী মকোক অমসুং মমৈ হায়না কৌই।

অথারুণোদয়বিদ্ধোপবাসদোষাঃ॥
তত্র কৌৎসঃ॥
অরুণোদয়বেলায়াং বিদ্ধা কাচিদুপোষিতা।
তস্যাঃ পুত্রশতং নষ্টং তস্মাত্তাং পরিবর্জ্জয়েৎ॥১৩৭॥

অনুবাদ :— মতু অসিদা অরুণোদয় বিদ্ধাএকাদশী ব্রত তৌবগী দোষ পন্নমক্কী মরিদা কৌৎস ঋষিনা হায়খি:—কনাগুম্বী নুপী অমনা অরুণোদয় বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরুবদগী মচা চামা শিখি, মরম অসিদগী অরুণোদয় বিদ্ধা একাদশীদা ব্রত তৌরোইদবনি।

পাদ্মে শ্রীভগবদ্ব্রহ্মসম্বাদে ॥
অরুণোদয়কালেতু বেধং দৃষ্ট্বা চতুর্ব্বিধং ।
মদ্দিনং যে প্রকুর্ব্বন্তি যাবদাহুতনারকাঃ ॥ ১৩৮ ॥

অনুবাদঃ—পদ্মপুরাণদা শ্রীবিষ্ণুগা ব্রহ্মানা ওাংনবা গতাংদা ইরি —অরুণোদয়গী মতমদা বিদ্ধা মখল মরি হায়বদি বেধ, অতি বেধ, মহ বেধ অমসুং যোগগী মশক খঙ্না খঙ্না একাদশীদিন হায়না যেংলিবি মাখোয অদু মহাপ্রলয কাওবা নরকদা লৈ।

কৃতে তু মদ্দিনে তত্র সন্তানস্যাপি সংক্ষয়ঃ।
সপ্তজন্মসু নশ্যন্তি ধর্ম্মাণি চ ধনানি চ।

অনুবাদ—অসিগুম্বা বিদ্ধানা তিনবা একাদশীদা ব্রত তৌরবদি মচ মশু মাংই অমসুং মপোক তরেৎকী ধর্ম্ম অমদি লন পুম্নমক মাংই।

ভবিষ্যে চ ॥
অরুণোদয়কালে তু দশমী যদি দৃশ্যতে।
ন তত্রৈকাদশী কার্য্যা ধর্ম্মকামার্থনাশিনা ॥ ১৩৯ ॥

অনুবাদঃ— ভবিষ্যপুরাণদা ইরি ঃ— অরুণোদয়গী মতমদা দশমীনা শোক্রবদি মতুদা একাদশী ব্রত তৌরোইদবনি, তৌরগা ধর্ম্ম, লন অমসুং অপাম্বা মাংই।

কিঞ্চ ॥

অরুণোদয়কালে তু দশমী যদি দৃশ্যতে।
পাপমূলং তদা জ্ঞেয়মেকাদশ্যুপবাসিনামিতি ॥ ১৪০ ॥

অনুবাদঃ—অমস্তুং অরুণোদয়গী মতমদা দশমীনা শোকলবদি মাদুদা একাদশী ব্রত তৌরিবশিংগী ব্রত অদু পাপকী লেম্ফ্বনি।

বিদ্ধোপবাসদোষা যে সামান্যাল্লিখিতাঃ পুরা।
জ্ঞেয়াস্তেঽত্রাপি বিদ্ধায়া লক্ষণস্যানুসারতঃ ॥১৪১ ॥

অনুবাদঃ – চাওরাক্না বিদ্ধা ব্রত তৌবগী কত্তবা পুম্নমক ইখ্রে, মথক্তা ইথ্রবা বিদ্ধাগী লক্ষণগী মতুংইন্না মতাং অসিদসু দোষ পুম্নমক অদু মীশিংনা খংনগদবনি ( মসি উপসংহারনি চেৎনবগীদমক্তি )

এবং জ্ঞেয়ানি বাক্যানি বিদ্ধাব্রতপরাণিতু।
অবৈষ্ণবাশ্রয়াণ্যেব শুক্রমায়া কৃতানি বা ॥ ১৪২ ॥

অনুবাদঃ—বিদ্ধাদা ব্রত তৌবগী বচন কয়ামুক লৈ; লৈরিবা বচন পুম্নমক অদু বৈষ্ণব নত্তবশিংগীনি অমদি শুক্রনা মায়া তৌদুনা হায়জিল্লম্বনি হায়না খংনগনি।

ইত্থঞ্চ জন্মাষ্টম্যাদি ব্রতান্যপি ন বৈষ্ণবৈঃ ॥
বিদ্ধেষ্বহঃসু কার্য্যাণি তাদৃগ্দোষগণাশ্রয়াৎ ॥ ১৪৩ ॥

অনুবাদ :— চথরকইবা মরোনগী মথাপোন্না বৈষ্ণবগী ব্রতদা বিদ্ধা দিন থাদোক্কদবনি হায়খ্রে; বৈষ্ণবশিংনা মতৌ অম্নম্না

জন্মাস্টমীনচিংবা ব্রত পুম্নমক ( কৃষ্ণজন্ম রামনবমী, নরসিংহ চতুর্দ্দশী অমসুং শিব চতুর্দ্দশী ) বিদ্ধা মুমিত্তা তৌরোইদবনি. তৌরবদি হায়খ্রবা দোষ পুম্নমক অদু ফংগনি। ( বিদ্ধা = যোগ মাত্র )

অথার্দ্ধরাত্র বিদ্ধা সমাধানং ॥
অর্দ্ধরাত্রাচ্চ পরতোবর্ত্তেত দশমী যদি।
তদাপ্যেকাদশীং বিদ্ধাং মন্যন্তে যচ্চ কেচন ॥

অনুবাদঃ—অসিগী মতুংদা অর্দ্ধরাত্রদা ওইবা বিদ্ধাগী মরম তাক্লি—নোংয়াই মতুংদা দশমীনা লৈরবদি অদুবু কনা-কনা গুম্বনা বিদ্ধা একাদশীনি হায়না লৌই।

তথাচ কৌর্ম্মে ॥
অর্দ্ধরাত্রমতিক্রম্য দশমী যদি দৃশ্যতে।
তদাহ্যেকাদশীং ত্যক্ত্বা দ্বাদশীং সমুপোষয়েদিতি ॥

অনুবাদ :— কূর্ম্মপুরাণদা ইরি :— নোংয়াই মতুংদা দশমীনা লৈরবা একাদশী অদু থাদোক্লগা দ্বাদশীদা ব্রত তৌগনি ॥

অভিজ্ঞাস্তচ্চ মন্যন্তে পক্ষবর্দ্ধন্যুপাশ্রিতং।
অতস্তচ্চ তথান্যচ্চ মহতাং নৈব সম্মতং ॥ ১৪৪ ॥

অনুবাদ :— পণ্ডিতশিংনা নোংয়াই মতুংদা ওইবা বিদ্ধাবু পক্ষবর্দ্ধিনী ( অমাবস্যা অমসুং পূর্ণিমা অনি-অনিগুবা ) ওইরবদা লৌই ; পক্ষবর্দ্ধিনী ওইদ্রবদি মহুবু ব্যাসনচিংবনা বিদ্ধানি হায়না লৌদে ॥

তথা ব্রহ্মবৈবর্ত্তে ব্যাসোক্তৌ তত্রৈব।
অর্দ্ধরাত্রেঽপি কেষাঞ্চিদ্দশম্যা বেধ ইষ্যতে।
অরুণোদয়বেলায়াং নাবকাশো বিচারণে ॥ ১৪৫ ॥

অনুবাদ:—অশুম হায়না ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা ব্যাসনা হায়খিবা মতাংদা য়াওরি—কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংগী মতদা দশমীগী নোংয়াই মতুংদা একাদশীগা শোক্নরবা তিংদুবু দশমীবিদ্ধানি হায়না উরবদি অরুণোদয় ওইবা দশমীবিদ্ধা একাদশীগী মরমদা বিচার তৌননিঙাই লৈত্রে ॥ ১৪৫ ॥

( হায়রবদি দশমীগী নোংয়াই মতুংদা ওইবা বিদ্ধা একাদশীবু মফম থুদিদ লৌরোই )।

কপালবেধ ইত্যাহুরাচার্য্যায়ং হরিপ্রিয়াঃ।
ন তন্মম মতং যস্মাৎ ত্রিযামা রাত্রিরুচ্যতে ॥ ১৪৬ ॥

অনুবাদঃ –বৈষ্ণবাচার্য্য পণ্ডিতশিংনা নোংয়াই মতুংদা ওইবা দশমীবিদ্ধা একাদশীবু কপালবেধ হায়না কৌই তোইগুম্বসুং মহু ঐগী ( ব্যাসগী ) মত নত্তে, মরমদি মহুদি ত্রিযাম-নি হায়বদি অহিংনি হায়খ্রে। ( একাদশী তিথিগা শম্নবা ওইদ্রে )

পাদ্মেচ ॥
অর্দ্ধরাত্রং স্পৃশেৎ পূর্ণা পক্ষবৃদ্ধি র্যদগ্রতঃ।
কপালবেধনী সাচ শুদ্ধাং ভদ্রামুপোষয়েৎ ॥ ১৪৭ ॥

অনুবাদঃ—পদ্মপুরাণদসু হায়রি—একাদশীগী মতুংদা পক্ষবৃদ্ধি হায়বদি পূর্ণিমা অমসুং অমাবস্য। অনি-অনি শুররবদা পূর্ণা দশমীনা

নোংখাই মতুংদা শোক্লরবদি একাদশী অদুবু কপালবেধনী কৌই হায়খে। মতম অদুদা একাদশী থাদোক্তনা অশেংবা দ্বাদশীদা ব্রত তৌগনি ॥ ১৪৭ ॥

অথ বেধ বিহীনাপি সম্পূর্ণৈকাদশী তিথিঃ।
অগ্রতো বৃদ্ধিগামিত্বাৎ পরিত্যাজ্যৈব বৈষ্ণবৈঃ ॥১৪৮॥

অনুবাদঃ—মপুংফাবা একাদশীনা বিদ্ধা ওইদ্রবস্থ মতুংদা সুমিৎশিংদু মথং মথং চাওখৎলক্লবদি বৈষ্ণবশিংনা একাদশীতুবু লেপ্পমক থাদোকদবনি।

অথ শুদ্ধাবিশেষ পরিত্যাগঃ ॥
গারুড়ে ॥
সম্পূর্ণৈকাদশী যত্র প্রভাতে পুনরেব সা।
বৈষ্ণবী চ ত্রয়োদশ্যাং ঘটিকৈকাপি দৃশ্যতে।
গৃহস্থোঽপি পরাং কুর্যাৎ পূর্ব্বাং নোপবসেত্তদা ॥১৯৪॥

অনুবাদঃ— মতুং অসিদা শুদ্ধা একাদশী থাদোকপগী অতোপ্পা ব্বা গরুড় পুরাণদা হায়রি।—অরুণোদয়দগী হৌবা মপুংফাবা একাদশীনা মথংগী অয়ুক কাওবা শাংদোক্লবা হায়বদি দ্বাদশীগী অয়ুক্তা ফংলরবা অমসুং দ্বাদশী অদুসু ত্রয়োদশীদা চংলরবা অদু ওইরবদি য়ুম্বানবা মীনা দ্বাদশীদা উপবাস তৌগনি, মথক্কী একাদশীদা উপবাস তৌরোই।

কিঞ্চ।
উন্মীলনীভেদমাহ ॥
শ্রীনারদঃ ॥
সম্পূর্ণৈকাদশী যত্র প্রভাতে পুনরেব সা।
অত্রোপোষ্যা দ্বিতীয়া তু পুত্রপৌত্রবিবর্দ্ধিনী ॥

অনুবাদ:— অমস্তুং শ্রীনারদগী বচনদা উন্মীলনী কৌবা মহাদ্বাদশী মখল অমা হায়রিঃ— অরুণোদয়দগী চংবা হৌরকলবা মপুংফাবা একাদশীনা মথংগী নুমিৎ থোকপা মতুং কাওবা লৈরবদি নুমিৎ অদুদা হায়রবদি একাদশী চংলবা দ্বাদশীদা ব্রত তৌরনি; ব্রত অসিনা মচ-মশু চাওখৎপা ওই।

অতএব পাদ্মে।
দ্বাদশীমিশ্রিতা গ্রাহ্যা সর্ব্বত্রৈকাদশী তিথিঃ।
দ্বাদশী চ ত্রয়োদশ্যাং বিদ্যতে যদি বা ন বা ॥ ১৫০ ॥

অনুবাদ:—পদ্মপুরাণদা ইরিঃ—দ্বাদশীনা ত্রয়োদশীদা লান্থরবসু লান্থদ্রবসু ব্রত পুন্নমক দ্বাদশীগা তিন্নবা একাদশীতিথিদা (একাদশীনা চোন্থরক্তুনা দ্বাদশীদা তিন্নবা একাদশীদা) ব্রত তৌগনি।

কিঞ্চ ॥
সর্ব্বত্রৈকাদশী কার্য্যা দ্বাদশী মিশ্রিতা নরৈঃ।
প্রাতর্ভবতু বা মা বা যতোনিত্যমুপোষণং ॥ ১৫১ ॥

অনুবাদ:—মীশিংনা দ্বাদশীগা তিন্নবা একাদশীদা উপবাস তৌগনি, ত্রয়োদশীগী অয়ুক্তা দ্বাদশী ফংলবস্তু ফংদ্রবস্তু, মরমদি উন্মীলনী দ্বাদশী ব্রতগী নিত্যতাদৈ হায়বদি উন্মীলনী থাদোকপা য়াদবনি।

স্কান্দে।

সম্পূর্ণৈকাদশী যত্র প্রভাতে পুনরেবসা।

তত্র ক্রতুশতংপুণ্যং ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং।

অনুবাদ:—স্কন্দ পুরাণদা হায়রিঃ—মতাং অসিদা মপুং ফারবা একাদশীনা দ্বাদশীগী অয়ুক্তা লৈরগা মদুদা উপবাস তৌরবদি যজ্ঞ চাম তৌবগী ফল ফংই, অদুগা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি।

কিঞ্চ।।

একাদশী কলা যত্র পরতো দ্বাদশী ন চেৎ।

তত্র ব্রতশতং পুণ্যং ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং।

অনুবাদঃ—অমত্তুং মুমিৎ অদুদা (দ্বাদশীদা) একাদশী মচেৎ অমত্তং ফংলবা অদুগা ত্রয়োদশীদদি দ্বাদশীনদি ফংদ্রবা মতুদা, দ্বাদশীদা উপবাস অমত্তুং ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি; অদু ওইরবদি উপবাস অমত্তুং পারণা অদুনা যজ্ঞ চামা তৌবগী মহৈ ফংই।

কৌর্ম্মে।

একাদশী কলাপ্যেকা পরতো দ্বাদশী নচেৎ।

তত্র ক্রতুশতং পুণ্যং ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং

অনুবাদ:—কুর্ম্ম পুরাণদসু হায়রি—দ্বাদশীদা একাদশীগী মচেৎ

অমত্তুং ক'লবা অদুগা ত্রয়োদশীদদি দ্বাদশীনা কংত্রবস্থ উন্মীলনী দ্বাদশীগী উপবাসদা যজ্ঞ চামগী কল কংই অমস্তুং ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি ।

ভবিষ্যে ॥
একাদশীকলাপ্যেকা পরতো নচ বর্দ্ধতে।
গৃহিভিঃ পুত্রবাদ্ভিশ্চ সৈবোপোষ্যা সদা তিথিঃ।

অনুবাদঃ—ভবিষ্যপুরাণদা হায়রিঃ—দ্বাদশীদা একাদশীগী কল অমত্তুং ফংলবা অদুগ দ্বাদশীনদি ত্রয়োদশীদা হেন্থরক্ত্রবদি মচাকৈবা গৃহস্থশিংনা মতম লৈবা থিবিক্তা দ্বাদশীদা উপবাস তৌগনি ।

কিঞ্চ পাদ্মে ॥
একাদশী কলাযুক্তা যেন দ্বাদশ্যুপোষিতা ।
কিন্তস্য বহুভির্যজ্ঞৈরশ্বমেধাদিভির্নৃপ ।
একাদশী দ্বাদশী চ তত্র সন্নিহিতো হরিঃ ।
উপোষ্যা রজনামেকাং ব্রহ্মহত্যাং ব্যপোহতি ॥

অনুবাদঃ—অমস্তুং পদ্মপুরাণদা হায়রি :— একাদশীগী কলা অমনা তিনবা দ্বাদশীদা উপবাস তৌরিবা মী অদুনা, হে নৃপ। অশ্বমেধনচিংবা যজ্ঞ কয়ামুক তৌরুহুনা করি কান্নগদগে ? মরমদি একাদশী অমস্তুং দ্বাদশীদা হরিনা লেংদনা লৈ, মসিদা চরা অমত্তুং হেনবাক্তাওবনা ব্রহ্মহত্যাগী পাপ কোকই ।

বিষ্ণুরহস্যে ॥

একাদশী কলা প্রাপ্তা যেন দ্বাদশ্যুপোষিতা ।
তুল্যা ক্রতুশতেন স্যাৎ ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং ॥

অনুবাদঃ—বিষ্ণুরহস্যদা হায়রিঃ—একাদশীগী কলা অমত্তংনা কংবা দ্বাদশীদা উপবাস তৌরবদি মাগী উপবাস অদু যজ্ঞ চামগা মান্নে। হায়রিবা ব্রত অসিগী পারণাদি ত্রয়োদশীদা তৌগনি ।

বৌধায়নস্মৃতৌ ॥

একাদশী কালা যুক্তা উপোষ্যা দ্বাদশী নরৈঃ ॥
ত্রয়োদশ্যান্তু যো ভুঙ্‌ক্তে তস্য বিষ্ণুঃ প্রসীদতি ॥১৫২॥

অনুঃ— বৌধায়নস্মৃতিদা হায়রি —হে মীওইবশা ! একাদশীগী মচেৎ অমনা তিনবা দ্বাদশীদা উপবাস তৌগনি, অদুগা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌরবদি মতাঙ্কী মফমদা বিষ্ণুনা থৌজালনবি ॥ ১৫২ ॥

ইত্যুন্মীলনা ॥

অনুবাদ :—মফম অসিদাউন্মীলনী মহাদ্বাদশীগী য়া লোইরে ।। মতৌ অসুম্না অশেংবা একাদশী থাদোক্তুনা উন্মীলনী মহাদ্বাদশীগী মরম উৎলগা হোজিক বঞ্জুলী মহাদ্বাদশীগী মরম ইরকনি ।

স্কান্দে ॥

একাদশী ভবেৎ পূর্ণা পরতো দ্বাদশী যদা ।
তদা হ্যেকাদশীং ত্যক্ত্বা দ্বাদশ্যাং সমুপোষয়েৎ ॥১৫৩॥

অনুবাদ ঃ— স্কন্দপুরাণদা হায়রি । —মতাং অসিদা অরুণো-দয়দগী হৌরকপা মপুং ফাবা একাদশী ওইরবা অদুগা দ্বাদশী

অদুস্ত মপুংফাবা ওইরগা ত্রয়োদশীদা থরদং শাস্থরবদি সম্পূর্ণা একাদশী অদু থাদোক্লগা দ্বাদশীদা উপবাস তৌগনি ॥ ১৫৩।

কালকাপূরাণে ॥
একাদশীতু সম্পূর্ণা পরতো দ্বাদশী ভবেৎ।
উপোষ্যা দ্বাদশা তত্র তিথিবৃদ্ধিঃ প্রশস্যতে ॥ ১৫৪ ॥

অনুবাদঃ—কালিকাপুরাণদা ইরি।– মকম অসিদা মপুংফাবা একাদশী ওইরবা অদুগা দ্বাদশী তিথিনা চাওখৎলবদি দ্বাদশী অদুদা উপবাস তৌগনি, অদুগুম্ব দ্বাদশী তিথিদা তৌরিবা উপবাস অদু অথোইবনি ॥ ১৫৩ ॥

ভবিষ্যে ॥
উপোষ্যা দ্বাদশী শুদ্ধা দ্বাদশ্যা মেব পারণং
নির্গতায়াং ত্রয়োদশ্যাং কলাচ বিকলাপিবা।
বিকলায়াস্তু দ্বাদশ্যাং পারণং যঃ করোতিহি।
তামুপোষ্য মহাপাল ন গর্ত্তে বিশতে নরঃ

অনুবাদ:—ভবিষ্যপুরাণদা ইরি :—কলা ফারবস্থ কাদ্রবস্থ দ্বাদশী অদুনা ত্রয়োদশীদা লানশিনথ্রবদা অশেংবা দ্বাদশীদা উপবাস তৌরগা ত্রয়োদশীদা লানশিল্লক্লিবা দ্বাদশী অদুগী মনুংদা পারণা তৌগনি। হে মহারাজ! মী অদুনা অসিগুম্বা দ্বাদশীদা উপবাস তৌরবদি মহাক অদু গর্ভদা অমুক হন্না চংদ্রে হায়বদি মুক্তি ওইরে।

ভাগবতাদি তন্ত্রেচ ॥
সম্পূর্ণৈকাদশী ত্যাজ্যা পরতো দ্বাদশী যদি ।
উপোষ্যা দ্বাদশীশুদ্ধা দ্বাদশ্যামেব পারণং ।
ন গর্ত্তে বিশতে জন্তুরিত্যাহ ভগবান্ হরিঃ ॥ ১৫৫ ॥

অনুবাদঃ—ভাগবতনচিংবা তন্ত্রদসু হায়রি। মতুংগী নুমিত্তা দ্বাদশী লৈরবদি হায়বদি দ্বাদশী অনি শুরবদি মপুং ফাবা একাদশী থাদোক্লগা মথক্তা হায়থ্রবা অশেংবা দ্বদশীডুদা উপবাস তৌরগা ত্রয়োদশীদা হায়বদি ত্রয়োদশীদা চংশিল্লক্লিবা দ্বাদশীডুদা পারণা তৌগনি। (ত্রয়োদশীগী মনুংদা চংলক্লবা দ্বদশীগী মতমডুনা দণ্ড য়ামদডুনা পারণা বিধি মপুং ফাবা ঙমহৌদ্রবসু ভগবৎকী চরণা মৃতদং থকহৌগনি।) হায়রিবা দ্বাদশী অসিদা ব্রত তৌরিবা মীডুনা মমাগী গর্ভদা অমুক হল্লা চংদ্রে হায়না শ্রীভগবাননা হায়খ্রে।

ইতিবঞ্জুলী ॥

অনুবাদ ঃ— মসম অসিদা ব্যঞ্জলী মহাদ্বাদশীগী মরম তাকপা লোইরে ॥

অথ ত্রিস্পৃশা প্রকরণং ॥
নারদীয়ে ॥
একাদশী দ্বাদশী চ রাত্রিশেষে ত্রয়োদশী ।
ত্রস্পৃশা নাম সা প্রোক্তা ব্রহ্মহত্যাং ব্যপোহতি ॥

অনুবাদ :— অসিগী মতুংদা ত্রিস্পৃশা মহাদ্বাদশী প্রকরণ হায়রগে। নারদপুরাণদা হায়রি—একাদশী, দ্বাদশী অমসুং অহিংগী

মমৈদা ত্রয়োদশীগা তিন্নরবদু ত্রিস্পৃশা কৌই. ত্রিস্পৃশা অসিদা উপবাস তৌরগা মী অদু ব্রহ্মহত্যাগী পাপ মাংই। (একাদশীনা দ্বাদশীদা লান্থরকপা অমসুং ত্রয়োদশীনা দ্বাদশীয়োমদা কাথৎলকপা হায়বদি দ্বাদশীগী পুংকময়না য়ামদবা অদুবু ত্রিস্পৃশা মহাদ্বাদশী কৌই।।

কৌর্ম্মে ॥

একাদশী দ্বাদশী চ রাত্রিশেষে ত্রয়োদশী।
ত্রিভির্মিশ্রা তিথিঃ প্রোক্তা সর্ব্বপাপহরা স্মৃতা।
উপবাসঃ কৃতস্তস্যাং সদা পাতক নাশনঃ

অনুবাদ ঃ— কুর্ম্মপুরাণদা ইরি একাদশী, দ্বাদশী অমসুং অহিংগী মমৈদা ত্রয়োদশী অহুমসিনা তিনবা তিথিগী মমিংবু ত্রিস্পৃশা কৌই, মদুনা পাপ পুম্নমকপু মাংহল্লি হায়খ্রে। মদুদা উপবাস তৌরগা মতম পুম্নমক্তা পাপ মাংই।

একাদশী দ্বাদশীচ রাত্রিশেষে ত্রয়োদশী।
তত্রক্রতুশতং পুণ্যং ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং ॥ ১৫৬ ॥

অনুবাদ :— একাদশী, দ্বাদশী অমসুং অহিংগী মমৈদা ত্রয়োদশীগা পুন্নবা সুমিত্তুদা উপবাস তৌরগা যজ্ঞ চামা তৌবগী পুণ্য ফংই। উপবাস অসিগী পারণাদি ত্রয়োদশীদা তৌগনি ।। ১৫৬ ।।

কিঞ্চ ॥

ত্রিস্পৃশৈকাদশী যত্র তত্র সন্নিহিতোহরিঃ।
তামেবোপবসেৎ কামী অকামো বিষ্ণুতৎপরঃ।

অনুবাদ :— অমসুং মতাং অসিদা ত্রিস্পৃশা একাদশীদা শ্রীহরিনা লেংদনা লৈ ; লল-থুম মচ-মশু পাম্বা, মোক্ষ পাম্বা অমসুং বৈষ্ণব—মীওই পুম্নমক অসিনা ত্রিস্পৃশা একাদশীদা উপবাস তৌগদবনি।

স্কান্দে ॥

একাদশী দ্বাদশী চ রাত্রিশেষে ত্রয়োদশী।
উপোষ্যাচ প্রয়ত্নেন মহাপুণ্যবিবর্দ্ধিনী ॥

অনুবাদ :— স্কন্দপুরাণদা ইরি—একাদশী, দ্বাদশী অমসুং অহিংগী মমৈদা ত্রয়োদশীগা পুল্লব অদুদ চেকশিন্না উপবাস তৌরগা অথোইবা পুণ্য অদু চাওখৎলি।

কিঞ্চ ॥

একাদশী কলাযুক্তা দ্বাদশী ক্ষীয়তে যদা।
উপোষ্যাচ মহাপুণ্যা সর্ব্বপাপহরা তিথিঃ।

অনুবাদ :— অমসুং একাদশীগী শরুক্তা তিল্লবা দ্বদশীনা ক্ষয় ওইরবদা ( ক্ষয় = তিথি অদুনা সূর্য্যোদয় ফংদবা ) ক্ষয় ওইরিবা দ্বাদশী অদুদা উপবাস তৌবা মতিকচানি। হায়রিবা তিথি অসি পাপ পুম্নমকপু মাংহনবা ঙম্বা অমসুং মহাপুণ্যগী মশক্নি।

সুমন্তুস্মৃতৌ ॥

একাদশী কলা যুক্তা দ্বাদশী লুপ্যতে যদা।

একাদশী তদোপোষ্যা দ্বিতীয়া মোক্ষ কাঙ্ক্ষিভিঃ।

অনুবাদ :— সুমন্তুস্মৃতিদা হায়রি—একাদশীগী শরুক্তা তিল্লবা দ্বাদশীনা ক্ষয় ওইরবা অনিশুবা একাদশী হায়বদি ত্রিস্পৃশা ওইবা দ্বাদশী অদুদা মোক্ষ পাম্বশিংনা উপবাস তৌগনি।

ভবিষ্যে ॥

একাদশী কলাপ্যেকা দ্বাদশী সকলং দিনং।

ত্রয়োদশী উষঃ কালে কৈষ্ণবস্তু দিনত্রয়ং।

সর্ব্বপাপহরং প্রাপ্তং তদুপোষ্যমিতি স্মৃতিঃ।

অনুবাদ :— ভবিষ্যপুরাণদা হায়রি—একাদশীগী মচেৎ খরনা লোকপা, নুমিৎ অদুগী মপুংদি দ্বাদশী ওইবা অমসুং উষাগী মতমদা ত্রয়োদশী লৈবা অসিগুম্বা তিথি অহুম্না তিনবা নুমিৎ অদুবু বিষ্ণুগা মরি লৈনবা নুমিৎনি। মদুদা উপবাস তৌরগা পাপ পুম্নমক মাংই, অসুম্না স্মৃতিনা হায়রি।

পাদ্মেচ ॥

দ্বাদশী সংযুতা যত্র ভবত্যেকাদশীকলা।

দিনক্ষয়েপি যা পুণ্যা ন দশম্যা কদাচন।

ত্রিস্পৃশৈকাদশী যত্র তত্র সন্নিহিতো হরিঃ।

পুণ্যং ক্রতুশতস্যোক্তং ত্রয়োদশ্যান্তু পারণং।

অনুবাদ ঃ— পদ্মপুরাণদা হায়রি—একাদশীগী কলা অমনা

তিনবা কয় দ্বাদশীদা উপবাস তৌরগা পুণ্য কংই, দশমীগা তিনবা ত্রিস্পৃশা অতুবুদি লৌয়োই। ত্রিস্পৃশা একাদশীদুদা হরিনা নাকওইনা লৈ, মসিদা উপবাস তৌরগা যজ্ঞ চামগী ফল কংই। মফম অসিদা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি।

দ্বারকামাহাত্ম্যে॥
পুরাচৈকাদশী স্বল্পা অন্তেচৈব ত্রয়োদশী।
সম্পূর্ণা দ্বাদশী মধ্যে ত্রিস্পৃশা সা হরিপ্রিয়া

অনুবাদঃ— দ্বারকামাহাত্ম্যদা হায়রি—অহানবদা একাদশী থয়া লৈবা অদুগা মমৈদা ত্রয়োদশী ওইবা অমসুং মরক্তা দ্বাদশীনা মপুং ফাবা ওইরবদি মতুবু ত্রিস্পৃশা কৌই, অসিগুম্বা ত্রিস্পৃশাবু হরিনা পামই।

ত্রিস্পৃশাং দ্বাদশীং প্রাপ্য কুরুতে পূর্ব্ববাসরং।
তেনাত্মনস্তু কল্যাণং দগ্ধং পাপাগ্নিনা দৃঢ়ং॥ ১৫৭॥

অনুবাদঃ— মী অদুনা ত্রিস্পৃশা দ্বাদশীবু ফংলগা মদু থাদোক্লুনা একাদশীদা উপবাস তৌরবদি মশাগী অচেৎপা মঙ্গল পুম্নমক পাপনা মৈ ওইদুনা চাকথেকই!

ইতি ত্রিস্পৃশা

অথ পক্ষবর্দ্ধনী॥

অনুবাদঃ— অসিগী তুংদা পক্ষবর্দ্ধনী মহাদ্বাদশীগী মরম হায়রি॥

ব্রহ্মবৈবর্ত্তেব্যাসোক্তৌ ॥
তিথিঃ সশল্যা পরিবর্জ্জনীয়া ধর্ম্মার্থকামৈস্তবুধৈর্মনুষ্যৈঃ।
বিহীনশল্যাপি বিবর্জ্জনীয়া যত্রগ্রতোর্বৃদ্ধিমুপৈতি
পক্ষঃ ॥ ১৫৮ ॥

অনুবাদ :— ব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণদা ব্যাসগী বচনদা হায়রি—ধর্ম্ম অমসুং লল পাম্বা পণ্ডিত ওইবা মীনা চাওরাকনা হায়বদি বেধনা তিনবা একাদশী অসি থাদোক্কনি (উপবাস তৌরোই), অদুগা করিগুম্বা মতুংদা অমাবস্যা অমসুং পুর্ণিমানা পুং ৬০ ফাওবা চাওখৎ-লক্লবদি বেধ লৈতবা মপুং ফাবা একাদশীসু থাদোক্কনি ॥ ১৫৮ ॥

অন্যত্রচ ॥
দর্শশ্চ পৌর্ণমাসী চ সম্পূর্ণা বর্দ্ধতে যদি।
দ্বিতীয়েঽহ্নি নৃপশ্রেষ্ঠ সা ভবেৎ পক্ষবর্দ্ধিনী ॥ ১৫৯ ॥

অনুবাদ ঃ— ব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণ নত্তবা লাইরিক্তসু হায়রি—হে নিংথৌ অথোইব ! সম্পূর্ণা অমাবস্যা অমসুং সম্পূর্ণা পূর্ণিমানা মপুং ফানা লৈরগা করিগুম্বা প্রতিপৎ নুমিৎসু হেক্কিন্না পাল্লরবদি দ্বাদশীদু পক্ষবর্দ্ধিনী কৌই ॥ ১৫৯ ॥

এবং মহত্যোদ্বাদশ্যশ্চতস্রোদর্শিতাঃ ক্রমাৎ।
উন্মীলনী বঞ্জুলী চ ত্রিস্পৃশা পক্ষবর্দ্ধিনা ॥ ১৬০ ॥

অনুবাদ ঃ— মতৌ অসুম্না উন্মীলনী, বঞ্জুলী, ত্রিস্পৃশা অমসুং পক্ষবর্দ্ধিনী হায়বা মহাদ্বাদশী মথল মরি অসি মথং মথং উৎখ্রে
॥ ১৬০ ॥

অপরাশ্চ চতস্রস্তা জ্ঞেয়া নক্ষত্রযোগতঃ।
জয়া চ বিজয়া চৈব জয়ন্তী পাপনাশিনী ॥ ১৬১ ॥

অনুবাদ ঃ— মসিদগী অতোপ্পা নক্ষত্রগা তিন্নবদা জয়া, বিজয়া, জয়ন্তী অমসুং পাপনাশিনী হায়বা অতোপ্পা মখল মরিসিমসু থংগদবনি ॥ ১৬১ ॥

তত্র তত্র বিশেষশ্চ যোঽন্যঃ কৃষ্ণার্চনাদিকঃ।
লেখ্যঃ সোগ্রে বিশেষেণ তত্তন্মুখ্যনিরূপণে ॥ ১৬২ ॥

অনুবাদ :— মফম মফম অদুদা দ্বদশী মরি অসিগী মরুওইবা মওংদা অরেপ্পা নিয়ম ইরক্কনি, মফম মফম অদুদা অতোপ্পা কৃষ্ণ পূজানচিংবসু ইরক্কনি ।। ১৬২ ।।

অথ পূর্ব্বোপবাসাদি সমাধানং।
এবং দ্বাদশ্যবৃদ্ধৌচ পূর্ব্বোপোষ্যেতি যদ্বচঃ।
তথা ত্যাজ্যা ত্রিস্পৃশা চ কৃষ্ণাপ্যেকাদশীতি যৎ।

অনুবাদ :— মতুং অসিদা একাদশীদা তৌবা ব্রতনচিংবগী অরেপ্পা ইরি :— মতৌ অসুম দ্বাদশীনা চোম্বদ্রবদি মমাংগী নুমিৎ একাদশীদা ব্রত তৌগনি হায়বা অমদি ত্রিস্পৃশা অমসুং কৃষ্ণা একাদশীবু থাদোক্কনি হায়বা বা পুম্নমক অসিগী সমাধান ( অরেপ্পা ) তাক্লি।

তথাচ স্কান্দে ॥
পূর্ণা একাদশী ত্যাজ্যা বৰ্দ্ধতে দ্বিতয়ং যদি।
দ্বাদশ্যাং পারণালাভে পূর্ব্বৈব পরিগৃহ্যতে।
একাদশী দ্বাদশীচ রাত্রিশেষে ত্রয়োদশী।
ত্রিস্পৃশং তদহোরাত্রং নোপোষ্যং তৎসুতার্থিভিঃ
॥ ১৬৩ ॥

অনুবাদ :— মাচুমক স্কন্দপুরাণদা ইরি :— একাদশী অমদি দ্বাদশীনা চোন্থরবদি পূর্ণা একাদশীবু থাদোকনি, দ্বাদশী অদুনা পারণা ক্যংদ্রবদা একাদশীবু লৌগনি।

একাদশী, দ্বাদশী অমসুং অহিংগী মমৈদা ত্রয়োদশী তিন্নরববু ত্রিস্পৃশা কৌই, মচা অমদি লন-থুম পাম্লিবা মীশিংনা ত্রিস্পৃশা অদুদ অহিং নুংথিল করিগুম্বদা ব্রত তৌরোই।

অতোবিষ্ণুধর্ম্মোত্তরে ॥
একাদশী যদা বৃদ্ধা দ্বাদশী চ ক্ষয়ং গতা।
ক্ষাণা সা দ্বাদশী জ্ঞেয়া নক্তং তত্র বিধীয়তে ॥

অনুবাদ :— মরম অসিদগী বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরদা ইরি :— একাদশীনা চোন্থরবা অমদি দ্বাদশীনা ক্ষয় ওইবা, মাচুবু ক্ষীণা দ্বাদশীনি খংনগনি ; অদুগুম্বা ত্রিস্পৃশাদা নুমিদাংদা উইহনচিংবা চাদুনা লেনগনি।

স্কান্দে চ ॥

একাদশী কলা যত্র দ্বাদশী চ ক্ষয়ং গতা ।

তত্র নক্তং প্রকুর্ব্বীত নোপবাসং গৃহাশ্রমী ॥ ১৬৪ ॥

অনুবাদ ঃ— স্কন্দপুরাণদা ইরি :— নুমিৎ অদুদা একাদশীগী কলা অমনা তিনবা অদুগা দ্বাদশীনা ক্ষয় ওইবা, মাদুদা য়ুম পাল্লিবা মীনা নুমিদাংদা ফল মূল চাগনি ; চিঞ্জাক পুন্নমক থাদোকপা "উপবাস" হায়বদু তৌরয়োই ।

ভবিষ্যোত্তরে শ্রীকৃষ্ণযুধিষ্ঠির সম্বাদে ।

যথা শুক্লা তথা কৃষ্ণা দ্বাদশী মে সদা প্রিয়া ।

শুক্লা গৃহস্থৈঃ কর্ত্তব্যা ভোগসন্তানবর্দ্ধিনী ।

অনুবাদ ঃ— ভবিষ্যপুরাণগী উত্তর খণ্ডদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং যুধিষ্ঠির অনি ঙাংনবা মতমদা হায়রি—কৃষ্ণনা হায়খি,—হে রাজন্ ! শুক্লা অমসুং কৃষ্ণাগী দ্বাদশী অসি মতম পুন্নমক্তা ঐগী অপাম্বনি । মরম অদুনা গৃহস্থশিংনা লল-থুম, মচা-মশু চাওখৎহনবী শুক্লা একাদশীদা উপবাস তৌগদবনি ।

কিঞ্চ ॥

সংক্রান্ত্যাদ্যুপ বাসেন পারণা ন যুধিষ্ঠিরঃ ।

একাদশ্যাঞ্চ কৃষ্ণায়াং জেষ্ঠঃ পুত্রো বিনশ্যতি ।

অনুবাদ ঃ— অমসুং হে যুধিষ্ঠির ! সংক্রান্তিনচিংবগী উপবাসদা পারণা তৌরোই, অদুগা কৃষ্ণা একাদশীদা উপবাস তৌরগা মচানিপা মাংই ॥

কিঞ্চ ॥
শয়না বোধনী মধ্যে যা কৃষ্ণৈকাদশী ভবেৎ।
সৈবোপোষ্যা গৃহস্থেন নান্যা কৃষ্ণা কদাচন।

অনুবাদ :— অমসুং, শয়ন অদুতং উথানগী একাদশী অনিগী মরক্তা লৈবা কৃষ্ণা একাদশী অমসুং গৃহস্থনা উপবাস তৌগনি। মসিদগী অতোপ্পা কৃষ্ণা একাদশীদদি উপবাস তৌরোই।

অতএব গোভিলঃ ॥
একাদশ্যাং ন ভুঞ্জীত পক্ষয়োরুভয়োরপি।
বনস্থযতি ধর্ম্মোয়ং শুক্লামেব সদা গৃহীতি ॥ ১৬৫ ॥

অনুবাদ :— মরম অসিনা গোভিল মুনিনা হায়রি — শুক্ল কৃষ্ণ পক্ষ অনিগী একাদশীদা উপবাস তৌগনি, মসি বানপ্রস্থ অমসুং সন্যাসশিংগী ধর্ম্মনি। তৌইগুম্বসুং গৃহস্থশিংনা মতম চুপ্পদা শুক্লা একাদশীদতা উপবাস তৌগনি । ১৬৫ ॥

এতৎ সর্ব্বং তথান্যচ বচনং বৈষ্ণবেতরান্।
গৃহস্থান্ পুত্রবিত্তাদি তৎ পরান্ প্রতিমন্যতাং ॥ ১৬৬ ॥

অনুবাদ :— হায়খিবা বচনশিং অসিদসু নত্তনা অতোপ্পা কয়া-মরুম লৈরি, পুম্নমক অদু মচা-মশু মরল-মথুম পাম্বা, বৈষ্ণব নত্তব-শিংগী মথক্তা হায়বনি হায়না খংনগনি ॥ ১৬৬ ॥

অতএবোক্তং মার্কণ্ডেয়পুরাণে ॥
সম্পূর্ণৈকাদশী যত্র পরতঃ পুনরেব সা।
পূর্ব্বামুপবসেৎ কামা নিষ্কামাস্তূত্তরাং বসেৎ ॥১৬৭॥

অনুবাদ ঃ— মবম অসিদগী মার্কণ্ডেয় পুরাণদা হায়রি—মপুং ফাবা একাদশীনা দ্বাদশীদা চংশিল্লক্লবদি মচ-মশু পাম্বা গৃহস্থনা মথক্কী একাদশীদা উপবাস তৌগনি অমসুং নিষ্কাম (অপাম্ব লৈতবা) বৈষ্ণবনা মমৈগী একাদশীগা তিন্নবা দ্বাদশাদু উপবাস তৌগনি ॥ ১৬৭ ॥

ত্রিকাণ্ডমণ্ডলেন চ ॥
সম্পূর্ণৈকাদশী যত্র প্রভাতে পুনরেব সা।
উত্তরান্তু যতিঃ কুর্য্যাৎ পূর্ব্বামুপবসেদ্ গৃহী ॥ ১৬৮ ॥

অনুবাদ — ত্রিকাণ্ড মণ্ডল কৌবা লাইরিক্তা ইরি—মপুং ফাবা একাদশীনা দ্বাদশীগা তিন্নরবদি সন্ন্যাসীনা দ্বাদশীদা অদুগা গৃহস্থনা মথক্কী একাদশীদা উপবাস তৌগনি ॥ ১৬৮ ।

স্কান্দে ॥
নিষ্কামস্তু গৃহী কুর্য্যাদুত্তরৈকাদশীং সদা।
প্রাতর্ভবতুবা মাবা দ্বাদশী চ দ্বিজোত্তমা ॥ ১৬৯ ॥

অনুবাদ ঃ— স্কান্দ পুরাণদা হায়রি—হে ব্রাহ্মণ অথোইব। ত্রয়োদশীগী অমুক্তা দ্বাদশীনা চংলবসু চংত্রবসু ফল পামদবা গৃহস্থনা মথাগী একাদশী হায়বদি দ্বাদশীদা উপবাস তৌগনি ॥ ১৬৯ ॥

বিষ্ণুরহস্যে ব্যাসেনাপি ।

শুদ্ধৈব দ্বাদশী রাজন্ উপোষ্যা মোক্ষকাঙ্ক্ষিভিঃ ।

পারণন্তু ত্রয়োদশ্যাং পূজয়িত্বা জনার্দ্দন মিতি ॥ ১৭০ ॥

অনুবাদ :— বিষ্ণুরহস্যদা ব্যাসনা হায়রি—পোকপা শিবগী মশক ওইবা সংসার অসিদগী মুক্তি পায়বা মীশিং অদুনা দ্বাদশীদা উপবাস তৌরগা কৃষ্ণবু পূজা তৌদুনা ত্রয়োদশীদা পারণা তৌগনি ॥ ১৭০ ॥

তাদৃশোপি গৃহস্থোহত্র পরং পুত্রাদি কামুকঃ ।

উপবাসস্য নিত্যত্বাৎ কিঞ্চিদ্ভক্ষ্যং প্রকল্পয়েৎ ॥ ১৭১ ॥

অনুবাদ :— বৈষ্ণব নত্তবা গৃহস্থ ওইবা পুত্রনচিংবা পাম্লিবা মীওইনা একাদশী উপবাস অসি নিত্য ওইবদগী শঙ্গোম্নচিংবা উহৈ-রাহৈ খর চারগনি ॥ ২৭১ ॥

তদুক্তং ॥

উপবাস নিষেধেতু কিঞ্চিদ্ভক্ষ্যং প্রকল্পয়েৎ ।

নো দুষ্যত্যুপবাসোহত্র উপবাস ফলং লভেদিতি ॥১৭২।

অনুবাদ :— মদুমক হায়রি—উপবাস তৌব য়াদে হায়বা কক-থৎলিবা মুমিৎ অদুদা উহৈ, যঙ্গোম্নচিংবা চাবা থকপদুনা ব্রত মাংদে । অমদি উপবাস তৌবগী ফল ফংই ॥ ১৬২ ॥

ইত্থং শাস্ত্রবিচারেণ শিষ্টাচারানুসারতঃ।
একাদশী ব্যবস্থেয়ং কৃতা বৈষ্ণবসম্মতা॥ ১৭৩॥

অনুবাদ — মতৌ অসুম্না শাস্ত্র অমসুং ভ্রম প্রমাদ লৈত্রবা পণ্ডিতশিংনা তৌনরকপা মতু ইম্না বৈষ্ণবশিংগী একাদশীগী অওইবা মওং ইখ্রে॥ ১৭৩॥

বিদ্বাংসোপ্যত্র মূঢ়াঃ স্যুর্ব্বিনা কৃষ্ণপ্রসাদতঃ।
অতঃ সদাসৌ নির্দ্ধার্য্য পৃষ্ট্বা ভাগবতোত্তমান্॥ ১৭৪॥

অনুবাদ — শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা নত্তনদি পণ্ডিত ওইত্রনসু একাদশীগী তত্ত্ব অসি খংবা ঙমদে, মরম অদুদগী অথোইবা বৈষ্ণবশিংগী মফমদা হংলগা একাদশীগী তত্ত্ব অসি লেপকনি॥ ১৭৪॥

তথাচ মার্কণ্ডেয়েন্দ্রদ্যুম্নসম্বাদে।
দ্বাদশ্যা নির্ণয়ে ভূপ মূঢ়মত্র জগত্রয়ং।
অত্র মূঢ়া মহাপাল প্রায়শো যে নরাঃ পুরা॥ ১৫॥

অনুবাদ :— মরম অসিনা মাকণ্ডেয় ইন্দ্রদ্যুম্ন অনিগী সম্বাদদা হায়রি—হে রাজন্। দ্বাদশীগী ব্রা লেপ্পদা মরোল অহুম্মক ঙরুবি, হে পৃথিবীগী মপু! অপংবশিংগী ব্রাদি লাপ্না থমখো, মমা ঙৈদা হোৎখ্রবা পণ্ডিতশিং ফাওবসু ঙরুখি॥ ১৫৫॥

অত এব সৌর ধর্ম্মোত্তরে।
মহাপুণ্যতমাহ্যেবা দ্বাদশী ফলতোধিকা।
শোধয়িত্বা সদা কার্য্যা সম্যগ্ দৈবজ্ঞসত্তমৈঃ॥ ১৭৬॥

অনুবাদ ঃ— মরম অসিনা সৌরধর্ম্মগী উত্তর খণ্ডদা হায়রি— দ্বাদশী অসি পুণ্যগী মশক্তি অদুগা কলস্থু চাওই, মরম অসিদগী মতম-লৈবা থিবিক্তা অথংবা পাক্লিগা লোইননা শেংদোক্লগা একাদশীগী উপবাস তৌগনি ॥ ১৭৬ ॥

অথ সন্দেহনিরসন বিধিঃ ॥

বিষ্ণুরহস্যে শ্রীব্রহ্মোক্তৌ ॥

অর্চয়ন্তি সদা বিষ্ণুং মনোবাক্কায়কর্ম্মভিঃ ।
তেষাংহি বচনং কার্য্যং তে হি বিষ্ণুসমামতাঃ ॥১৭৭॥

অনুবাদ :—অসিগী তুংদা বিষ্ণুরহস্যদা ব্রহ্মাগী বচনদা চিংনব কোকহনবগী ব্রা ইরি ।—মী পুম্নমক অদুনা পুক্নিং, হকচাং, বাঙাং অমস্তুং থবক্লা মরম ওইদুনা বিষ্ণু পূজা তৌরিবা মখোয়শিং অদুগী ব্রা তাগদব ওই, মরমদি মখোয় পুম্নমক্তু বিষ্ণুগা মান্নবনি হায়না থংনখ্রে ॥ ১৭৭ ॥

কৌর্ম্মে শ্রীভগবদুক্তৌ ॥

সংস্পৃষ্ট্বা বৈষ্ণবান্ বিপ্রান্ বিষ্ণুশাস্ত্রবিশারদান্ ।
চীর্ণব্রতান্ সদাচারাংস্তদুক্তং যত্নতশ্চরেৎ ॥ ১৭৮ ॥

অনুবাদ ঃ— কূর্ম্মপুরাণদা শ্রীভগবান্গী বচনদা হায়রি ।— বৈষ্ণবশাস্ত্রদা নিংথিনা থংলবা অয়াম্বা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণশিংনা মখোয়গী

নিয়ম লেপ্লম্মী অমস্থং অকবা লমচং ভাক্লিবা মখোয়শিং অদুগী মকমদা হংলগা মখোয়না হায়ব অদু চেক'শিন্না তৌগনি ॥ ১৭৮ ॥

পাদ্মে বৈষ্ণবতন্ত্রে ॥
ইতিহাসপুরাণজ্ঞাঃ স্মৃতিসিদ্ধান্তবেদিনঃ।
বাসুদেবাপ্রিয়া যেচ তদুক্তং বৈদিকংভবেৎ ১৭৯ ।

অনুবাদ .—পদ্মপুরাণগী বৈষ্ণবতন্ত্রদা হায়রি।—ইতিহাস অমস্থং পুরাণ খংবা, স্মৃতিশাস্ত্রগী অবেপ্পা খংবা, অপাদ বৃষ্ণমনাই মখোয়শিংগী ব্রা অদু বেদগা মান্নে ॥ ১৭৯ ॥

অথ তত্রবর্জ্জ্যং বিষ্ণুরহস্যে ॥
কৌর্ম্মে চ ॥
যেষাং ন কারণং বেদা ন বিপ্রা ন জনার্দ্দনঃ।
তন্ত্রাণি ধর্ম্মশাস্ত্রাণি তেষাং বাক্যং বিবর্জ্জয়েৎ ॥১৮০॥

অনুবাদ :—অসিগী তু'দা বিষ্ণুবহস্য অমস্থং কূর্ম্ম পুবাণদা ময়া লৌরোইদবা মীগী মশক তাক্লি। বেদ, ব্রাহ্মণ অমসুং শ্রীহবি তন্ত্র অমস্থং ধর্ম্ম শাস্ত্রনা প্রমাণ ওইদ্রবা মখোয়শি' অদুগী ব্রা পুন্নমক লৌরোই।

বৈষ্ণব তন্ত্রে ॥
যেষাং গুরৌ ন জপ্যেবা বিষ্ণৌ চ পরমাত্মনি।
নাস্তি ভক্তিঃ সদা তেষাং বচনং পরিবর্জ্জয়েৎ ॥১৮১॥

অনুবাদ :—বৈষ্ণব তন্ত্রদা ইরি।—গুরুদা, মন্ত্রদা অমসুং বিষ্ণুদা ভক্তি লৈত্রব মীশিং অদুগী ব্রা মতম পুম্নমক্তা থাদোক্লদবা ওই ॥১৮১॥

স্কান্দে ॥

যেষাং বিশ্বেশ্বরে বিষ্ণৌ শিবে ভক্তির্নবিদ্যতে।
ন তেষাং বচনং গ্রাহ্যং ধর্ম্ম নির্ণয়সিদ্ধয়ে ॥ ১৮২ ॥

অনুবাদ :—স্কান্দপুরাণদা হায়রি।—জগৎকী মপু শ্রীবিষ্ণু অমসুং মহাদেবদা ভক্তি লৈত্রবা মথোয়শিং অদুগী ব্রা অসি ধর্ম্মগী ব্রারেপ পাংথোক্লবগী মরমদা লৌরোই ॥ ১৮২ ॥

কিঞ্চ ॥

পঞ্চরাত্রপুরাণানি সেতিহাসানি মানবাঃ।
যে বিনিন্দন্তি তেষাং বৈ বচনং পরিবর্জ্জয়েৎ ॥১৮৩॥

অনুবাদ :—অমসুং পঞ্চরাত্র, পুরাণ, ইতিহাস পুম্নমকপু নিন্দা তৌরবা মীশিং অদুগী ব্রা লৌরোইদবনি ॥ ১৮২ ॥

অতএব যাজ্ঞবল্ক্যঃ।

পুরাণং পঞ্চরাত্রঞ্চ বেদাঃ পাশুপতাস্তথা।
অতিপ্রমাণান্যেতানি ন হন্তব্যানি হেতুভিঃ ।।১৪৪।।

অনুবাদ :—মরম অদুদগী যাজ্ঞবল্ক্যগী বচন লৈ।—পুরাণ, পঞ্চর ত্র বেদ, অমসুং শিব উপাসনাগী লাইরিক পুম্নমক অসি থোইদোকপা প্রমাণগী মশক্নি। নমহংপা ব্রাহৈশিংনা মসিবু ককথৎকদবা ওইদে ॥ ১৮৪ ॥

ইতি শ্রীগোপাল ভট্ট বিলিখিতে শ্রীভগবদ্ভক্তি বিলাসে
একাদশীনির্ণয়ো নাম দ্বাদশো বিলাসঃ ॥ ১২ ॥

শ্রীগোপাল ভট্টনা ইথ্রবা শ্রীহরিভক্তি বিলাসগী একাদশী নির্ণয় কৌবা তম্নানিথোইশুবা বিলাস মতাং অসিদা লোইরে ॥ইতি॥

রাধাবিনোদচরণং সততং প্রণম্য
শ্রীকৃষ্ণপাদ ভজনৈকরস প্রসক্তঃ।
শ্রীধাম বাস রমনীয় মনোভিলাসঃ
ভাষান্তরে পরিণতং কৃতবানহং হি ॥

॥*॥ ইতি দ্বাদশবিলাসানুবাদ ॥*॥

# শুদ্ধি পত্র

| অরানবা | অচুম্বা | পৃষ্ঠা | পংক্তি |
|---|---|---|---|
| শঙ্খাশ: | শঙ্খাশঃ | ৫ | ১১ |
| যথ | যথা — | ১৪ | ৭ |
| ভানুবারেণ | ভানুবারেণ | ১৮ | ৪ |
| ন্দুহী | গৃহী | ১৮ | ১৮ |
| অর-অন | অর-অনা | ২০ | ৬ |
| কুর্নবাস্তি | কুবর্স্তু | ২২ | ১৭ |
| বিনয়াস্নিজং | বিনয়াস্নিজং | ২৭ | ৩ |
| ত্রিশদ্বর্মা | ত্রিংশদ্বর্মা | ২৯ | ১৯ |
| বিনাশয় | বিনাশায় | ৪০ | ১০ |
| তপস্য | তপস্যা | ৪৭ | ১৯ |
| সুব্রু | সুভ্রু | ৪৮ | ১৬ |
| পাতকর্নৈবৈ | পাতকৈর্নৈব | ৫১ | ১৮ |
| পুণং | পুণাং | ৫২ | ১৫ |
| ওঁকর: | ওঁকার: | ৫৭ | ২ |
| তেথ | তথা | ৬২ | ৮ |
| মোহোং | মোহাৎ | ৬৩ | ৫ |
| কশিষ্ঠ | বশিষ্ঠ | ৬৬ | ১ |
| তৌশি | তৌখি | ৬৬ | ৩ |
| সম্ভকস্তি | সম্ভবস্তি | ৬৬ | ৯ |
| সহিতৈকদলী | সহিতৈকাদশী | ৬৬ | ১০ |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| বিদ্ধ | — | বিদ্ধা | — | ৬৭ | — | ২ |
| মন্দায়াং | — | নন্দায়াং | — | ৬৮ | — | ২ |
| শাপী | — | পাপী | — | ৭৪ | — | ৪ |
| সত্নেন | — | যত্নেন | — | ৭৪ | — | ১৬ |
| তথ | — | তথা | — | ৮৮ | — | ২ |
| দ্বাদশীদা | — | দ্বাদশীগা | — | ১১১ | — | ১৬ |
| কল | — | কলা | — | ১১৩ | — | ৮ |
| ব্যঞ্জলী | — | বঞ্জুলী | — | ১১৬ | — | ১৪ |
| কৈষ্ণব | — | বৈষ্ণব | — | ১১৯ | — | ৯ |
| মনুষৈ্যঃ | — | মনুষৈ্যঃ | — | ১২১ | — | ১ |
| সম্পূম্না | — | সম্পূর্ণা | — | ১২১ | — | ১৩ |
| অদ্ভতং | — | অমস্থং | — | ১২৫ | — | ৪ |
| অমস্থং | — | অদ্ভুতং | — | ১২৫ | — | ৪ |